ꯔꯥꯒ ꯃꯟꯖꯔꯤ ꯗꯔꯁꯟ

(ꯑꯍꯥꯟꯕ ꯑꯃꯗꯤ ꯑꯅꯤꯁꯨꯕ ꯁꯔꯨꯛ)

# রাগ মঞ্জরী দর্শন

(অহান্বা অমদি অনীশুবা শরুক)




ইজবা

পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ




ꯔꯥꯒ ꯃꯟꯖꯔꯤ ꯗꯔꯁꯟ

(ꯑꯍꯥꯅꯕ ꯁꯔꯨꯛ)

# রাগ মঞ্জরী দর্শন

(অহানবা শরুক)





ইজবা

পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ




ফোংজবা-
''মণিপুর ষ্টেট লাইরিক থীবা-হাযবা অপুন্বা সভা'' (মণিসভা)
রে-নং ১৫৩৯-১৯৭৫ ইং ।
''লাইরিক থীবা-হাযবা মহা বিদ্যালয''
লাইবেঞ্জম মেকোলা ইম্ফাল ।

অহানবা খুৎনমঃ- ২০০৬ ইং

কোপি মশিং ঃ-১০০০

মমলঃ- লু: ১৮৫

হক্ পুন্ননক অইবগী ।

লাইরিক নম্ফম- এমঃ আরঃ প্রিন্টর্স, সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, মচিং

''বাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা লাইরিক থীবা হাযবা [illegible] [illegible] অসি পুথোক্নবা, হোৎনজবদা মতেংপা থৌদাং লৌবিবিরা [illegible] [illegible] লাইরিকশিংগী মরমদা মমল লাইদ্রবা মমন [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] উপ্পরবা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] মণিসভানা [illegible] ।

নোলুকচরিবা (মণিসভা)



শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দজীগী চরন্দা

## ''রাগ মঞ্জরী দর্শন''

মিংথোঞ্জবা লাইরিক অসি কচ্চরি ।

লেখক



# শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ
## ''গ্রন্থকারদা ধন্যবাদ''

মুগল নিংথৌরেন অক্বরগী দরবারদা,সনা কোন্নুংগী শৈশকপা তানসেন্না দীপক-রাগ হৌবদা,ঈশিংদা মৈ হৌথিবা,মেঘ-রাগনা নোংচুনবা ১দি বসন্ত-বাগদা হৈপাল-লৈপাল যেন্নিং হুন্দুনা,বন্দা লৈবা শজি ফাউবা দববার তম্না চেল্লকপা ১সুং সনা কোন্নুংগী ফান্ন খুজাই মাংখ্রবদা,টীংনবা মোগল মচাশিং সনা নাক্তা কৌশিন্দুনা, ঈশৈগী রাগ-রাগিণী ছন্দঃনা খংথোইদা অচুম্বা পোকহন্দুনা হুরান্বা ফাখিবগী ৱাবি কযাসি থক্কী ইতিহাসনা শাক্কিনি।

সাইন্স ১দি টেক্নোলোজিগী চাউখৎলবা যুগ অসিগী ''থীজিল্লিবা কাংলুপ(রিসার্চ টিম)''অমনা-মহৈ মরোংগী লৌফম অনিদা অমদনা অযাকপা খোঞ্জেল তাহন্বা,অমদনা নুংশিবা রাগ-স্বর-ছন্দঃগী খোঞ্জেল তাহন্দুনা চাংযেং তৌবদা -বাগ স্বরগী নুংশিবা ছন্দঃনা শৈহেকখিবা লৌফম অদুনা,মহৈ-মরোং ফৌথোক হেল্লি হায়বসি আকাশবানিগী থোংদা রিসার্চ-টিম অসিনা লাউথোকখিবদু ঙসিগী খুন্নাই অসিগী মীযাম্না তানখ্রবা ঙাক্তনি।

মরম অসিনা -গাযক -গাযিকা অমগী পোকপদগী যাউজরকপা নুংশিবা খেঞ্জেলদা,মশাগী হৈশিংবা হাপ্তুনা অপাম্বা শৈশক অমা হেক্তা,লাইরিক ওইনা থীবা ১সুং ঈশৈ ওইনা শকপদা ঈশিংদা মৈ হৌবা,বসন্ত চংহনবনচিংবা রাগ-ছন্দঃরাগিণী চুমদবা কীর্তন্না পাংথোকপা কর্ম্মদি পাংথোক্লিবা কর্ম্ম অদুগী ফংনিংলিবা মহৈ-ফল অদু ফংবা ঙমদদুনা অরেম্বদা মাংদুনা তোকই।

থব্বী গুরুজনশিংনা-রাগ-রাগিণী, লয়-তাল ছন্দঃগী শ্রীমূর্ত্তিনা, খোঞ্জেলগী মশক ওইনা, অহাংবা মালংদা তীলহনখ্রগা,লমদম অসিগী সমাজদা, য়াইফ-মঙ্গল পীনবীনবগীদমক্তা, থব্রাই-হকচাং যাউনা, শ্রীগোবিন্দ খুরুমজদুনা, মতম চংনা শেম্বীদুনা থম্বীরম্বা কলা অমনি।

অদুবু ঙসিদি-খোঞ্জেলদা চীনফা ওইনা পুদুনা মীবোন কযা মথং মথং হৌখিবা মরম্না,খোঞ্জেলগী মওং কাইথরক্তুনা ঐগী-ঐগী অনিংবা. অপাম্বা ঙাক্তদা থৎচনখিবনা-অচুম্বা রাগ-ছন্দঃগী খোম্লোক অদু চহি খরগী মতুংদা মুৎখিবা যাবগী অকিবা মওংদা লৈরে। চীববা তাঞ্জা অসিদা-গ্রন্থকার অসিনা-রাগ-ছন্দঃস্বর-লিপি অসি মাংখিদনবা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন''কৌবা লাইরিক অসি ফোংবীদুনা, তুংগী মীরোন্দা অচৌবা সেবা অমা তৌখিরে ১সুং লাইরিক অসিনা, ''অনি ফম্বী কলা''অসিবু মতম চুপ্পগী ওইনা,খুন্নাই অসিদা নুমিৎ থাগুম ঙান্দুনা লৈহল্লগনি। লাইরিক অসিবু মতম চংনা ইবিদুনা, কলা অসি মুৎখিদনবগী সেবাদা থব্রাই কৎপীরীবা-শ্রীযুক্ত পুখ্রম্ম গন্ধ সিংহ ''কলা ভুষনবু'' হৃর্দিক ধন্যবাদ তৌজবগা লোইননা তৌবিমন খংবা উৎচরি।।

জয়-মনিপুরী মাতাগী জয়।জয় ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' জয জয-মনি-সভাগী জয।জয-হিন্দ।।

শ্রী শাদোকপম ইবোমচা সিংহ
শিল্প-ভুষন,বক্তা-বত্ন শিরোমণি। সক্রেটরি কম ভাইস
প্রসিডেন্ট, কোম্মো নেরেটিব অটিস ব্রাংখৈ।
সেনিযার গুরুঃ- ''মনিপুর ষ্টেট লাইরিক থীবা হাযবা অপুনবা সভা''
রে: ন: ১৫৩৯-১৯৭৫ ইং ''লাইরিক থীবা-হাযবা মহা বিদ্যালয''
ইম্ফাল তাং ১৯।১১।৮২ ইং ২০০৫
লাইরেঞ্জম মেকোলা ইম্ফাল।



# ৱাহৈ খরদং

''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহনা ইজবা লাইরিক অসি মুন্না পাজরে। মণিপুর ইরমদম অসিগী ওইজবা কলা ''লাইরিক থীবা-হায়বা'' অসিগী গুরুশিংনা থম্বীরম্বা নিযম পথাপ কাযদনা ইজবনি। অইবা মশামকসু থৱায-হৎচাং কৎথোক্লুনা কলা অসিগী লাইরিক থীবা কলাকার অমা ওইনা মীযামগী সেবা তৌজরকখি। মদুগী ফল ওইনা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা অমদি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শকথংবীদুনা মেডল অমদি এৱার্ডিনচিংবা পীবিদুনা ইকায় খুম্নখ্রবা কলাকারনি। ইং ১৯৮১ গী মে থাগী তাং ১৩ দা জৱাহরলাল নেহরু ডান্স একাদমী হোলদা পাংথোকখিবা নুমিৎ মঙানিগী ফেষ্টিভেলদা গুরুশিং যাওনা মণিপুরগী অপুনবা সভানা অযাবা পীবিখ্রবা রাগ-রাগিণী অদু কাযদনা লাইরিক অসিদা ইরি। মসিমক অতাঙবনি। কলাকার ওইবদা নত্তনা গ্রন্থকার অমা ওইনা মতুংদসু হেন্না মীয়াম সেবা তৌরকখিনি হায়না আশা তৌরি।

শ্রীতখেল্লম্বম শাজৌ সিংহ
''শ্রীগোবিন্দজী ভক্তি শাস্ত্রিয সমাজ''
রে-নং ১৮৩৮।
''শ্রীগোবিন্দজী ভক্তি গ্রন্থ কেন্দ্র বিদ্যালয''
রে-নং ৩৬৮৮-১৯৮১ ইং



# ৱাহৈ খরদং

''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' লাইরিক অসি পাজবে। ইবৈচাগী ওইবা ''লাইরিক থীবা হাযবা'' কলা অসি মৈতৈশিংগী লাইগুম্বা ওঝা গুরুনা হৌরক্লিবা মীরোলদা পীনবীরম্বা অচৌবা দাননি। ঈশৈ ওইনা পদ থীবগা অর্থ ব্যাখ্যা তৌদুনা ৱা ঙাংবা অনীগী লয-তাল নাইবা শাস্ত্রীয সঙ্গীত ওইনবা রাগ-রাগিণী তোপ-তোপ্পা পুথোকপীরম্বনি। অসিবু খংবি-উবিদনা পান্না ঙম্মী খোঞ্জেল নুংশিনা শকপা ঙম্মী হাযদুনা গুক নাইদনা রাগ-রাগিণী খংদনা থীরবদি কলা অসি মৈত্রবাক্তগী মাংখিবা যাই। চীম্ফাদা লৈবা অচুম্বা রাগ-রাগিণী শোয়দনা মাংখিবা তাবনি। মসিবু মূর্ত্তি ওইনা ঙান্না উহনবা নত্তনা কন্নবা উপায লৈতে। উতাংবীনা কাযদোংফম পাম্বী হাৎপদা পুন্না শীমিন্নবগুম কলা অসি মাংখ্রগনি হায়বগী মীপাইজে। চীরবা তাঞ্জাদা শ্রীমুক্ত পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ লাইরিক থীবা ওঝানা গ্রন্থকার অমা ওইনা লাইরিক থীবগী শকয়েং মীংশেল গুন্নবা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা লাইরিক অসি পুথোকপিরকপা অসিনা শোয়দনা কনবা ঙম্বগী উপাযনি থাজজে। লাই ওইখ্রবা গুরুজনশিংদা তৌবিমল খংবা উৎপনি। ঈশ্বরনা চানবীফম থোকই। থৌজানবীযু নিজরী। হরে কৃষ্ণ,

খুম্ব্রাকপম ইবোবি সিংহ
''বক্তা রত্ন শিরোমণি''
সেনিয়ার গুরু, লাইরিক হায়বা।
''মণিপুর ষ্টেট লাইরিক থীবা-হায়বা অপুন্বা সভা''
(মণিসভা)
রে-নং ১৫৩৯-১৯৭৫ ইং
লাইরিক থীবা-হায়বা মহা বিদ্যালয়
লাইরেঞ্জম মেকোলা ইম্ফাল।



# বাহৈ খরদং

''লাইবিক-থীবা-হাযবা'' হাযনা খঙনববা মওঙ অসি ধর্ম্ম সাধনাগী পান্থৈ অমা ওইবা নত্তনা মণিপুরগী তোপ-তোপ্পা কলাগী মওঙ অমসুনি। অসিগুম্বা কলা অসি মতমগী যাওল মতুংইন্না মীযাম্বু হেন্না পামহন্নবগী মমিংদা নৌনা শৈহেক-শৈদা নত্রগা ইতোপ-তোপ্পা ঈশৈগী শরুকচিংবা হাপচিন্দুনা থীবনচিংবা অসি চৎনবগুম্বা মীযাম্না তোযনা থেংনরি। মওঙ অসি মতম খরা শাংনা চৎনখ্রবদি মহৌশাগী চৎনরম্বা লাইরিক থীবগী লেঙফদবা মওঙশিং অদু মাঙখিগদ্রা হাযবগী চিংনবা অমা পোক্লরে।

অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদা, শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহনা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা লাইবিক অমা পুথোকপিবক্লিবা অসিনা চিংনবা সি কোহনবা ঙম্লগনি হাযবগী থাজবা অমদি পীরে। হীরম অসিদা অখন্নবা কলা অসিবু কনবা অমসুং চাওখৎহনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি হায়না থাজবা পোকচৈ। মতুংদা, শ্রীপুখ্রম্বম গন্ধ সিংহগী অতোপ্পা লাইরিক কয়াসু আশা তৌজবগা লোয়ননা লেখক্কী মঙ্গল ওইনবা ধন্যাবাদ তৌজরি।

সেক্রেটরি-
শ্রীঅরাম্বম মধু সিংহ।
''শ্রী কৃষ্ণ ভক্তি প্রচার সমিতি লাইরিক থীবা-হায়বা''
নম্বোল মনিপুর
রে-নং ৩১৮৫-১৯৮০ ইং



# পীনবিরকপা অভিমত খরদং

'' রাগ মঞ্জরী দর্শন'' হাযনা কৌবা লাইরিক অসি স্বরলিপিগী মতেংনা নৌনা হৌবকপা ছাত্রশিংগী খুদোংচাবা ফংগনি হাযনা ঐনা খঞ্জে। হৌজিক্কী বিজ্ঞানগী মতেংনা ইবাই লাইনা থবক পুম্নমক পাংথোকপা ঙম্বগুম্না মতম চংদনা স্বরলিপি হাযবদি স্বরগী খোম্নোক চুম্না খংলগা অধ্যয়ন তৌবদা হেন্না খুদোংচাগনি। লেখক্কী মতসু মতম চংদনা ইরাই লাইনা খংখিনবা হোৎনবগা লোইন-লোইননা পাঠ্য পুস্তক ওইনা মরি লৈনবা সংস্থান অমসুং কলেজনচিংবদা খণ্ড অসি অনি অহুম থোক্না খাইদোক্নুা তম্নরবদি মণিপূরগী ইহান হান্না পুথোকপা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' (রাগ ছন্দ) অসিবু মণিপূর মপান্দা লৈবা মৈতৈ মচাশিংনা থোইনা হেন্না পাম্নগনি খঞ্জে। লেখক্না ওইজবা কয়া থাদোক্নুা অকনবা পুক্নিংগী থৌইনশিন অমগা লোইননা হোৎনরকপা অসি ঐনা হন্ন-হন্না থাগচ্চরি।

ভবদীয়
শ্রীকেঃ গোপীরমণ শৰ্ম্মা
সেনিযর লেকচরর (ফ্লুট)
গোবর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ,
পন্ডিত

# ৱাহৌদোক

গৌরীয সম্প্রদাযগী মনুংদা লৈবা মৈতৈশিংগী সংকীর্ত্তনগী মতৌগুম্না য়াম্না লুনা খন্নরবা ''লাইরিক থীবা-হায়বা'' কলা অসি মতম গী মতুংইন্না শিথরক্লে হাযবশি উকবদা ৱাদবা ঙমদে, মবম অদুনা ঐহাক্না মণিপূর স্টেট কলা একাদমিদা লাইবিক থীবগী ফেলোসিপ পিবিদুনা (ফংজদুনা) মণিপূরগী শক্লাইববা ওঝা-গুরুশিং কযাদগী মচেৎ-মচেৎ ওইনা লৈরম্বশিংবু তমজরগা মপুম অমা ওইনা শাগৎচদুনা, কবিসু হৈজদবা ঐহাক্না- - - -। রাগ-পুরুষ ৬, রাগিণী ৩৬, বাহন ১৪, সখা ৬, সখী ৬, উপরাগশিং, অমসুং পবিং১৮, মখল-মথেল কযামরুম. ওঝাশিংদগী তমজরুবশিংঅসি। গুরজনশিংনা মত অমত্তা ওইনা য়াবিদুনা, লাইরিক ওইনা নমথোকচনবা অয়াবা পাওতাক পিবিদুনা, পাঙজদ্রবা ঐহাক্না গুরু জনশিংগী য়াথং ফিগাও শানা যাজরগা ''রাগ ছন্দ স্বর-লিপি'' হায়না মীংথোনবা লাইরিক মচা অসি শোক ১৯৮৩ ইংদা অহানবা ওইনা ফোঙদোকচখি।

অনিরকশুবগী ওইনা পুথোকচরিবা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা লাইরিক অসিদা হান্নগী লৈরিবা লাইরিক অসিদগী লৌথোক-লৌশিন খরা তৌজদুনা ওঝাশিংনা তাকপিরকপশিংগা, লাইরিকশিংদগী ফংজবশিংগা খোমজিঞ্জরগা, অঙম্বা খরসু মেনখৎচরি অমসুং হাপচিঞ্জরি, অৱাৎ-অপা কয়া থেংনবিদুনা পাবীরিবা অখঙ-অহৈশিংনা তাকপিরক্লবসু হরাউনা লৌশিঞ্জরগা মথংগী খুৎনমদা অমুক চুমথোকচগনি।

তমজরকপা ওঝাশিংঃ-

শ্রী খুন্দ্রাকপম ওঝা দামু সিংহগী মচা সেবক
১। শ্রী ইরুংবম তোম্বা(তোনা) সিংহ।
২। শ্রীশোইবম তুঙাঙ সিংহ।
৩। শ্রীঅহৈবম খেরো সিংহ।
৪। শ্রীখুন্দ্রাকপম শেলুং সিংহ।
৫। শ্রীলাইশ্রম বাপু সিংহ।
৬। শ্রীলৈশাংথেম অমু সিংহ।
৭। শ্রীঅঙোম থাবন সিংহ।

অসিনচিংবা মচা সেবক কযানি শ্রী অঙোম থাবন সিংহ ওঝাগী সেবক অহন্না, শ্রী সনসম নেত্র সিংহ ওঝানি শ্রীলৈতাঙ্থেম মৈনো সিংহ ওঝা অসি অঙাং ওইনা শ্রীঅঙোম থাবন সিংহ ওঝাগী সেবক্তি ওঝানা থুপখ্রবদা ওঝা মৈনো সিংহ, শ্রী সনসম নেত্র সিংহ ওঝাদা তমখি।ব্রারি অসি শ্রী লৈতাঙ্থেম মৈনো সিংহনা তাকপিরম্মী।ঐহাক শ্রী লৈতাঙ্থেম মৈনো সিংহ ওঝাদা তমজৈ,ওঝাগী কৃপাদগী রাগ-পুরুষ ৬,রাগিণী ৩৬,বাহন ১৪,সখা ৬,সখী ৬,উপা রাগশিং অমসুং পরিং মখল মথেন কয়া তমজহৌই।

মথক্তা পঞ্জরিবা শ্রী লৈতাঙ্থেম মৈনো সিংহ ওঝা অসিদগী ফংজহৌবা অমসুং মখাদা তমজবা ওঝাশিং খরগী মিং হাপচরিঃ-

## লাইরিক থীবা

১। শ্রীখোইশ্নাম গোকুলচান্দ সিংহ। লাইরিক থীবা।
২। শ্রীলোংজম গোপালমচা সিংহ। লাইরিক থীবা।
৩। শ্রীহৈস্নাম ইরাবোৎ সিংহ। লাইরিক থীবা।

৪। শ্রীপুখ্রম্বম বাপু সিংহ। লাইরিক থীবা।
৫। শ্রীওক্রম ছত্র সিংহ। লাইরিক থীবা।
৬। শ্রীলোংজম মনি সিংহ। লাইরিক থীবা।
৭। শ্রীহাওবম ইবুংঙোহল সিংহ। লাইরিক থীবা।
৮। শ্রীএলাংবম শাজৌবি সিংহ। লাইরিক থীবা।
৯। শ্রীএলাংবম তোম্বা সিংহ। লাইরিক থীবা।
১০। শ্রীয়াংলেম ক্ষেমা সিংহ। লাইরিক থীবা।
১১। শ্রীশারুংবম অঙাহন সিংহ। লাইরিক থীবা।
১২। শ্রীঅথোকপম গৌরমনি সিংহ। লাইবিক থীবা।
১৩। শ্রীমাইবেম্বম (মোইরাং)ইবোহল সিংহ। লাইবিক থীবা।
১৪। শ্রীফিজম মনি সিংহ। লাইরিক থীবা।
১৫। শ্রীসগোলশেম যাইমা সিংহ। লাইরিক থীবা।
১৬। শ্রীযুম্নাম অঙাহন সিংহ। লাইরিক থীবা।
১৭। শ্রীখুন্দ্রাকপম মৈনো সিংহ। লাইরিক থীবা।

## লাইরিক হায়বা

১। শ্রীনাওবোইবম ইবোমচা সিংহ। লাইরিক হায়বা।
২। শ্রীহৈখোম বাপু সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৩। শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৪। শ্রীলুক্রাম তোম্বা সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৫। অথোকপম তোম্বা সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৬। শ্রী যুম্নাম গৌরচাঁন্দ সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৭। শ্রীওইনাম লাইঙম সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৮। শ্রী থোকচোম লৈরেঞ্জাও সিংহ। লাইরিক হায়বা।
৯। শ্রীলৌক্রাকপম ইবোতোম্বী সিংহ। লাইরিক হায়বা।
১০। শ্রীলৈশাংথেম হেমো সিংহ। লাইরিক হায়বা।
১১। শ্রীএলাংবম বীরা সিংহ। লাইরিক হায়বা।

১২।শ্রীখোইশ্নাম থোইবা সিংহ। লাইরিক হায়বা।
১৩।শ্রীনিঙোম্বম তোম্বা সিংহ। লাইরিক হায়বা।
১৪।শ্রীশামুলাইলাৎপম চাওবা শর্ম্মা। লাইরিক হায়বা।
১৫।শ্রীলৈহাওথাবম জাতিশ্বর শর্ম্মা। লাইরিক হাযবা।
১৬।শ্রীহৈখাম বীরমঙ্গল সিংহ। লাইরিক হায়বা।
১৭।শ্রীঅহৈবম থম্বৌ সিংহ। লাইরিক হায়বা।

মথক্তা পঞ্জরিবা ওঝাশিং অসিগী কৃপাদগী লাইরিক থীবা-হাযবগী রাগ-রাগিণীশং অমসুং লাইরিক্লচিংবা তমহৌবা লোইননা লাইরিক থীবা হায়বগী কলা সংকীর্ত্তন অসিদা যাম্না থুপ্না লৈরিবা পুম্নমক ওঝাশিং অসিদগী ফংজহৌবা খরনা, মীয়ামগী মাংদা পুথোকচনিংবা, পুক্নিংদা ফাওজদুনা করিসু খংজদ্রবা ঐহাক্না ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজবনি।

লাইরিকসিবু পুথোক্নবা হোৎনজরকপগী পরীংদা মমল নাইদ্রবা পাওতাক পীবীরক্লিবা ওঝাশিংগী মফমদা পাংজদ্রবা অইবনা ভক্তি কৎচ-রি। লোইননা লাইরিকসিগীদমক্তা চে রিম কুন (২০) পাংবিরকখিবা শ্রীনাওরেম নরোতোন সিংহ, সাং সগোলতোংবদা লৈবিবা নুংশিজরবা ইনাও ইবুংঙোগী লমনসু তোনশিঞ্জরবনি। শ্রীহিদংময়ুম শান্ত শর্ম্মা, সাং শঞ্জেম্বমদা লৈবা ইচা ইবুংঙোনা লুপা ৫০০ তেংবাংবিরকপগীদমক্তসু নুংঙাইজবা ফোংদোকচরি।

লাইরিকসিবু পুথোক্নবা হোৎনরকপদা ৱাবিখিবা পুম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খংবা উৎচরি।

মীয়ামগী সেবাদা

পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ
লাইরেঞ্জম অৱাং লৈকাই(মেকোলা)

# লাইরিক থীবা-হায়বা:--অহানবা হৌদোকখিবা

খৃ:-১৭৭৬ শকাব্দ ১৬৯৮ হিয়াঙ্গৈ ১২নি পানবা (হরি উত্থান) ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং৯ চংলকপা ধনু লগ্ন রেবতি নক্ষত্র মীন রাশি মহেন্দ্র দণ্ডদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌই।

মথা,রাকচিং থাগী পানখৎলকপা ১১নি পানবা একাদশী নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা রাজগুরু পরমানন্দ ব্রহ্মানা শ্রীমদ্ভাভবত শ্লোক থীরগা মৈতৈলোন্না হন্দোক্কুনা লাইরিক তাই। মতাংনা কালিগী মতোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্না নেৎতুনা জগোই শাবা মতাংনি লাইরিক লোইখ্রবদা তারিবা নিংথৌ,মন্ত্রি,ব্রাহ্মণ,প্রজা মীয়াম্না লাইরিক তাবা পেন্নদে, মথা তানিংঙি য়াম্না থৌরাংঙৈ।

লাইরিক লোইরবা তুংদা শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা পূক্লিংদা শ্রীগোবিন্দজীগী কৃপা লাক্কুনা প্রজা মীয়াম য়েংদুনা হায়রকই। শ্রীমদ্ভাগবত হায়বা লাইরিক অসিদি য়াম্না লুবা শ্লোক ওইনা লেংবা লাইরিক্কি ব্রাহ্মণতনা (একাশন) অমত্তনা ফম্লগা শোনবনি।

শ্লোক নত্তবা ভাষা পয়ার লাইরিক কয়ামরু ম লৈ,ব্রাহ্মণ,ক্ষেত্রি খাইদনা শোনবা য়াবা অমনা ময়েক থীরগা অমনা মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দোকপা অনি ফম্লগা নাম শোনবা অসি ঐনা য়াম্না পাম্মী। ওঝাশিং পুম্নমক তিনবিরে কনা-কনা ঙমগদগে হায়দুনা স্না য়াথং পিরকই। কনা অমত্তনা খুম্বা ঙমদে,পুম্নমক লু-লুক্কুনা লৈনখি। মতম অসিদা খুন্দ্রাকপম দামু সিংহনা নিংথৌগী স্না মাঙদা খুরুম্লগা হঙ্গৎলি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা

লৈরবদি থা অমগী মনুংদা মঙ্গলা চরণ হৌরগা রাগ রাগিণী, পান্দুনা ময়েক থীবা পুথোক্চগে ঙমজৌ হায়বা বড় পিবিয়ু খুমজৈ। নিংথৌনা পেল্লদুনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী ঙমজবা ওইরো বড় পিবি। মীয়াম সভানসু ঙমজরো হায়না বড় পিনবি। অদুগী তুংদা শ্রী পুখ্রম শেলুংবা(চাউবা)সিংহনা স্না মাঙদা খুরুম্নদুনা হঙ্গৎলি মহারাজ ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দ কৃপা লৈরবদি থীরকলিবা লাইরিক অদুগী রস য়েংদুনা খোন্থক-খোনখা,খোনয়াই খাইদুনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচগে ঙমজৌ হায়বা বড় পিবিয়ু খুরুম্মী। নিংথৌনা ঙমজরো হায়দুনা বড় পিবি,সভা খুরুম্মী সভানা ঙমজরো বড় পিবিরে।

মতুংদা ওঝা অনি পুন্না ঘোৎ লাক্নুনা পুজা তৌদুনা হোৎনজনদা শ্রী গোবিন্দগী কৃপানা মথং-মথং ঙমজরে পরিক্ষা তৌদুনা য়েংবদা যারগনি হায়না খম্নরে। অসুম্না খন্নরবদা শোক ১৬৯৮ ফাইরেন থাগী ৫নি পানবা শ্রী পঞ্চমী ইরাই নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী মনি মন্দিরদা মালব রাগনা অহানবা হৌদুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলে নিংথৌ প্রজা পুম্নমক হরাউনরে। শ্রী ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা ঐনা হন্দক নৌনা লিংখৎলীবা সংকীর্ত্তন অসি মমিং করি থোনশিগে হায়দুনা খন্নবদা প্রজা মীয়াম্না স্না পূক্লিংনা পাম্বা থোনবীয়ু হঙ্গৎলি। নিংথৌনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী ঙসি পাঙথোকলিবা সংকির্ত্তন অসিগী মীংদি লাইরিক ময়েক থীরিবা অসিনা ''লাইরিক থীবা'' হায়না কৌরশি। মৈতৈলোন হন্দোকলিবা অসিনা ''লাইরিক হায়বা'' হায়না কৌরশি হায়না হায়রবদা প্রজা মীয়াম্না য়াম্না হরাওনা য়ানরে।

মথংদা নিংথৌনা প্রজা মীয়ামদা হায়রকই ওঝা অনি(২)না নচা সেবক শেমগৎতুনা শ্রীগোবিন্দজীদা একাদশী (২) পুর্নিমা-থাশি (২) নুমিৎ (৪) অসি শ্রীগোবিন্দদা কৎলশি তাকপিখি মতুং অকায়বা লৈতনা কৎখি। লাইরিক থীবা-হায়বা হৌদোকখিবা শকাব্দ ১৬৯৮ খৃঃ ১৭১৬ গী ফাইরেন ৫ নি পানবা শ্রীপঞ্চমী ইরাই নুমিত্তনি। লাইরিক্লা শ্রী লক্ষ্মন দিগ্বিজয় পয়ার নি হায়না তাকপিরম্মী। মসি ফংজরকপা শ্রী লাইশ্রম ওঝা মঙ্গি সিংহনা তাকপিরম্বনি।

# মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মফমদা হঙ্গৎচখিবা রাগগী মরম

শ্রীখুরাইলাকপা ম্না কোল্লিনা হঙ্গৎলিঃ-

স্কন্ধ পুরান্দ হায় মদুদি, কল্প মশিং থিরকপদা ২৯ শুবা মহেশ্বর কৌবা কল্পদা মহাদেবনা ত্রিপুরা, হিংচাবা হাৎলি, হিংচাবসি শিরবদা লাই ময়াম্না নুংঙাইরদুনা জগোই শাই তান, য়াওদে পংচোংদা চোংই।ব্রহ্মানা খুদক অদুদা লৈবাক্কী পুং শারগা গানেশদা পি, গনেশনা পুং য়ৈবদা তান য়াওনা জগোই শাই। ঈশৈ পংশক্তা শকই, রাগ-রাগিণী য়াওদে। ব্রহ্মানা খুদক অদুদা ছয় রাগ ছয়ত্রিশ রাগিণী শেমদুনা শকহল্লে।রাগদগী রস, পোক্তুনা কপ্না লাওনদুনা নুংঙাইনরে, অমসুং হন্নখ্রে। রাগ-রাগিণীদি লৈফম খংদ্রদুনা ব্রহ্মাদা হঙ্গৎলি।ঐখোয়বু কদাযদা লৈযুগে ইবুংঙোগী থৌগন্না করম্বা মতমদা ফংগনি। ব্রহ্মানা হায় নখোযদি সনজিংগী অকোইবদা খুন্দাদুনা লৈরুরো অদুগা নবুংঙোগী সেবাদি শ্রীগোবিন্দনা রাস লীলা শান্নরকপদা গোপী(১৬১০৮)না থৌগল্লগনি। মতম অদুদা গোপী অমগা রাগিণী অমগা পাদুনা থৌগল ফংজৌ। এক গোপী এক শ্যাম হায়বা রাসদা ফংজৌ তাকপী। তাজরবদা নুংঙাইজরদুনা রাসদা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন ফংজখি।

মরম অসিনা অহানবা শেম্বদি ছয় রাগ ছয়ত্রিশ রাগিণী হায়বনি।মমৈদদি(১৬১০৮)শুনা রাগ-রাগিণী লৈ। সুমদৌনা মরোন ১৪ দা শ্রীহরিগী থৌগল্লী। লৈবাক অমদনা রাগ পুরুষ ৫ দা লৈ, অমদনা ৭ লৈ, রাগিণীসু মাগী-মাগী তোংঙান-তোংঙান্না লৈ । ঐখোইগী মণিপুর অশিদি শ্যাম বেদ চৎপনিনা রাগ পুরুষ ৬, রাগিণী ৩৬ না, শক-শোন্নবা চৎনরি। ৱারি অসি শ্রী গুরু প্রনালিকা লাইরিক্তগী ফংজবনি।

মথংদা ওঝা মঙ্গিনা তাকপিরম্বা ঃ-

## মালব রাগ পুথোকখিবা

শ্রীখুম্ভ্রাক দামু সিংহনা লাইরিক থীবগী রাগ-রাগিণী অসি করম্না পাংথোক্কনি খন্দুনা য়াম্না রানা শ্রীগোবিন্দ খুরু মদুনা লৈরিঙৈদা নোংমা অহিং অমা রাখলগী পোৎলুমদগী তুম্বা য়াদনা অসুম লৈরকপদা নোংঙাল্লমদাই পুং ১।২ তারকপা তাঞ্জা অদুরাইদা অরাপ্পদা পাঙল খুল অমদগী পাঙল নুপী অমনা শিখ্রবা মচাবু কৌদুনা তেংথা-নাওইনা কপ্লকপদু ওঝা দামুনা হেক তারুরবোই, ওঝা দামুনা ফুম্বংনদুনা লৈরম্বদগী জ্ঞান খংলাক লাক্তুনা খংহৌদনা ফাওরকপা নুংঙাইবা রাখল অমগা লোয়ননা তুম্রম্বা নুপী অঙাং পুম্নমক লোইনা হৌদোকই 'তাও কপ্লিবসি তাও' হায়দুনা ময়ামদুবু তাহল্লি। মরম অদুক হাক্লা খঙলুদে,মখোয়শিংদুসু অদুম ভাব তারদুনা মাগী-মাগী ফমুংদা অমুক চঙদুনা পোথানখি। ওঝা দামুদি অমুক তুমথদ্রে,নোংঙাল্লগা হকচাং শেংদোক্তুনা পুথোক্কদবা কলা অদুগী রাখন্দা লূপ্তুনা লৈখ্রে। ঙসাই তাখিবা মচা কায়নখিবী নুপী অদুগী তেংথারোল মনাকোংদা অদুম্মক তাদুনা লৈরে। পুং-ঈশৈ সঙ্গীতকী নিয়ম রাগ রাগিণীদা, কায়নখিবী নুপী অদুগী তেংথাখোলগী স্বর মওং অদুদা ''মালব রাগ'' পানশিল্লগা য়েংবদা ওহোক্লা ফজখ্রবা স্বরগী শৈহেক অমা ওইনা তারে। মতুংদা ওঝা দামুনা, শ্রীপুখ্রম্বম শেলুংবগা পূন্না ফম্মিন্নদুনা ঘোৎ লাক্তুনা পূজা তৌদুনা হোৎনজবদা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংদুনা মথং-মথং ঙমজরে,পরিক্ষা তৌদুনা য়েংবদা য়ারনি হায়না খন্নদুনা ''মালব রাগ'' কৌবা রাগ অসি পুথোকখি। অসুম্না লাইরিক থীবা-হায়বদা মালব রাগনা অহানবা ওইনা ঙসি ফাওবা হৌনরি।

# রাগগী হৌরকফম

মেরাগী পূর্নিমাদা পরব্যোমগী রাস মণ্ডলদা শ্রী হরিনা ইবেম্মবু আবাহন তৌই। ইবেম্মা লাক্তুনা পূজা কৎলি। মতম অদুদা দেবসভা থুংলরে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু খুরুমজদুনা সভা চোন্না তিল্লে। সরস্বতীনা বীনা যন্ত্র পায়দুনা ''বসন্ত রাগ'' হৌদুনা ইবুংঙো-ইবেম্মগী গুণ শকই। মদু তারগা দেব সভা পুম্নমক্না প্রেম সমুদ্রদা তাওই। মনি-মুক্তা সনা-লুপানচিংবা অঙম্বা কৎচৈ। দেব সভানা অমুক মহাদেবদা প্রাথনা তৌই,হে গোপেশ্বর প্রভুগী গুণ শকপিয়ু,ঐখোই অমুক্তা তাজগে,অদু তাবদা যন্ত্র পায়দুনা ''মেঘ মল্লার'' কৌবা রাগ হৌদুনা শকই অদুবু তাবদা দেবসভা রস সমুদ্রদা লূপ্তুনা রাম্বখ্রে।

ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমকসু(দ্রবময়)ঈশিং ওইখ্রে।দেবসভানা জ্ঞান লাকপদা শ্রীমূর্ত্তিউবা ফংদ্রদুনা হা-হা কার লাউদুনা কপ্পরে,অদু উবদা ব্রহ্মানা ধ্যান তৌই, কৃপা তৌবিদুনা অকাশবানি পীবিরকই। হে গোপেশ্বর,নঙনা নৌনা ঐগী মূর্ত্তি শাগৎলো,অজ্ঞা মালা য়াথং ফংবদা, ''দ্রব জল'' অদু পায়রদুনা ''মালব''কৌবা রাগ হৌদুনা শক্লকপদা হৌবদগী পদ মঙা শুবদা শ্রী মূর্ত্তি লেপখ্রে,ফজনা দর্শনবু ফংজরে। দেব সভা নুংঙাইনরে,মরম অদুনা পদ(৫)মঙা শুবদা গুরু ঘাট ওইগনি।

# তথাহি :-শ্লোক

পাদৌদ্ধ: প্রথম পদঃ দ্বিতীয় জানু নিস্মৃতঃ।
তৃতীয় কটিরু চৎতে, চতুর্থ বক্ষ যথর ।।১।
পঞ্চম মূখ মণ্ডলং ইতি মালব বিগ্রহ।
যদি রাগ পদ ভঙ্গে আয়ু বুদ্ধি বিনস্যতি।।২।।

অর্থ ঃ-

অহানবা পদনা শ্রীপাদ অনিনি। অনিশুবা পদনা খূকউ ফৈবোমনি। অহুমশুবা পদনা খ্বাং নিঙদুনি। মরিশুবা পদনা থবাক্নি। মঙাশুবা পদনা শ্রীমূখ মায়নি।পদ মঙা অসিনা মালব রাগনা শ্রীমূর্ত্তি শাখি অমসুং ওইখি।মসিদা কায়রবদি বুদ্ধি মাংঙি পূন্সিদে। মসিদা গুরু ঘাট ওইগনি।

মথং পদ(৬ নে,৭ নে,৮ নে)পদ অহুম অসিনা অলঙ্কার শিঙ্গার বেশভূষানি। অলঙ্কার থোনবা লোয়দুনা ঙানবিরে।

মথং পদ(৯ নে,১০ নে)পদ অনি অসিনা দাস প্রাণানি।মখাগী পদ (১১।১২।১৩।১৪)পদ মরি অসিনা পরিং মপিনি।অসিনা মালব রাগগী নিয়ম লোইরে।

তথাহিঃ-

শিব শক্তি ময়ো রাগ পরপ্রেম রসার্ন্নব।
যস্য শ্রবণ মাত্রেণ বিষ্ণুরা দ্রবিতোহভবৎ।।ইতি

অর্থ-

মহাদেব দূর্গা অনিগী মশক্তি,রাগ হায়বসে অথোয়বা প্রেম রসগী সমুদ্রনি,শ্রীবিষ্ণুনা (দ্রবিত্রোহভবৎ) ঈশিং ওইখি।অসি কৃষ্ণ রস সঙ্গীত-সংগ্রহ লেংঙি।

রাগ-রাগিণী হায়বসি কদায়দগী পুথোকখি অমসুং পোকখিবনো হায়না হংজরু বদা ওঝাশিংনা,শ্রীকৃষ্ণগী মুহন মুরু লিগী ছয় রন্দ্রদগী পুথোকখি। মরম অদুদগী ছয় রাগ ছত্রিশ রাগিণী,হায়না খংনরি।অসুম্না গুরুজনশিংনা তাকপিরম্মী।

১। পি-থা-দয়,হায়বা উচেক মচা অদুনা খোঙবদগী,হৃস,দীর্ঘ,প্লুত,স্বর লৌদুনা শক শোনবদা শিজিন্নে।
২। হরিনিংনাং না ঃ-খোংবা খোঞ্জেলদগী স্বর খোম্লোক লৌদুনা শিজিন্নে। অসুম্না গুরুজনশিংনা তাকপিরম্মী।

তথাহিঃ-

শিব শক্তি ময়ো মাল কৃষ্ণ প্রেম রসাঙ্কুর।
যস্য কীর্ত্তন মাত্রেনং শ্রীমুর্ত্তি প্রকতোহভবৎ।।ইতি

অস্যার্থঃ-

মহাদেব,দুর্গা অনিগী মশকনি মালব কৌবা রাগ অশে, মাবু শকপা শোনবদগী শ্রীমূর্ত্তি ওইখি।অদুনা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম রসগী ময়োননি। মরম অসিনা মালব রাগনা রাগ পূম্নমক্তগী নিংথৌ ওইবনি।
ওঝাশিং পূম্নমক্না তাকপিরম্বশিংগা লাইরিক্তগী লৈবা ফংজবগা করিসু খংজদ্রবা ননাই ঐহাক্না ঙমজবা খরদং ইজবনি।

## মথা অসিদা রাগ পুরুষ ৬ (তরুক)।

(১) মালব ,(২) মল্লার ,(৩) শ্রীরাগ, (৪) বসন্ত, (৫) হিল্লোল, (৬) কর্ন্নাটক! অসিগী খোম্হোক খরদং ইজরি।

১। ''মালব'' রাগগী খোম্হোক্তি অয়ুক অঙম্বদা খোইমুনা লৈগী গন্ধ তারগা লৈ তম্না ঙংদুনা পায়রকপদা ঙংবা স্বর অদুগুম্না হৌগদবনি।

২। ''মল্লার'' রাগগী খোম্হোক্তি নুংশা কিদুনা অপুঙ্বা উনা মরুমদা লোত্তুনা লৈরগা ঈংলবা কান্দা চীংগী লোকনুংদা তাম্নানা খোঙবগুম্না হৌগনি।

৩। ''শ্রীরাগ''গী খোম্হোক্তি হরিনিংনাংনা হ্রস্ব-দীর্ঘ-প্লুত নাইনা খোঙবগুম হৌগনি।

৪। ''বসন্ত'' রাগগী খোম্হোক্তি-নিশান্তদা ৱাবা কৌবা উচেক্না শ্রীরাধা-গোবিন্দবু জাগাইজবা,অদুগী খোম্হোক্তা হৌগনি।

৫। ''হিল্লোল'' রাগগী খোম্হোক্তি বসন্তদা কোকিলনা হৈনৌ মপান উম্নগা মখৌ পোঙদুনা কুহু-কুহু হায়না পঞ্চম স্বরনা খোঙবগুম্না হৌগনি।

৬। ''কর্নটক''রাগগী খোম্হোক্তি শ্রীরাধা-গোবিন্দনা বনভ্রমন লেঙলকপা উজবদা ৱাহোঙনা মমৈ থেক্কত্তুনা জগোই শাদুনা মখৌ পোঙদুনা কে-কা হায়না খোঙবগী মতৌগুম হৌগনি।

# শ্রীকৃষ্ণরস-সঙ্গীত-সংগ্রহঃ

দেশী রাগ-

দেশে দেশে নৃপাদীনাং যদাহ্লাদকরং নরং(পরম)।
গানং বাদ্যং তথা নৃত্যং তদ্দেশীত্যুচ্যতে বুধৈঃ।

দেশী - তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী নিংথৌশিংগী নুংঙাইনবা শেমখিবা -মফম মফম অদুগী চৎনবী পূং-ঈশৈ জগোয অদুবু 'দেশী' হায়না কৌই॥

## সংশোধণ তৌবিবশিং

১। শ্রীনাওরোইবম ইবোমচা সিংহ। (রস তালগী হীরমদা)
২। শ্রীলাইশ্রম মঙ্গী সিংহ। (অনুবাদকী হীরম)
৩। ✓শ্রীলৈতাঙ্থেম মৈনো সিংহ। (রাগ অমসুং ছন্দগী হীরমদা)
৪। শ্রীশাদোকপম ইবোমচা সিংহ। (অনুবাদকী হীরমদা)
৫। শ্রীরাইরোকপম ভগীরথ সিংহ। (বানান অমসুং প্রুফ রীডিং)
৬। শ্রীহিদংময়ুম লালকমহ্নাই শর্ম্মা। (স্বরলিপিগী হীবমদা)

## রাগ পুরুষ ৬ কী পুবা দেবতাশিং অমসুং রাগ-রাগিণী-সখা-সখী-বাহনশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। মালব রাগ | - | শ্রীমহেশ্বর | মহাদেবনি। |
| ২। মল্লার রাগ | - | শ্রীকর্ণার্ণব শায়ী | ভগবান্নি। |
| ৩। শ্রী রাগ | - | শ্রী ক্ষীরোদশায়ী | ভগবান্নি। |
| ৪। বসন্ত রাগ | - | শ্রীগর্ভোদকশায়ী | ভগবান্নি। |
| ৫। হিল্লোল রাগ | - | শ্রীপরব্যোম নাথ | ভগবান্নি। |
| ৬। কর্ণাট রাগ | - | শ্রীদ্বারিকানাথ | ভগবান্নি। |

## রাগপুরুষ ৬কী মমিং-রাগিণী ৩৬ কী মমিং

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
|---|---|---|---|---|---|
| মালব | মল্লার | শ্রীরাগ | বসন্ত | হিল্লোল | কর্ণ্যাট |

১। মালবকী-ধ্যানসী, মানসী,রামকরী,সিন্ধুড়া,আসাবরী,ভৈরবী-৬।

২।মল্লারগী -বেলাবলী, প্রবরা,(পূরবী) কানাড়া, মাধবী, কোড়া, কেদারিকা - ৬।

৩। শ্রীরাগগী-বেলোয়ারী,গৌরি,গান্ধারী,শুভগা,কৌমারী ,বৈরাগী-৬ ।

৪। বসন্তগী- তোড়ী,পঞ্চমী,ললিত,পঠমঞ্জরী,গুজ্জরী,বিভাষা -৬ ।

৫। হিল্লোলগী- মায়রী,দীপিকা,দেশকারী,পাহিড়া,বরাড়ী,মারহাটী -৬ ।

৬। কর্নাটকী- নাটিকা,ভূপালী,রামকেলী,গড়া,কামোদ,কল্যানী -৬ ।

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মালবগী | সখা | -- | ছুহি | - | বাহন | - | পরিঘুছা। |
| মল্লারগী | সখা | -- | না-কথা | - | বাহন | - | ভাটিয়া। |
| শ্রীরাগগী | সখা | -- | কাফের | - | বাহন | - | ঝুমরি। |
| বসন্ত | সখা | -- | কুহুশীতল | - | বাহন | - | পোঁভাটিয়ান। |
| হিল্লোলগী | সখা | -- | রঙ্গদা | - | বাহন | - | পদছন্দ। |
| কর্নাটকী | সখা | -- | কুহুঅরৈবী | - | বাহন | - | খোম্বিন। |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধানসীগী | সখী | -- | তমালস্কন্ধ | - | বাহন | - | তোটক। |
| কেদারগী | সখী | -- | একাবলিহার | - | বাহন | - | এম্নী। |
| শুভাগগী | সখী | -- | রঙ্গাক্ষী | - | বাহন | - | বলহবী। |
| তোরীগী | সখী | -- | সারঙ্গিকা | - | বাহন | - | দীর্ঘললিত। |
| মউরীগী | সখী | -- | স্বাধীন | - | বাহন | - | জলকেলী। |
| কামোদকী | সখী | -- | রূপক | - | বাহন | - | বিজয়। |

## অনুমোদন তৌবিরকপশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। শ্রীতখেল্লম্বম শাজৌ সিংহ। | | লাইব্রিক হাযবা। |
| ২। শ্রীচিংথাম তোলঙৌ সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ৩। শ্রীঅথোকপম বীরবাবু সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ৪। শ্রীচিংথাম তোম্বা সিংহ। | | লাইবিক হাযবা। |
| ৫। শ্রীমোইবাংথেম ইবোপিশক সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ৬। শ্রীখুন্দ্রাকপম ইবোবি সিংহ। | | লাইবিক হাযবা |
| ৭। শ্রীমোইবাংথেম গুলাপি সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ৮। শ্রীক্ষেত্রিমযুম জ্ঞানেন্দ্র সিংহ। | | লাইবিক হাযবা। |
| ৯। শ্রীহিদংমযুম শান্ত শর্ম্ম। | | লাইবিক হাযবা। |
| ১০।শ্রীখাইধেম চাওবি সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ১১।শ্রীশকংবম শামুঙৌ সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ১২।শ্রীখুন্দ্রাকপম ভগিবথ সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ১৩। শ্রীতোংব্রম হৈকোই সিংহ। | | লাইবিক থীবা। |
| ১৪। শ্রীখ্বাইবাকপম ভুবোন সিংহ। | - | লাইবিক থীবা। |
| ১৫। শ্রীশলাম যাইমা সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ১৬। শ্রীনোংথোম্বম রঞ্জীৎ সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ১৭।শ্রীসোবাম অনৌ সিংহ। | - | লাইবিক থীবা। |
| ১৮। খোইশ্নাম লোখোন সিংহ | - | লাইবিক হাযবা। |
| ১৯। সমোম কোইবেং সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ২০। পুখ্রম্বম সুবমঙ্গল সিংহ। | - | লাইবিক থীবা |
| ২১। শ্রীসঞ্জ্রাম শান্ত সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ২২। শ্রীলাইশ্রম জযন্ত সিংহ। | - | লাইবিক হাযবা। |
| ২৩। শ্রীমোইরাংথেম দেবান সিংহ। | - | লাইবিক থীবা। |

# স্বরলিপি সাধনা

রে,গ,ধ,নি,স্বর মরি অসিগী মখাদা আরি রেখা হ্রবদি কমলনি হায়না খংগনি।

(-) মওংদি ''গ''অসিনি।।

ম = মসিগী খূদম্না শুদ্ধ ''ম'' নি হায়না খংগনি।।

‿ = মসিগী খূদম্না মাত্রা অমগী মনুংদা শিজিন্নগনি মওংদি --অসিনি।

. = মসিগী খূদম্না বিন্দু অসিনা মথক্তা লৈবগা অৱাংবগী খূদম্নী,মখাদা লৈবগা অনেম্বনি হায়না খংগনি মওংদি স.ধ,অসিনি।।

– = মসিগী খূদম্না মিব অমদি স্বর চিংথোকপনি হায়না খংগনি।

– = মসিগী খূদম্না স্বরগী মনাংদা লৈববদি পোম্থাবগী খূদম্নী হাযবদি চিংগনি মওংদি ম-.মসিনি।

˘, ÷ মসিনা মাত্রা তংখাইগী খূদম্নী অচোংবগী খূদম্নী মওংদি,সা ˘ রে মসিনি।।

× = মসিগী খূদম্না থারগা হাযবগী খূদম্নী।।

–. = মসিগী খূদম্না মথক্তা স্বরগী খোলিক্কী শরুক্তা শিজিন্নগনি মওংদি গ গ অসিনি কবিগুম্বা মসিগী মওংদা লৈরবদি –. খূদম ২ অসি চপ মান্নৈ হায়না খংগনি।।

সা, ¯প, = স্বর অনি অসিদি লেংদবা স্বরনি।।

অঃ,ঙঃ,এঃ= খূদম অসিদি স্বর চিংবগী খূদম্নী।।

## ''লাইরিক সেবা চংবা''

ইং কুমজা ১৭৫৯- ১৭৯৮ দা-রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা,গুরু পরমানন্দ ঠাকুরনা,শ্রীমদ ভাগবত পাঠ তৌদুনা সংস্কৃত-শ্লোক অদুগী মণিপুরীদা (মীতৈলোন্দা)অর্থ ১দি ব্যাখ্যা তৌরকপা তারুরগা, শ্রীযুৎকী সনাপুক্নিংগী পাম্বা মতুংইন্না---শ্রীখুন্দ্রাকপম ৺দামু সিংহনা, লাইরিক পদশিংদু ''রাগ-ছন্দ'' পান্দুনা থীরগা, শ্রীপুখ্রম্বম৺ চাউবা (শেল্লুংবা)না পদগী ১সুং ব্যাখ্যা পীদুনা লাইরিক থীবা-হায়বগী কলা অসি মণিপুরদা ইহান-হান্না হৌদোক্পীখি হায়বসি পুম্নমক্না খংনরবা,ইতিহাসকী ৱাফম্নি। লাইরিক ''অনি-ফম্বী'' অসি র্ধম্মগী ওইবা র্কম্ম কয়াদা ''রাগ- ছন্দঃ''পান্দুনা,পরিং-পথাপ কায়দনা হরি-গুণ,কথা-কীর্ত্তন,তৌদুনা পাংথোকপা,কলা অমনি। মরম অসিনা গুরু পরমানন্দ ঠাকুরনা শ্রীমদ-ভগবত পাঠ তৌরমদাইদা-আচমন সেবা বিধি,অঙ্গ-ন্যাস, কর-ন্যাস,হৃদিয়াদি ন্যাস তৌবা তুংদা-শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ চৎথরমগনি হায়বসি য়েৎনফম লৈত্রবা ৱাফম্নি। মসিগীসু মথক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দ জীউগী অগ্রদা ১দি শ্রীযুৎকী সনামাংদা, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা ''নাম-শ্রবণ''ওইবিদুনা হৌরকখিবা ওইবনা লাইরিক থীবা ১সুং হায়বা কলাকার অনিগী,অহৌবা লাইরিক-সেবা অসি ইচম-চম্বা ওইরমগনি হায়বসি থাজবগী ৱাংমদনি।

রাগ-রাগিণী লয়-তাল,১দি ছন্দঃদা য়ুমফম ওইদুনা পাংথোকপা হরি-সঙ্কীর্ত্তনগী অয়াম্বা কর্ম্মদি-রাগ-হৌবা, রাগ-তবা, ভক্তি চংবা য়ারবা মতাং ১সুং য়াদ্রিবা, অসুম্না অককবা নিয়ম কয়ানা পুন্দুনা পাংথোংকপনা অয়াম্বনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা পাংথোকপা কর্ম্মদি -মপানথোংদা ফনা নুংঙাইনা পাংথোকখিবা ওইদুনসু-মনুংদদি,সেবা অপরাধ,নাম-অপরাধ ওইখিবনা,পাংথোকইবা কর্ম্ম অদুগী অশেংবা অচুম্বা মহৈ ফল অদু ফংদদুনা, অরেম্বা অমরোমদা চৎখিদুনা মাংখি হায়বসি সঙ্কীর্ত্তন-পদ্ধতিগী

মক্তুবা পাউজেন্নি।অদুবু ঙসিদি-লাইরিক অনি ফম্বী কলা অসিগী-থীবা ১সুং হায়বা কলাকার অয়াম্বনা, লাইরিক সেবা চংলমদাইদা,ফি-শেং অনৌবা হোংবা ১দি আচমণ-সেবা,পূজা পাংথোকপদা থোইদোক্লা পুক্লিং চংবা ৱাৎনবগুম উরে।

সাধু-বৈষ্ণবশিংগীদি হৃদি-পদ্ম সিংহাসন্দা হায়বদি,থম্মোই লাইয়ুমদা শ্রীশ্রীরাধা-গোবিন্দগী যুগল মূর্ত্তি সরনী ওইরগা,বৈধি-ধর্ম্মগী আচামণ-সেবা,অঙ্গ-ন্যাস,কর-ন্যাস,হৃদিয়াদি ন্যাসনচিংবা পুম্নমক্কী মহুৎশিন্দুনা সুদ্ধ ওইরে হায়না লৌনৈ। পদ্ধতি অসি মায়া চংদ্রবা সিদ্ধ-বাবাশিংগী ওইবনা বৈষ্ণব-আচামণ হাযরগা খংনৈ।অচামণ অসিনা,লাইরিক থীবা ১সুং হায়বা কলাকার অসিনা,লাইরিক সেবা চংঙুবদা- ''আচামণ-সেবা তৌদনা, নাম-শোন্বা তৌহৈদে-যাদে'' হাযদুনা মফম খরদা অচৌবা ৱাথোক ওইনখিবগী ৱারি কয়া লৈখ্রবনি ১সুং দেখাচার-লোকাচার ১দি দেশ-কাল পাত্রগী মতুংইন্না- বৈদিগী মথং-মথং কারক্তুনা রাগ-ভক্তিদা চংগদবনি হায়বগী শাস্ত্রগী অকনবা মত কয়া অমসু পীনখ্রবনি। মরম অসিনা,নাম-শোল্লিবা কলাকার ঐখোই খুদিংমক্লা লোক-নিন্দা,সেবা-অপরাধ,নাম-অপরাধনচিংবা লঙজবা মখল-৩৬ অসি নাম-শোন্বা মতমদা য়ারিমখৈ চংদনবা ঙাক্লা চৎতুনা,কলা অসিগী মক্তুবা গুণ অসি নৌহৌনা য়োকখৎলসি।

লাইরিক সেবা,পূজা কৎলিবা,সেবারী ১দি পূজারি অদুনা,লাল্লে-খঙন -খঙনা,চহি কয়াগী মমাংদগী-অয়াম্বা যজ্ঞ-সূত্র ধারণ তৌদুনা সেবা-অপরাধি ওইরকপা মরম্না,শোল্লিবা নাম অদুনা,মপান্দা নাকোংগী ঙাইহাক নুংঙাইবা পীরবসু-তুংকোইনা মনুংগী দুঃখ দশা কোক্তুনা সদ কর্ম্ম পাংথোকখিবগী মহামঙ্গল পীবদি ওইথোক্তে। মরমদিঃ-মালেম অসিদা লৈরিবা-বৈষ্ণব সম্প্রদায় কয়াদা -ধারণ তৌনরিবা যজ্ঞ-সূত্র(নোগুণ)মচা অসি-মচা অমা থাংবা। মচা অহুম থাংবা।মচা মাপল থাংবা ঙাক্তনি।মচা-তরুক থাংবদি-মণিপুরী সমাজগী বৈষ্ণব কাংলুপ অসি নত্তনা,অতৈদা

লৈতে ১সুং মচা অনি-অনিদা সুমেরু পুল্লগা, ''গয়াত্রি''না অসুম্না শোনগদবনি হায়না বিধান ১দি পদ্ধতি পীবা যজ্ঞ-সুত্রগী করিগুম্বা গ্রন্থ ১দি ধর্ম্ম-শাস্ত্র অমত্তা ঙসি ফাওবদা লৈত্রি। অদুগা কনাগুম্বা পণ্ডিৎনা মতুং অসিদা ''নোগুণ মচা তরুক থাংগদবনি ১সুং মসিগী গায়ত্রিনা অসিনি'' হায়দুনা অনৌবা ধর্ম্ম-গ্রন্থ,মণিপুরগী তোঙানবা যজ্ঞ-সুত্রগী লাইরিক অমা ফোংলকপা তারবদি- শ্রীকৃষ্ণদা খণ্ডন-খণ্ডনা অচৌবা অপরাধি খন্দুনা,সমাজ অসিদা ঙাকপীফম লৈত্রবা লঙজবা ওইগনি।

''যজ্ঞ-সুত্র''হান্না থাংলম্বা মচা তরুক্কী মহুৎতা মচা মাপল থাংদুনা লাইরিক পূজা সেবা চঙবসি করিগুম্বা সম্প্রদায় অমত্তগা শিংনরুবা নৎচদে,অচুম্বা পদ্ধতিনা,পূজা- সেবা চংজবগী ৱাতনি। চাউরাকপা লাইরিক সেবা ১দি অচামণ বিদ্ধিঃ-

১। নাম-শোনগদৌরিবা কলাকার অনিনা-অনৌবা ফিশেং হোংদুনা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা, ধুপ-থাউমৈ,পূজাগী পোৎলম্না থেল্লিবা,লাইরিক ফান মথক্কী গ্রন্থ অদুবু দণ্ডবৎ-ভক্তি কৎকনি ১সুং পঞ্চাঙ্গঁ-ভক্তিদা লোইশিন্দুনা, হৌগৎলগা-শ্রবণ ওইরিগদৌরিবা, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী, গুরুজন পুম্ন-মক্পু মথং-মথং ভক্তি কৎকনি। লাইরিক-ফান মনাক্তা অমুক চংলক্তুনা খুকউ অনি লৈতারগা, খুৎ য়েৎনা লৈবাক শোল্লগা, কুশিনা তামিদগী ঈশিং মরিক অমতং লৌরগা, লৈবাক্তা হৈথদুনা,খুৎ অনিমক লৈবাক্কী ঈশিং অদুদা শোক্তুনাশেংদোক্কনি।

২। য়েৎকী খুবী ১দি খুয়াইনা,তুলসী-পত্র অমতং লৌরগা তামি মনুংদা থাগদবনি ১সুং য়েৎকী খুৎনা খুশি পাইদুনা মদুদগী ঈশিং খরা লৌরগা খুশিদু ওইগী খুত্তা শিন্নদুনা, কুশি মকোক্লা খুবীরোমদা, মনিংনা খুনাওবী-রোমদা লৈহন্দুনা পাইগনি। য়েৎকী খুৎনা ''গো-র্কণ''শাদুনা, হায়বদি ষণ মনাকোং শানা খুবাক ময়াই কুৎথহল্লগা, খুবী মনাক্তা লৈরিবা, অচৌবা ময়ি অশাংবা অদুদা -(ব্রহ্ম-র্তীথদা) ঈশিং মরিক অমতং হৈগ নি। ঈশিংগী চাংদি-শগোল-হৱাই মরু অমগী তংখাই লুপ্পা অদুতমক হৈগনি।

৩। বিষ্ণু-স্মরণ ১সুং আচামণঃ-

"ওঁ-তদ বিষ্ণোঃপরম পদং সদা পশ্যন্তি সুরয়ঃদিবীব চক্ষুরাততম্। ওঁ-বিষ্ণুঃওঁ বিষ্ণু"হায়না স্মরণ তৌরগা ১। "ওঁ কেশবায় নমঃ।

২। ওঁ নরায়নায় নমঃ।ওঁ-মাধবায় নমঃ।"হায়দুনা নাম খুদিংগী ঈশিং মরিক অমমম্ , খুশিনা খুবাক মযাইদা হৈদুনা মুখ-মন্দলিদা(যানুংদা)লংশিন্দুনা তাহনগনি। আচামণ তৌবদা,খুবাক্তগী ঈশিং অদু চীনগা খুবাক্কা হকথেংননা থকপা নিষেধনি হায়বদি মাংই য়াদে।

৪। অচামণ তৌরু রবা তামীগী ঈশিং অদু হান্নগী যাউরিবা তুলসী-পত্র অদু লৌহৌরগা হৈদোকখিদুনা,অনৌবা ঈশিং অমুক হাপ্লগা,কুশিনা মদুদগী ঈশিং খরদং লৌরগা খুৎ অনি শেংদোক্কনি।

৫। অঙ্গঁ-ন্যাস ১দি হৃদিয়াদি ন্যাস :--

অঙ্গ ন্যাসকী মতম অসিদা যজ্ঞ-সুত্রদি (নোগুন্দী)যেৎকী খুবী ১দি খুদোম্বী অনিগী ময়াইদা থল্লগা খুবী-মরুনা চিন্বান থক-খা অহুমলক, খুদোম্বী, খুয়াই, খুৎনিংথৌনা, নাতোন সুমাংদা শোক্তুনা, য়েৎকী ওইগী নাতোন নাকচী, মিৎ-য়েৎ-ওই, নাকোং যেৎ-ওইনচিংবা হকচাংগী মফমশিং অসি যেৎলোমদগী হৌদুনা অহুম-অহুমলক শোক্লগা, থম্মোই,থবাক,থৌরি,লাইবক,লৱাই লেম্ফু ১দি পাম্বোম মরু ওই-য়েৎতা-অমুক-মুক শোক্কনি। মতুংদা,খুৎ-শা অমুক শেংদোক্লগা-ধুপ-থাউমৈ কৎতুনা পত্র অমমম্ পূজাগী দ্রব্য খুদিংমক্তা তাহন্দুনা,গন্ধ-চন্দন,পুষ্পনচিংবা,শোনগদৌরিবা গ্রন্থ অদুদা সেবা ওইরগা শ্রীশ্রীরাধা-গোবিন্দগী স্বঁনি থাংদুনা,অষ্টাঙ্গ প্রনাম অহুমলক কৎলগা,দণ্ডবৎ-ভক্তি তাগনি। মসিগী তুংদা নির্মাল্য অমতং, ব্যাস আসন্দা কৎলগা দণ্ডবৎ ভক্তি ওইগনি। যজ্ঞ-সুত্র(নোগুণ) অদু ওইদগী য়েৎতা থাংলগা,লাইরিক ফান মনিংদা থারিবা আসন(ফক)অদুগী তুংদা চংলগা-খুকউ অনি লৈতারগা,য়েৎগী খুৎশানা আসন্দা শোক্তুনা য়েৎওইননা অহুমলক কোয়দুনা -শ্রীরাধা গোবিন্দ ১সুং শ্রীগুরুব্যাস দেববু নিংশিংদুনা খুরুম্লগা-লাইবক অহুমলক কৎতুনা -খুকউনা শিৎতুনা আসন্দা কাগনি ১সুং মাংদগী খুদোল ৩।৪ হন্থদুনা, খুকউ অনি লৈতানা ফমগনি।

৬। মঙ্গঁলাচারণ লোইরবা তুংদা -লাইরিক্কী অহৌবা পদ-জয়-জয়--দগী ছয়-গোষাঞিগী অরোইবা পদ- ''এই ছয় গুরু করে চরণ বন্দন'' হায়বা পদ মঙা অসি ''মালব-রাগ'' ছন্দঃ পান্দুনা শ্রীমূর্ত্তি শাগৎকনি। পাদ-পদ্মগী পদ অহুম। কটিতকী পদ অহুম। বক্ষ-স্থলগী পদ অহুম। বদন-চন্দ্রগী পদ অহুম। শিরমণ্ডলগী পদ-অহুম-পুন্না পদ-তরা-মঙাসি, সম্পূর্ণ হেক ওইবদা,শ্রীমূর্ত্তি মপুং ফারবনা-সেবা ভক্তি চংবা য়ারে। অসুম্না, রাগ-ছন্দঃগী চৎনবী নিয়ম মতুংইন্না রাগ-ছন্দঃ অদুগী রাগিণী,সখা-সখী বাহন্নচিংবা চৎথদুনা নাম-সম্পূর্ণ ওইগনি।

লাইরিক অনি-ফম্বীগী কলা অসি,ভক্তিদা য়ুমফম ওইবা, দুঃখ-দশা অৱা-অনা পুম্নমক কোক্তুনা মহা মঙ্গল পীন-হৈবা সঙ্কীর্ত্তনগী কলা ওইবা মরম্না মতম চুপ্পদা, মসিগী অশেংবা মশক ১দি মগুণ মাঙদনা নুমিৎ-থাগুম ঙান্দুনা লৈবা পামজরু বদগী,মথক্কী ''লাইরিক সেবা চংবগী ৱারম খরসি তোল্লবনা প্রস্তাব ওইনা ইজখিবনি । প্রস্তাপ অসি ইকাই খুম্নজরবা ওঝা শ্রীশাদোকপম ইবোমচা সিংহনা ইবিরকপনি,মসিগীদমক হন্ন-হন্না থাগৎচবগা লোইননা তৌবিমল উৎচরি।

লেখক-

# য়াওফম তাকপা

| হিরম | | লমায় |
|---|---|---|

## অহানবা শরুক



## ২শুবা মতাং

| হিরম | লমায় |
|---|---|

### ৩ শুবা মতাং



### ৪ শুবা মতাং



### ৫ শুবা মতাং

| হিরম | লমায় |
|---|---|



## ৬ শুবা মতাং



## অনিশুবা শরুক

| হিরম | লমায় |
|---|---|



২শুবা মতাং



৩ শুবা মতাং



৪ শুবা মতাং

| হিরম | লমায় |
|---|---|

## ৫ শুবা মতাং



## ৬ শুবা মতাং



## ৭ শুবা মতাং



## ৮ শুবা মতাং

| হিরম | | লমায় |
|---|---|---|

## মাপলশুবা মতাং



## ১০ শুবা মতাং

# রাগ মঞ্জরী দর্শন

## অহানবা শরুক

## (১)

## মঙ্গলাচরণম্

শ্রীগোবিন্দং ব্রজানন্দ সন্দোহানন্দ মন্দিরং।
বন্দে বৃন্দাবনানন্দং শ্রীরাধা সঙ্গানন্দিতং॥
যোহজ্ঞানমত্তং ভুবনং কৃপালূরুল্লার ঘয়ন্নপ্যকরোৎ প্রমত্তং॥
স্বপ্রেম সম্পৎ সুধয়াদ্ভুতেহহং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যমমুং প্রপদে।

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব (ব্যাসং)ততো জয়মুদীরয়েৎ॥

পঙ্গুর্ভ্রমতি ব্রহ্মাণ্ডং মূর্খো বেদার্থবিদ্ভবেৎ।
যৎ কৃপালেশমাত্রেণ,বন্দে তং গুরুমীশ্বরম্॥

(২)

# মূলগী অর্থ

১। ব্রজবৃন্দাবনগী নুংঙাইবগী মপু ওইবা অমদি শ্রীরাধাগা লোয়নবদগী নুংঙাইবিরিবা শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজরি। মাযানা কৃপ্নদগী কঙাওনরিবা তাইবংবু কৃপা পীবিদুনা মাগী প্রেমদা ময়াই কাহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু খুরুমজরি।

২। অথোইবা মীগী শক্তম লৌবিরিবা নারায়ণবু অমদি নরবুসু খুরুমজৈ অদুগী তুংদা দেবী সরস্বতীবুসু খুরুমজরগা জয হায়না শোনগনি (শব্দবনি)।

৩। মাগী কৃপা মরীক অমতং ফংজবদা খোংতেকপনা ব্রহ্মাণ্ড কোয়বা ঙম্মী,অপঙবনা বেদগী অর্থ খঙবা ঙম্মী, অদুগুম্বা গুরুগী মশক ওইবা ঈশ্বরবু খুরুমজরি।।

-------

# রাগ মঞ্জরী দর্শন

**অথ মালবঃ-**

নিতম্বিনি চুম্বিতবক্ত্র-পদ্মঃ
শুকদ্যুতিঃকুণ্ডলবান্ প্রমত্তঃ।
সঙ্গীত-শালাং প্রবিশন্ প্রদোষ
মালাধরো মালব রাগ রাজঃ।।

**মূর্ত্তিদিঃ**- কুচুনা তেনব্রা মানবা,মায়থোংনা থম্বাল ঙমজবা,নাপদা কুণ্ডলনা লৈতেংবা,লৈ পরেং শিবা,মমশিল্লক্লবদা জগোই শঙদা চঙদুনা ময়াই কাবগা লোয়ননা নিঙজোল ফজবী নূপীবু চুপ্পা অদুবু রাগগী নিংথৌ মালব হায়না কৌই।

**মালব রাগ পুরুষ ছন্দঃ-**

জয় নমঃযাদব মাধব জনার্দ্দন।
জয় হৃষী কেশ সদাশিব সনাতন।।
প্রনত তারণ নারায়ণ নিরাকার।
কৃষ্ণের চরণ কোটি কোটি নমস্কার।।
নমো নমো ভগবন্ত ভগতের নিধি।
কৃষ্ণক স্মরণে আরম্ভর হৌক সিদ্ধি।।
মহা ভাগবত পদ দশম স্কন্ধর।
রিরচিলা পদ কৃষ্ণ কিঙ্কর শঙ্কর।।
শত কোটি জনমের মহাপাপ চয়।
যিটো মনুষ্যের নিরন্তরে ভৈলা ক্ষয়।।

করযোরে বলে শুনিয়োক সভা সদ।
মুঢ় হুয়া করো মহা ভাগবত পদ।।
আমার পদত কেহো নধরিবা দোষ।
কৃষ্ণ কথা শুনি করা চিত্তক সন্তোষ।।

**মালব রাগ (মৈতৈরোন)ঃ-**

যাদব মাধব খুরম্মী জর্নাদ্দনবু।
হৃষীকেশ সদাশিব শ্রীসনাতনবু।।
জীব লানবিবা নারাণবু খুরুমজৈ।
কৃষ্ণগী চরন্দা কোটিরক খুরুমজৈ।।
ভক্তগী লন ইবুংঙোবু খুরুমজরি।
কৃষ্ণবু নিংশিংনা হৌবদা,মঙ্গল পিরি।।
তরাশুবা স্কন্ধ ভাগবকী পদনি।।
কৃষ্ণগী মনাই শঙ্করনা লেংজবনি।
খুৎ লোন্ননা হায়জরি ভক্তনা তাবিয়ু।।
পদসে অপংবনা লেংবনি খনবিয়ু।
ঐগী পদসে খিবিগনু অকায়ববু।
কৃষ্ণ নাম তারগা পেনবিয়ু পুক্লিংবু।।
মপোক কোটি চাম্মগী পাপকী মপৈবু।
অদুম্বা মীগী পাপতো ওইরি মাংববু।।

শত কোটি জনমের মহা পাপ চয়। যিটো মনুষ্যের নিরন্তরে ভৈলা ক্ষয় ।। (পদ অনি অসি)বিরচিলা পদ কৃষ্ণ কিঙ্কর শঙ্কর। হায়বা পদ অসিগী হেক মথাদা ছন্দ সি লৈগনি,মসি ওঝাশিংনা তাকপিরম্মী অমসুং তম্বীরম্মী।

**অথ ধানসীঃ-**

নীলোৎপলং কর্ণযুগ বহন্তী
শ্যামা সুকেশী কৃশমধ্যভাগা।
ঈষৎসুহাস্যাম্বুজবক্তরম্যা
সা-'' ধানসী পদ্মসুচারুনেত্রা।।

ধানসীঃ-কুচু শংবান্নবী,শমলাং নিঙথিবী,থরো অশংবনা নাকোঙ অনিমক্তা চিনবী,খ্বাঙজেংবী,মিৎম্না থম্বাল লৈকা ঙমজবী,নিঙথিবী মায়থোংদা মোমোন মীনোকপী অদুবু 'ধানসী' হায়না কৌই।।

**মালব রাগপ্রিয়া ধানসী ছন্দ।।১।। শুবাঃ-**

জয় জয় জদুকুল জল নিধি চাঁন্দ।
ব্রজের কুল গোকুলের আনন্দ কন্দ।।
উজ্জ্বল জলধর শ্যামল অঙ্গবর।
হিলন কল্পতরু ললিত ত্রিভঙ্গের।
শ্যামল সুন্দর বর পিতাম্বর রাজে।
অধরে মুরুলিধর সুমধুর বাজে।।

**মালব রাগ প্রিয়া ''ধানসী'' ছন্দ।। মৈতৈরোনঃ-**

খুরুমজৈ যদু শাগৈগী থা গোবিন্দবু।
ব্রজ গোকুলগী পিবিরি নুংঙাইববু।।
অনৌবা নোংগুম্না ফজরবা শ্রী মূর্ত্তিনি।
কল্পবৃক্ষগুম ত্রিভঙ্গনা লৈতেংবনি।।
সংবান্নবা হকচাংদা স্না ভিগেনা ঙাল্লি।
গোবিন্দগী চিন্বান্দা বাঁশিনা লৈতেংলি।।

**অথ মানসী ঃ-** করেবিধৃতাম্বুজযুগ্মরম্যা
ইতস্ততশ্চরু বিলোকয়ন্তী।
কন্ঠে স্ফুরন্মৌক্তিক রত্নহারা
সা 'মানসী' সংকথিতা বিচিত্র।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-** করাবধৃতাম্বুজযুগ্মরম্যা
ইতস্ততশ্চারু বিলোকয়ন্তী।
কন্ঠ স্ফুরন্মৌক্তিক চারুহারা
সা, মালবশ্রীঃকথিতা বিচিত্রা।।
মালবশ্রীরিয়মেব মানসাত্যুচ্যতে।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-** থম্বাল অনিখক পায়রগা হাইদুনা শান্নবী,থোৎনা নৌনা মায়কৈ শীন্না য়েংবী,খৌরী(ঙকশম)দা নিঙথিবা মুক্তা পরেংনা লৈতেংবী,য়ৌনা শকহেনবী অদুবু 'মালবশ্রী' হায়না কৌই। মসিবু 'মানসী' হায়নসু খঙনৈ।।

**মূর্তিস্তঃ-** লীলারবিন্দস্য দলানি বালা
বিভাবয়ন্তী তনু হেমযষ্টিঃ।
মুহূর(মহূর)বৃক্ষস্য তলে নিষন্ন
শোণা মৃর্দুমানসিকা প্রদিষ্টা।।

**মূর্ত্তিদি**-সনাগী কুচু মানবী, শাবান ফজবী, খুত্তা থম্বাল পায়রগা লৈকা ফন্দোক্তুনা শান্নবী, হৈখাগোক মখোঙদা নুংঙাইতবা রাখল খনবী অদুবু '' মানসী'' হায়না কৌই।।

**মালব রাগ প্রিয়া 'মানসী' ছন্দ ।।২।। শুবা ।।**

সেইত পরাণ নাথ পাইলু।
যাহা লাগি মদন দহন ঝুরিগেল ।।
কৃষ্ণ লঁয়া ব্রজযাব এভাব অন্তরে।
এই ধূরা গানে নাচে দ্বিতীয় প্রহরে ।।

**মানসী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

থরাইগী মবুঙো ফংজরে।
মাগীদমক কাম্নবু চাকহনখরে ।।
কৃষ্ণ ফংলবনিনা ব্রজদা পুরগনি।
পদ অসি শকই চুপ্না যূথক অনি ।।

**অথ রামকিরীঃ-**

প্রতপ্তচামীকর চারুবর্ণা
কর্ণাবতংসং কমলং বহন্তী।
পৌষ্পং ধনুঃ পুষ্পশরান্ দধানা
চন্দ্রাননা রামকিরী প্রদিষ্টা ।।

**রামকিরীঃ-**

কুচুনা-সনা-ফুদোংলবা মানবী, থম্বালনা নাপ-লৈতেংনবী,
লৈগী লীরুং-তেন পায়বী, মায়থোংনা থা মানবী অদুবু
'রামকিরী' হায়না কৌই ।।

**মূর্ত্তি স্তঃ-**

স্বর্ণপ্রভা ভাস্বর ভুষনাঢ্য
নীলং নিচোলং বপুষা বহন্তী।

কান্তপদোপান্তমধিশ্রিতেঽপি
মানোন্নতা রামকিরী প্রদিষ্টা।।

**মূর্ত্তিদিঃ-** সনাগুম মঙান চাউবী, মণিমুক্তানচিংবনা ইরংলংনা লৈতেং-বী অশংবা ফীজোন্না মশাগী ফিজেৎ লৈতেং ওইনবী, মপু-রোইবগী মখোঙ মনাক্তা লৈরবমক্তুদসু শাউবনা ময়াই কারবী অসিবু 'রামকিরী' হায়না কৌই।

**মালব রাগ প্রিয়া 'রামকিরী' ছন্দ।।৩।।শুবা।।**

মোরপিতা মহ বর্গে কৃষ্ণনৌকা পাই।
লীলায়ে তরিলা তাক গোখুজ পরাই।।
মোর দেহ দহিলে দ্রৌনির ব্রহ্ম শ্বরে।
রাখিলা মাধব পশি গর্ভের ভিতরে।।
হেন ইষ্টদেব মোর প্রভু দামোদর।
কহিয়ো শুনিবো তান চরিত্র বিস্তার।।

**রামকিরী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

ইবুধৌসিংনা গোবিন্দ হিবু ফংজদুনা।
লাল্লি মায়া ঈপাক ষণ খোংগুনগুম্না।।
ঐসে শিরে অশ্বত্থামাগী ব্রহ্ম শ্বরনা।
গর্ভনুংদা চংলক্তুনা কনবী কৃষ্ণনা।।
ইবুংঙোসে ঐগী নিংনফম গোবিন্দনি।
লিবিয়ু মাগী গুণ ফজবা তাজগনি ।।

**অথসিন্ধুড়াঃ-**

সদিন্দ্রনীলদ্যুতিরম্বুজাক্ষী
প্রবাদয়ন্তী কবি (পি)লাস যন্ত্রং।
বিচিত্ররত্নাভরর্ণাসুকেশী
সা সিন্ধুড়া কান্তসমীপসংস্থা।।

**মূর্ত্তিদিঃ**- পঞ্চমসারসংহিতাদদি - শেংলবা ইন্দ্রনীল মণিগুম মশাগী মঙান চেনবী, মিৎস্রা থম্বাল লৈকা মানবী, কপিলাস কৌবা বীনা যন্ত্র খোংবী, ফিজেৎ লৈতেং নিঙথিবী, মণিমুক্তানা লৈতেংবী, মশম ফবী, মপুরোইবগী মনাক্তা লৈবী অদুবু 'সিন্ধুড়া হায়না কৌই।।

**মালব রাগপ্রিয়া 'সিন্ধুড়া' ছন্দ।।৪।।শুবা**

হাইরে দারুণ বিধি কেনে নিদারুণ।
কাহা মোরপ্রাণ নাথ মুরুলী বদন।।
কাহা মোর প্রাণ নাথ কাহা বঁশিধারি।
কাহা মোর প্রাণ পতি অভাগিণী ছারি।।

**সিন্ধুড়া ছন্দ মৈতৈরোনঃ**

বাখ্রেদা হে বিধি করিগী নুংশি হৈতবা।
মুরুলী খোংবা কৃষ্ণ কদাইদা লৈখ্রবা।।
বংশি পায়বা গোবিন্দনা কদাইদনো।
তোল্লবী থাদোক্লগা করিগী লেংখ্রিবনো।।

**অথআশাবরীঃ-**

জবাপ্রসূনদ্যুতিরিন্দুবক্ত্রা
সুনীল পদ্মং করয়োর্দধানা
ক্ষৌমাংশুকাচ্ছাদিত গাত্রযষ্টি-
মর্হা বিদগ্ধা কথিতা শ্বাবরী।

**আশাবরীঃ-** কুচুনা জবা-কুসুম অপোম্বা মানবী,মায়থোং থা মানবী খুৎ অনিমক্তা থম্বাল অশংবা পায়বী,নিঙ্খিবী শাবান্দা মৃগা ফিনা লৈতেংবী,শৃঙ্গার রসতা চঙখোনবী অদুবু 'আশাবরী' হায়না কৌই।।

**মালব রাগ প্রিয়া 'আশাবরী' ছন্দ।।৫।।শুবা।।**

তুমাবিনে প্রাণ বন্ধু প্রাণ ঝুরি ঝুরি।
তুম লাগি মোর প্রাণ ধরিতে না না পারি।
অনাথের নাথ প্রভু অগতির গতি।
অধম জানিয়া প্রভু পতিতের গতি।।
জম্মে-জম্মে তুয়াপাদ দেহদরশনে।
কৃপা দড়ি গলে বান্ধি টানি শ্রী চরণে।।

**আশাবরী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হা গোবিন্দ রাধাগী থবাই চাকখ্রেদা।
ইবুংঙোগী বাবনা ঐ হিংঙোইদৌরিদা।।
তোল্লবগী মপু তোল্লবিনি খনবিয়ু।
তোল্লবনি খংবিদুনা জীববু কনবিয়ু।।
মপোক খুদিং ননাই ওইহনবিয়ু।
থৌজান থৌরিনা চরন্দা চিংসিনবিয়ু।।

**অথ ভৈরবীঃ-**

সরোরুহস্থা স্ফটিকস্য মণ্ডপে।
সরোরুহৈঃশঙ্করমর্চ্চয়ন্তী।
তালপ্রয়োগ প্রতিবন্ধগীর্তি
গৌরীতনুর্ভৈরবীকা সতীয়ং

**মূর্ত্তিদিঃ**- ঈশিং ময়াযদা লৈবা মণিগী মাণ্ডোপতা থম্বালতনা মহাদেববু পুজা তৌজবী কুচু-ঙৌবী,তান থাদুনা প্রবন্ধ গীতপু শকলিবী অদুবু 'ভৈরবী' হাযনা কৌই।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

চন্দ্রপ্রভা চারুমৃগীসুনেত্রা বিদ্যাধরা (বিম্বাধরা) নৃত্যকলাং (চরুকলাং) বহন্তী। পিকস্বরাতীব মনোহরন্তী সা ভৈরবীয়ংচ শিবং দদাতু (নামবুধৈ ঃ প্রদিষ্টা)।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ**- থাগী মঙানগুম ঈংবী নিঙথিবী,শজি মিৎতা ত্রবী, গন্ধর্ব্ব জগোইদা হৈ-শিংবী(চীনবান্না তয়াল ঙমজবী)খোঞ্জেলনা কোকিলগুম পুক্লিং হুনবা ওইবী অসিগুম্বী ভৈরবী অসিনা মঙ্গল ওইবা পীনবীসনু।।

**মালব রাগ প্রিয়া ভৈরবী ছন্দ।।৬।।শুবা**

পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গ ভেল।
অনুদিন বাঢ়ল অবধিনা গেল।।
না সো রমণ না হাম রমণী।
দুঁহু মদন মনোভব পেষলজানি।।
এসখি! সোসব প্রেমকাহিনী।
কানুঠামে কহবী বিছুরহ জানি।।
না খোজলঁ দূতী না খোজলু আন।
দুহুকেরি মিলনে মধ্যত পাঁচবাণ।।
অব সোই বিরাগ তুঁহু ভেলি দূতী।
সুপুরুখ প্রেমকি ঐ ছন রীতি ।।

**ভৈরবী ছন্দ মৈতৈরোনঃ**-

অহানবা রাগদা মিৎকা মিৎকা য়েংনথি।
নুমিৎ খুদিং ঙমখৈ লৈতনা চাওখৎখি।।
গুরুজন খংনা সেবা য়াববু নত্তেনা।
পূক্লিং তিনশিনখ্রে কাম কৌবা লাইনা।।
হে ইতা কৃষ্ণদা নুংশিজবগী ৱানি।
কৃষ্ণদ হায়বিয়ু ঐবু কাওখ্রবনি।।

দুতি কনানবু নুংশিনৌ হায়দবনি।
মসে কামগী তেন্না থোকহনখিবনি॥
কৃষ্ণনা নুংশিদ্রবা ঐবু(ঐ)নং দুতি ওইররি।
কৃষ্ণদা প্রাণ কৎলুবগী অসি ওইরি॥

**মালব রাগ সখা - 'ছুহি' ছন্দঃ-**

হেনই সংসার বৃক্ষ, তোমাতেছে উপজায়,
মহাজ্ঞানী গণে আকজানে।
মায়ায়ে মোহিত মণে, যিটো অপন্দিত গণ,
তোমাক বিবিধ করি মানে॥

সন্তর রক্ষার হেতু, বহুবিধধরারূপ,
দুর্জ্জনক বিনাসিবাবলে॥

**ছুহি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

সংসারগী উ পাম্বীশে, ইবুংঙোদগী পোকপশে
অশিংবা জ্ঞানিনা ঙম্মি খংবা।
মায়াতনা শুন্নবনি, জীব য়াম্না পংলবনি,
খল্লিদা রাখন তোংঙানবা॥
সাধুশিংবু ঙাক্লনবা, শক্তম কয়া পুরিবা,
ফত্তবশিংবু মাঙহল্লিবা॥

**মালব রাগ বাহনঃ-**

পরিঘুছা ছন্দ।।

পরিক্ষিত নৃপ পাছে পুছন্ত শুকত।
চন্দ্রস্বর্য্য বংসের কহিলা কথা যত।।
পাছে নারায়ণ যদু বংসে অবতরি।
কহিয়োগ কুন কর্ম্ম করিলন্ত হরি।।
মহাজ্ঞানী গণ যাক গাবে অবিশ্রাম।
সংসারের ঔষধ কর্ণের অভিরাম।

**পরিঘুষা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

পরিক্ষিত নিংথৌ হংঙি শুকমুনিদবু।
নুমিৎ থা, অনিগী শাগৈগী বারি কয়াবু।।
তুংদা ভগবান্না যদু শাগৈদা পোক্লরে।
লিবিয়ু তাজগে করি কর্ম্মবু তৌবিরে।।
অথোইবা জ্ঞান লৈবসিংনা শক্লে শোন্নে।
সংসারগী হিদাকনিনা নাকোংনা পাম্নে।।

**মালব রাগগী রাগিণী ধানসীগী সখীঃ-**
**তমাল [illegible] ছন্দ**

শুন্য হৈল তনু বৃন্দাবন মাঝে হৈল।
না পুরাও অঙ্গমোর না ভাষাহ জল।।

মরিলে রাখহ তনু তমালের ডালে।
এহ মোর তনু বৃন্দাবন মাঝে হৈলে।।
তমালের স্কন্ধে মোর ভুজ লতা দিয়া।
রাখিয়া যতন অতি নিশ্চয় করিয়া।।

**তমাল স্কন্ধ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হে সখী কৃষ্ণগী মৈনা ঐনা শিরবদা।
মৈদশু থাবিনু,লংথবিগনু ঈশিংদা।।
অশিবা হকচাংদো থম্বিয়ু তমালদা।
লৈহনবিগনু বৃন্দাবন্দগী রাংমদা।।
তমালগী মশাদুদা য়াঞ্জগে ইখুৎনা
থম্বীয়ুকো হে ইতাসা য়াম্না চেকশিন্না।।

**ধানসী রাগিণী বাহন তোটক ছন্দঃ-**

মধূসুদন হে জয়দেব পতে।
বিপদ পড়ে পিরিতি লোকগতে।।
তবনাম সুমঙ্গল গাণ করি।
অতি ঘুর ভবাম্বুদি বারিতরি।।
শুগম্ভরি নদী সলিল পঢ়িল।
তব নাম জপি ভগতি করিল।।
করুণা ময় চাহি কৃপারদ্র মণে।
কর পার নদী জল ভক্তজনে।।
তবনাম কলঙ্ক যথা না ঘতে।
শ্রী রঘুনন্দন তোটক ছন্দবতে।।

**তোটক ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হে মধুসুদন কৌরবা হে দেব।
অবাবা তরবা জীব লানবিবা।।
নংগী নাম্বু-মঙ্গন্নি শক্লজরি।
লানবা ঙমদ্রবা মায়া লান্নরি।।
সংসারগী তুরেন্দা তাওরবদা।
লান্ননবা ভক্তনা শোন্নজরিদা।।
থৌজান মপুওইবা ইবুংঙোনি।।
ননাই ভক্তসিংবু লানবীগনি।।
নংগী নামদা ব্বাথোক থম্ফদেদা।
রঘু নন্দন্না টৌটক ছন্দদা লেংজৈ।

মসিদা অহানবা মতাং অদু লোইজরে।।




## অনিসুবা মতাং

### ''অথ মল্লার''

বিদ্বান্ সুশীলোঽতি সুকান্তদেহঃ কান্তপ্রিয়ো ধার্ম্মিকশীল যুক্ত। কামাতুরঃ পিঙ্গলনেত্র যূগ্মো ''মল্লার'' রাগঃ কুসুম প্রিয়শ্চ।।

লাইরিক হৈবা লমচৎ-শাজৎ নিঙথিবা, মশক মচু হেনবা, মাগী নুপীনা লূনা তৌজবা, ধর্ম্ম চেনবা, লৈ-য়াম্না পামজবা, কামগী ৱাখন্দা পূক্নিং হক্চিনবা, মমিৎ ঙাংতক তৌবা অদুবু '' মল্লার'' রাগ-হায়না কৌই।

**নারদ সংহিতায়ানন্থান্যথাদৃশ্যতেঃ:-**

বিহারশীলোঽপ্যতি নীলদেহো গভীরবাক্যঃপ্রিয়কামিনীযুৎ(যু)। কামাতুরঃপিঙ্গলনেত্রযুগ্মোঃমল্লাররাগোঽ খিলমোহনশ্চ।।

নারদ সংহিতাদদি অতোপ্পা মওঙ অমা অমুক উই মদুদি-

শংবানবা কূচুনা লময়ৌবা, রতিক্রিয়াদা পূক্নিঙ লুপ্পা (শূকপা) চান্নবীগা লৈমিন্নবা, নূপী পামগনবা, মিৎ পিঙ্গলা থুংবা তাইবঙনা ঙক্লবা ওইবা অদুবু ''মল্লার'' রাগ হায়না কৌই।।

**মল্লার'' রাগ পুরুষ ছন্দ ।।**

নাচত গৌরাঙ্গ প্রভু সঙ্কীর্ত্তন মাঝে।
সবে বলি হরি হরি করতাল বাঝে।।
হরিদাস শ্রী বাসাদি প্রভুর প্রধান।
সভে উন্নমত গায় রসামৃত পানে।।
গৌরাঙ্গ সহজে যৈছে প্রেম অচেতনে।।

**মল্লার রাগ ছন্দ ।।মৈতৈরোনঃ-**

শ্রী গৌরাঙ্গনা জগোই শাই সঙ্কীর্ত্তন্দা
ভক্ত পুম্নমক্না করতালবু খিঙলিদা।।
হরিদাস শ্রী বাসনা চিংলবা ভক্তনা।
পুম্নমক ঙাওখ্রে কৃষ্ণ প্রেম্না থন্দুনা।।
শ্রী গৌরাঙ্গশু প্রেম্না থন্দুনা রাম্থরে।

**অথ বেলাবলীঃ-**

সঙ্কেতিতোৎ ফুল্ল লতানিকুঞ্জে
কৃতস্থিতিঃকান্তসমাগমায়।
'বেলাবলী' চম্পকদাস মৌলী-
বিচিত্র রত্নাভরনা নিযুক্তা।।

মসানা তৌখিবা সঙ্কেত মতুং ইন্না,অশাৎপা লৈতনা য়োম্লবা,উরিগী কুঞ্জদা ফমদুনা,চানববু,লৈতোনা ঙাইদুনা লৈবী,কোক্তা লৈহাও পরেং শিব,অঙাংবা ফিজেৎনা লৈতেংবী অদুবু ''বেলাবলী'' হায়না কৌই।।

**মূর্ত্তিস্তঃ-** সঙ্কেতদীক্ষাং দয়িতস্য দত্ত্বা
বিতন্বতী ষড্ভূণমঙ্গলযষ্টেঃ।
মুহুঃস্মৃরন্তীশ্বর(স্মর)মিষ্টদেবং
''বেলাবলী'' নীলসরোজ কান্তিঃ।।

**মূর্ত্তিদিঃ**-অতোপ্পা লাইরিক্ত হায় মাগী চান্নবদা,লোন্ন পাউ থাখ্রগা, মশাব় নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা,নিঙজবা লাই(কামদেব)বু হন্ন-হন্না নিঙশিংজবী ;থম্বাল অশংবগী কূচুঙমজবী অদুবু বেলাবলী হায়না কৌই।।

**মল্লার রাগপ্রিয়া ''বেলাবলী'' ছন্দ।।১।।**

একদিন যুধিষ্ঠির নৈমিষ কাননে।
প্রনাম করিয়া বলে ব্যাসের চরণে।।
কোনমতে রাম চন্দ্র অভিষেক করে।
বিস্তারিয়া কহমুনি সব সমাচারে।।
ধন্য ধন্য রাজা তোমি কহে ব্যাস মুনি।
স্মরণ করেসে ভাল অপুর্ব্ব কাহিনী।।

**মল্লার রাগ প্রিয়া বলাবলী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

নোংমা যুধিষ্ঠিরনা নৈমিষা কৌবা বন্দা।
খুরুম্মদুনা হঙ্গৎলি ব্যাসগী চরন্দা।।
প্রভু রামনা করম্না অভিষেক তৌখিবা।
শন্দোক্না লিবিয়ু মুনিনা ৱারি অপুম্বা।।
মঙা মকপু থাগৎলি শ্রী ব্যাস মুনিনা।
নিংশিংখিগে কুইখ্রবা রামগী গুন্নিনা।।

**অথ পূরবীঃ-**

রহঃস্বকান্তক্রিয়মাণ পত্রাবলিং বহন্তী কুচকুম্ভযুগ্মে। দূবর্বাদল শ্যাম তনুঃসকামা প্রানীধিকাসা ''পূরবী'' প্রদিষ্টা।।

মথবাক্তা মাগী চান্নবনা,উন্না পরেং য়েত্তুনা লৈতেংবীরিবী,কুচু শংবানবী,কামগী মশক্ ওইবী,মপুরোইবগী মথরায় শক্চবী অদুবু ''পূরবী'' হায়না কৌই।।

**মল্লার রাগ প্রিয়া ''পূরবী'' (প্রবরা)ছন্দ।।২।।**

কি কহব রে সখি আজুক আনন্দ ওর।
চিরদিনে মাধব মন্দিরেতে মোর।।
পাপ সুধাকর যত দুঃখ দিল,
চাঁন্দ মুখ দরশন সবদুর গেল।।

**পূরবী-ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

করি হায়নি সখী ঙসি নুংঙাইবসে।
কুইনা উদ্রবা কৃষ্ণ ঐনা ফংজবসে।।
পাপ্পা অরাববু পিরম্বা খৈবিক অদো।
মায়খোং থা সিবু উবদা চেনখ্রেদো।।

**অথ কানড়াঃ-**

অশোক বৃক্ষস্যতলে নিষন্না,বিয়োগিনী বাষ্পকনাঞ্চিতাক্ষী। বিভুষিতাঙ্গী জটিলৈকবেনী,সা ''কানড়া'' হেম-লতেব তন্বী। অশোক পাম্বী মখোঙদা(পতিবিয়োগিনী ওইদুনা)কায়না মৈরি লাংদুনা,মথৱায় নুংঙাইতনা,মিৎত পিগী ঈরা হৌদুনা ফমলিবী,সনাগী উরীগুম,খ্বাঙ চেংত্রিক চেংবী,ফিজেৎ লৈতেংদ্রবী,কোক্কী বেনীসু ইপূল পূল্লবী অদুবু ''কানড়া'' হায়না কৌই।।

**মল্লার রাগপ্রিয়া '' কানড়া '' ছন্দ।।৩।।শুবাঃ-**

থাকিয়া জলেরমাঝে, দেখিনবযুবরাজ,
কোটিচন্দ্রজীনি মুখচন্দে৺।
কন্ঠেরত্নদিব্য মালা, যেন পুণিমার কলা
নানা সাজে নবঘন শ্যাম।।

**কানড়া ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

ঈশিংগী ময়াইদুদা, শ্রী কৃষ্ণ লৈবা য়েংজৈদা,
মায়থোং থা কোটি ঙমজৈ।
থবাক্ত লিক পরেংনা, থাবু হেল্লী ফজবনা,
গোবিন্দদা রোতোন্না লৈতেংজৈ।।

**অথ মাধবীঃ-**

সংগ্রহ্য সংগ্রহ্য গলে দধানা
প্রসূনমালাং দয়িতস্য গৌরী।
স্বকান্ত কান্তানন চুম্বিতাস্যা
সা সুন্দরী মাধবিকা নিকুঞ্জে।।

উরীগী কুঞ্জদা লৈদুনা,লৈ পরেং লেংল-লেংলগা,চান্নবগী ঙক্তা হুকচবী,কুচু পানবী,শক্ হেনবী অদুবু ''মাধবী''হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

তড়িৎ প্রভা চারুবিলোলনেত্রা
মাতঙ্গিনী সা প্রমদা স্বকান্তং।
সংচুম্বমানা প্রিয়কাবিনীয়ং
সা '' মাধবী'' মাধবীকা নিকুঞ্জে।।

নারদ সংহিতাদা হায়বদিঃ- কুচুনা নোংথাঙ মানবী,মিৎয়েং তথক্পী, শাজৎনা শামু লমশা মানজবী,চান্নবগা মনিঙ তৌনা শান্নজবী,চান্নববু চূপচবী,চান্নবনা লুনা তৌজবী, মাধবী কুঞ্জদালৈবী অদূবু '' মাধবী'' হায়না কৌই।।

**মল্লাররাগপ্রিয়া "মাধবী" ছন্দ।।৪।।শুবা**

কেমনে মিলায়াদিবি সে চাঁন্দ বয়ানি।
আক্ষিতে পিরিতি হবে জুরাবে পরাণি।।
নখ+গণ দন্ত (গণি)অখি গেল তারা দোনি।
হাইপ্রিয় সজনি বাচিবা কেমনি।।
কাহা মোর প্রাণ প্রিয়া কাহা বৃন্দাবনে।।

**মাধবী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

কমদৌরগা উগনি মায়থোং থাদুবু।
মীৎনা পেল্লগদা পেল্লিনে থরাইনবু।।
খুজিন,য়া,মীৎ,থরান মীচাক্ হেনবনি।।
ইংখিদ্রেদা রাধে চাকখ্রবা থরাইনি।
বৃন্দাবন্না রাধানা কদাইদা লৈখ্রবা।।

**অথ কোড়াঃ-**

সু(সৎ)কচছপীং বাদায়তঃস্বর্ভক্তুঃ
(১) তালান্ সমভ্যসতি সম্মুখেন।
সদৈব তালাবহিতা চ বালা
(২) কোড়া করালস্তন যুগ্মরম্যা।।

নিংথিবা কর্চ্ছুপী কৌবা বীনা খোংদুনা,মপুরোইবগী মাঙদা তাল্ মযাম অভ্যাস তৌরিবী,মতম পুম্নমক্তা তালদা পূক্নিঙ লুপচবী,থবাক অনিমক্ কল্লিবা নহা ওইবী অদুবু " কোড়া" হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

প্রনর্ত্তিতা লাস্যকলা বিলাসা
পবিত্রদেহা কুটিলেক্ষ নাচ।
কান্তস্য বামে বরকামিনীসা
কোড়া বিহারেষু অতীব দক্ষা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

নিঙথিনা লাস্য জগোই শাবী, মিৎয়েং, খোইখোইবী, মশা তরু তহেনবী, মপুরোহঁয়বগী ওইদা লৈবী, কামগী ৱাখলদা লুপচবী, রতি লীলাদা চঙখোন্না হৈখোই শিংখোইবী অদুবু '' কোড়া'' হায়না কৌই।।

**মল্লার রাগ প্রিয়া ''কোড়া'' ছন্দ।।৫।।**

রূপ সনাতন আইলা দাসরঘুনাথ।
হাহা চৈতন্য মহাপ্রভু মোর প্রান নাথ।।
স্বয়ং ভগবান চৈতন্য ব্রজেন্দ নন্দন।
শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈনন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস।।

**কোড়া ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

রূপ সনাতন দাস রঘুনাথ লাক্লে।
থৱাইগী মবুংঙো গৌরাঙ্গবু কৌরক্লে।।
অরেপ্পা ইবুংঙোদি নন্দগী মচাতনি।
গৌর ওইনা পোকপনা অচেৎপনি।।
রূপনা হৌবা, লোম্বা রঘুনাথনা।।
খুরু মজদুনা লেংজরি কৃষ্ণ দাসনা।।

অথ কেদারিকাঃ-

স্নাত্বাসমুত্তীর্নবতী সুদেহা
কেশাগ্রনিষ্য(স্য)ন্দিত বারিবিন্দুঃ।
নিস্পীড়যন্তীস্তিমিতাং শু কান্তং
কেদারিকা ব্যক্ত-পয়োধর শ্রীঃ ।।

ঈরু জবদগী কারকপী, শমদোন্দগী ঈশিং মরীক-মরীক তারিবী, শাবান ফজবী, অচোংপা ফীজিবু শুমলিবী, ঈশিংনা চোংপদগী, নিঙথিবী থবাক ফন্না উরিবী অদুবু ''কেদারিকা'' হায়না কৌই।।

নারদ সংহিতাতায়াঞ্চঃ-

স্নানাবরুদ্ধাংশুক হীনদেহা
কেশা দ্বিনিষ্যন্দিত বারিবিন্দুঃ।
স্নিগ্ধা মনোজ্ঞ জগত্রয়াংণাং
কেদারিকা ব্যক্তপরোধর শ্রীঃ।

নারদ সংহিতাদদিঃ-

ঈরুজবদা মশাদা ফি-নপশিন্দ্রবী, মশমদগী মচুম মরীক মরীক তারিবী, অঈংবা শকফম ওইবী, মরোল অহুম্মক্কী পূক্লিঙ হূনবী, ওইবী ইফোং ফোংনা থীক-থা উরিবী অদুবু ''কেদারিকা'' হায়না কৌই।

**মল্লার রাগপ্রিয়া কেদারিকা ছন্দ।।৬।।শুবা**

সনাতন কৃষ্ণ মাধুর্য্য অমৃতের সিন্ধু।
মোর মন সন্নিপাতি,সবপিতে করে মতি।।
দুর্দ্দৈব বৈদ্য না দের এক বিন্দু।
কৃষ্ণাঙ্গ লাবন্য পূর,মধুর,তাহা হৈতে সুমধুর।।
তাতে সেই মুখ সুধাকর।
মধুর হৈতে সুমধুব.তাহা হৈতে সুমধুব।।
তারে ষেই স্মিত জ্যোৎস্না ভব।।

**কেদারিকা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

সনাতন কৃষ্ণ মুর্ত্তিসিগী অমৃতবু।
মোন্না খৌবাংখ্রবা, পুক থন্না থকপা পাম্ববু।।
পিবিখিদ্রে মিরিক অমবু
শ্রী কৃষ্ণদি অনৌবনি, অথুম্বদগী থুম্বনি,
অদুদগী শ্রী মুখনা হেল্লি।।
শ্রী মুখনা থুন্নিবদি, পুন্না হেনখ্রে থুম্বদি,
মোমোন নোকপনশু হেল্লি।।

**মল্লার রাগ সখা।। না কথা ছন্দঃ-**

খেনে নাচে খেনে গাই বলি হরি হরি।
নিজপ্রিয়া বৃন্দাবনে আইলা গৌরহরি।।
দেখিতে দেখিতে মুর্চ্ছা পূরুব সুঙঙরি।
প্রতি তরুলতা কুলে কান্দে নিরন্তরি।।
যাহাহনে উঠিগেল শ্রী রাস মন্দোল।
প্রেম গড়া গড়ি জায় অচেতন হৈল।।

**না কথা ছন্দ।। মৈতৈরোনঃ-**

জগোই শাই ইশৈ শকই শোল্লি হরি।
নুংশিবা বৃন্দাবন্দা লাক্লে শ্রীগৌরহরি।।
যেংঙুরগা মমাংঙৈগী নিংশিংদুনা তুরে।
উরি উপাল মখোংদা তত্তনা কপ্পরে।।
অদুদগী হৌগৎলে রাস মন্দোন্দা চৎলে।
প্রেম্না ৱাম্বখ্রে ওন খোইনা তুরকলে।

**মল্লার রাগগী বাহন।। ভাটিয়া ছন্দঃ-**

শ্লোক শুনি মহাপ্রভু পূণিমূর্চ্ছাগেল।
রাধা রাধা বলি প্রভু ভুমিতে পড়িল।।
চেতন পাইয়া গেল নিকুঞ্জ মন্দিরে।
নিকুঞ্জ মন্দিরে নাই রসিক নাগরে।।
প্রভুদেখি পিকুনাদ পঞ্চম রশাল।
কুহু কুহু নাদশুনি মতে উল্লাসিল।।

**ভাটিয়া ছন্দ।। মৈতৈরোনঃ-**

শ্লোক তাবদা মহাপ্রভু হন্না ৱাম্বরে।
রাধা রাধা হায়দুনা পৃথিদা ৱাম্বরে।।
নিকুঞ্জ মন্দিরদা চৎলক্লে জ্ঞান তারে।।
নিকুঞ্জ মন্দিরদা কৃষ্ণ লৈরমদরে।।
প্রভু উরবদা কোকিল নুংশিনা খোংলে।
কুহু কুহু খোংবা তারগা হরাওনরক্লে।।

**মল্লার রাগ প্রিয়া, কেদারগী সখীঃ-**

'' একাবলিহার ছন্দ''

সখীপ্রিয়ে একাবলি হার ধর মোর।
ভিননহে মোর কন্ঠে আর কন্ঠ তোরে।।
এত কহি নিজ কন্ঠের হার উত্তরিলা।
তৎ কালে বিশাখা তারে নিবারণ কৈলা।।
নিবারণকরি কহে ঐছে কহে কর।
পুণঃপুণঃ মোর প্রাণ দগধ আচর।।
ললিতার আগমন অবধি করিয়া।
থাকনিজ মনে তুমি ধৈরজ ধয়িয়া।।
নিরুদ্যম হৈবতারে আগমন হৈলে।
এত কহি বিশাখিকা কান্দে উতরল।।

**একাবলি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হে ইতা নংনা লৌরো একাবলি লিকসে।।
তোংঙানবা নত্তেদা নংগা ঐগা অনিসে।।
অসি হায়রগা রাধানা লিক লৌথোক্লে।
মতমদুদা বিশাখানবু খামজিল্লে।।
রাধানা সখী নংনা করিগী খাম্লিবনো।
হন্না হন্না থমোইশি চাকহল্লীবনো।
বিশাখানা রাধে ললিতা লাক ফাওসি।।
থমোই ইংনা তপথনা লৈখিসি।
ললিতাগী পাও তাখিসি খামখরেদা।।
অসি হায়রগা বিশাখা কপ্লকলেদা।।

**কেদার রাগিণীগী বাহন।। এম্নী ছন্দঃ-**

প্রিয় সখী এত দুঃখ কহিমু কাহারে।
মরম বেদনা মোরে কে জানিতে পারে।।
যদিনা শুনিব বোল কাহ্নূর বচনে।
পাপীনি অবলা জাতি কিসহে না জানে।।

**এম্নী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হে ইতা অরাবসি কনাদা হায়রু নি।
থম্মোয়দা চাকপনি কনানা খংগনি।।
কৃষ্ণগী নুংশিরবা খোঞ্জেন তাদ্রবদা।
তোল্লবী রাধাগী ওইদ্রে হিঙ্গদবদা।।

মসিদা অনিশুবা মতাং অদু লোইজরে।।

## অহুমসুবা মতাং

'' অথ শ্রীরাগ''

লীলা বিহারেণ বনান্তরেষু
চিন্বন্ প্রসূনানি বধূ সহায়ঃ।
বিলাসবেশোঽসিতদিব্যমূর্ত্তিঃ
শ্রী রাগ এষঃ কথিতঃ পৃথিব্যাং॥

**মূর্ত্তিদিঃ**- কুচু শংবানবা, ফিজেৎ নিঙথিবা, মাগী চান্নবী (রাগিণী) গা লোয়ননা, বন-বন্দা কোযনা লৈ থিবা, শাবান মূর্ত্তি ফজবা, অদুগুম্বা মহাক অদু পৃথিবীদা '' শ্রীরাগ'' হায়না ফাওই॥

**শ্রীরাগ পূরুষ ছন্দ ঃ-**

ষড়ৈশ্বর্য্য পূর্ণ কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান।
যার কহে ভাগবতে নন্দের নন্দন।
কৈশোর বয়স নিত্য খেলে বৃন্দাবনে।
দুর্জ্জনের সংহারি ধর্ম্ম প্রতি পালনে॥
অবতার গণ যেই প্রতি যুগ যুগ মিলে।

**শ্রীরাগ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

ঐশ্বয্যতনা তিল্লবা অরেপ্পা শ্রীকৃষ্ণনি।
মাবু ভাগবতনা হায় নন্দগী মচানি॥
কৈশোর বয়সদা শান্নরি বৃন্দাবন্দা।
ফত্তবা মাঙহল্লি ধর্ম্মবু ঙাকপিরিদা॥
যুগ যুগ খুদিংদা অবতার তৌবিরি॥

**অথ গান্ধারীঃ-**

সন্ধ্যা কালে বেশমনি প্রনবন্ধোঃ
স্কন্ধেবীণাং বাদয়ন্তী দধানা।
ধীরা ধীরা ধাতুচিত্রা চিতাঙ্গী
শ্রী গান্ধারী গন্ধমাল্যানিধত্তে॥

**মূর্ত্তিদিঃ**- মপুরোয়বগী য়ুমদা য়াচঙবা মতমদা, মরেংবান্দা বীনা থোংদুনা খোংলিবী, ধীরা ধীরা (মোন্থক্লবী) হায়বী, নায়িকাগী মতৌ তৌবী, চন্দন্ন চিংবনা, মশাদা লৈতেংবী, মনম নুংশিবা লৈ-পরেং শিবী, পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবী অদুবু শ্রী গান্ধারী হায়না কৌই॥

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

সংগীত নৃত্যানুরতা দিনান্তে
কান্তস্য কন্ঠে প্রণিধায় পানিং।
বীণাং দধানাতি বিচিত্রিতাঙ্গী
গান্ধারিনী গন্ধবিনোদিনী চ॥

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

নুমিৎ তারবদা, জগোই ঈশৈ তৌবা পামজবী, বীনা খোংবী, মপূ-রোয়বগী মঙক্ কোঞ্জবী, মশাদা য়েকপা-খোৎপা তৌদুনা লৈতেংবী, নুংশিবা মনমনচিংবদা খোযদাজবী অদুবু 'গান্ধারী' হাযনা কৌই॥

**শ্রীরাগ প্রিয়া গান্ধারী ছন্দঃ-**

পাছে ছয় পুত্রযেবে, ক্রূব কংস মারিলেক,
দুনাই দৈবকীর গর্ভেভৈলা।
পরম বৈষ্ণব তেজ; যাহার অনন্ত নাম,
অংশে উদরত বাসলৈনতা॥
হেন দেখি নারায়ণ, আদেশ করিলা পাছে
মাহা মায়া গোকুলক যাহা॥

**গান্ধারী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

মচা তরুক শুবদা, কংসনা পুন্না হাৎখ্রবদা,
দৈবকীনা গর্ভবু ফংজরে।
বৈষ্ণব তেজ ওইবা, মীংনা অনন্ত কৌরবা,
চংলক্লদুনবু লৈবিররে॥
উবদা শ্রী ভগবান্না, যাথংবু পিবিরদুনা,
যোগ মায়া গোকুন্দা থমখ্রে॥

**অথ সুভগাঃ-**

রস পদার্থ বিবেচন কৌতুকং
বিদধতী নিজকোবিদ সংসদি।
সুকবিতামৃত ভাবন তৎপরা
ভগবতী সুভগা সমুদীরিতা।।

**মূর্ত্তিদিঃ**-লাইরিক হৈবা পণ্ডিতশিংনা শেম্বা মশাগী সভাদা রস অমদি তোঙান-তোঙানবা পদগী অর্থ নৈনবদা নুংঙাইজবী, নিঙথিবা শৈরেং ইবদা পুক্লিং লুপচবী, ইকাই খুম্নবগী মশক ওইবী অদুবু 'সুভগা' হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

নানারস পদার্থানি চিন্তয়ন্তী সকৌতুকা।
কথিতা ভাবসম্ভোগ ভারতী সুভগা মতা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ**-মখল মখা অয়াম্বা রস অমদি পদশিংগী মরম নিঙথিনা নৈনবী, ভাব অমদি সম্ভোগকী মরম তাক্লিবী, লাইরিক হৈবী অদুবু 'সুভগা' হায়না কৌই।।

**শ্রী রাগ প্রিয়া সুভগা ছন্দ।।২।শুবাঃ-**

জানিলেন অন্তর্য্যামি শ্রী শচী নন্দন।
বসিলেন অন্ন কাছে শচীর নন্দন।।
কুলিন ব্রাহ্মণ অন্ন খাই এক গ্রাস।
মাও শচী তোমা পুত্র অন্ন খাইগ্রাস।।

**সুভাগা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

পুন্নমক্ খংলবদা শচীগী মচানা।
চাকলুক মনাক্ত ফম্মে শ্রী গৌরচন্দ্রনা।।
ব্রাহ্মণগী চাক্তু চখোম অমা শুকই।
হা শচীমাই নচানা চাক শোক্লে কৌই।।

**অথ গৌরীঃ-**

পুষ্পোদ্যানে সার্দ্ধমালী কলাপৈঃ
ক্রীয়ন্তীয়ং কোকিলা কাকলীভিঃ।
বামা শ্যামা সদগুণ গ্রাম সীমা
গৌরী গৌরী গৌরবেশোপদিষ্টা।।

**গৌরীঃ**-মালীগা লোয়ননা লৈকোন্দা কোয়না শান্নবী,কোকিলনা খোংবা মতৌ তমলিবী,শকহেনবী,শ্যামা জাতি ওইবী,অথোইবা গুণ পুন্নমক্লা তিনবী,কুচু পানবী,ফিজেৎসু ঙৌবী অদুবু ' গৌরী'হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

প্রসাদমানা শিবভাবিনী সা
প্রভ গায়ন্তী কোকিল কাকলীভিঃ
শ্যামা রসজ্ঞ কৃশদেহ মধ্যা
গৌরী গভীরা বিধিনোপসৃষ্টা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

*কৃপা ফংজনিঙদুনা শিববু নীঙজবী, কোকিল খাঞ্জেনগুম নুংশিনা ঈশৈ* শকপী, শ্যামা স্ত্রীগী লক্ষণনা তিনবী, রস চেনবী, খাঙজেংবী, বিধিনা শেমলকপদা চীংলেম্বী অদুবু 'গৌরী' হায়না কৌই॥

**শ্রী রাগ প্রিয়া গৌরি ছন্দ॥৩॥শুবাঃ-**

যাদব আইলাম শুনি, যশোদা ধাইল পুনি,
রহিয়াছে পন্থ নিরখিয়া।
দেখিয়াছে চাঁন্দ মুখ, খণ্ডিলা জননী দুঃখ,
ঘরে আইলা মঙ্গল করিয়া॥

**গৌরি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

শ্রী কৃষ্ণ লাক্লে তাবদা, যশোদা থোরকইদা,
যশোদা মচাগী লম্বী য়েংজৈ।
মাইথোং থাবু উবদা, অন্নাবা কোকখরেদা,
কোন্দুনা য়ূমদা পুশিনজৈ॥

**অথ কৌমারিকাঃ-**

অট্টালিকায়াং স্ফুট কৌমুদীভিঃ
প্রকাশিতায়া রজনী বিহারৈঃ।
সহায় কান্তেন সমং বসন্তী
কৌমারিকা কামকলাং বহন্তী॥

**কৌমারীঃ**-থাবল ফবা অহিংদা দলান্ মথক্তা শান্নবী ; মপুরোযবনা মাগী মনাক্তা ফমহনবী,কাম-কলাদা হৈশিংবী অদুবু 'কৌমারিকা' হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

মুখ্যা প্রদিষ্টাস্ফূট কৌমুদীভিঃ
বিরাজমানা সুবিলাসবেশা।
গৌরি পদাম্ভোরু(রু)হ মর্চ্চয়ন্তী
কৌমারিকা সৈব মহানুভাবা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

নিঙথিনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা ; হ রাও মথোই কানা থাবন্দা ঙাম্লোইবী, দুর্গাগী মখোঙ থম্বাল লাৎচবী,অশিগুম্বী মগুণ চাওবী অসিবু 'কৌমারিকা' হায়না কৌই।।

**শ্রীরাগ প্রিয়া কৌমারিকা ছন্দ।।৪।।শুবাঃ-**

শুনহে প্রণের বন্ধু আমার বচন।
তোমা না দেখিল মোরে ঝুরি-ঝাঁরি প্রাণ।।
কেমনে সহিব আমি কুঞ্জের ভিতরে।
হাহা মরি মরি যাই ধিক ধিক মোরে।।

**কৌমারিকা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

তাবিয়ুদা থরাইগী চান্ন থোইরবা।
ইবুংঙোবু উদবদা থম্মোয় চাক্লিবা।।
করম খাংদুনা লৈনি অহাংবা কুঞ্জদা।
অরাবনি তোনখ্রেদা শি-নি অরেম্বদা।।

**অথ বেলোয়ারিঃ-**

গৌরি পদাম্ভোরুহমর্চ্চয়ন্তী
সা গহ্বরে শ্রীমতি রত্ন সানৌ।
নানাদ্রব্যো পচারৈর্ভক্তিবাবৈ-
র্বেলোয়ারী কথমানো(কন্ঠমালো)দিতেয়ং।।

মণি-মুক্তা থোকপা চীংদোলগী অশুকপা-গুহাদা,পুজাগী পোৎলম খিবিক্না ভক্তিগা লোয়ননা দুর্গাগী মখোঙ-থম্বালদা কৎলিবী অদুবু ‘বেলোয়ারী’ (বেলাবলী) হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

বেনীং বরাং কঞ্চুলিকাং বহন্তী
লাবণ্য স্নিগ্ধা বরগাত্রযষ্টিঃ।
বিনোদিনী রত্নকলাপহারা
সা বেলোয়ারী পরিতঃপ্রচারা।

**নারদ সংহিতাদদি** ঃ-নিঙথিবা বীনানা লৈতংবী,ফজবা থাখুম্(কঞ্চুলিকা)পুনবী,কুচুলংবী,অদুম্নদি ওইরগা মশক উবদা তয়িঙ তয়িঙবী, শাবান ফজবী তনৌ-তহেনবী,মণিমুক্তানা মশাগী লৈতেংনবী অদুবু 'বেলোয়ারী' হায়না কৌই।।

**শ্রী রাগপ্রিয়া ' বেলোয়ারী' ছন্দ।।৫।। শুবাঃ-**

উঠ উঠ প্রাণ ভাই প্রাণের লক্ষ্মণ।
আমা ছারি কুথা গেল প্রাণের লক্ষ্মণ।।
কার সঙ্গে যুদ্ধিবেক রাজা দশানন।
সূর্বন্নের মূর্তি যেন ভুমিতে পড়িলেন।।
ইবোলিয়া রাম চন্দ্র ভুমিতে পড়িল।।

**বেলোয়ারী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হৌগৎলসি ইনাও ইবুংঙো হে-লক্ষ্মণ।
ঐ হুঞ্জেক্লগা কদাই চৎলে ইনাওনা।।
কনাগা লোইননা লাল পানি রাবোণবু।
স্নাগুম্বা মূর্তিনী করি হিপ্লী লৈপাক্তবু।।
অশি হায়রম্লগা প্রভু রাম রাহখ্রে।।

**অথ-বৈরাগীঃ-**

উল্লাসয়ন্তী ধম্মিল্লং রহঃস্থা প্রাণবন্ধুনা।
মালতী-কুসুম-স্রগ্‌ভি বৈরাগী রাগিণী স্মৃতা।।

**মূর্ত্তিদিঃ**-অরোনবা মফমদা লৈদুনা চান্নবনা মাগী শমজিদা মালতী পরেংনা লৈতেংবীবদা হরাও মথোই কাজবী অদুবু ' বৈরাগী' হায়না কৌই।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

সুলক্ষণী মানরতা প্রতাপিনী
নিঃশ্বাসযুক্তা স্থিরদৃষ্টিভুতা।
বৈরাগিণী রাগমতা প্রদিষ্টা
(১) বিদগ্ধা ভুমিঃকিল দেবরূপা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

নিঙথিবা লক্ষণনা তিনবী,প্রতাপ চাওবী,শোর ফুয়না হোনবী,মিৎফম হোংদনা য়েংবী,মীরমলেন অসিদা লাই নুপীগুম্না ফাওরিবী অদুবু ' বৈরাগী 'হায়না কৌই।।

**শ্রীরাগ প্রিয়া ' বৈরাগী ' ছন্দ।।৬।।শুবাঃ-**

হাহাবাপু যুবরাজ রাম কণ্ঠ মণি।
তোমাপুত্র পাইলেক সার্থক জীবনি।।
তোমার প্রসাদ আমি ব্রহ্মলোক পায়া।
ইবোলিয়া দশরথ পূত্রের চাহিয়া।।

**বৈরাগী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

বাপু রামগী থবাক্কী লৈতেং ওইরিবা।
ইপাবু,পোকপগী মহৈ য়ানহল্লিবা।।
নংগী নপান্দগী ব্রহ্মলোক ইপা ফংলে।
অসি হায়রগা দশরথ মচা কোল্লে।।

**শ্রীরাগগী সখাদি কাফের ছন্দঃ-**

পাঞ্চ জন শঙ্খনাদ দেবদামোদর।
দেবদত্ত শঙ্খনাদ ধনঞ্জয় বীর।।
পৌণ্ড্রক শঙ্খনাদ বীর বৃকোদর।
অনন্ত বিজয় শঙ্খ নাদ রাজা যুধিষ্ঠির।।
মণিপুষ্পক শঙ্খ নাদ সহদেব বীর ।
সোঘোষ শঙ্খ নাদ বীর নকুলের।।
শঙ্খনাদ মৃদঙ্গ নাদ কম্পে বসুমতী।

**কাফের ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

পাঞ্চ জন্য মোইবুংবু গোবিন্দনা খোংঙি।
দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অর্জ্জুন্না খোংঙি।।
অনন্ত বিজয়,(মোইবুং)যুদ্ধিষ্ঠিরনা খোংঙি।।
মণিপুষ্প মোইবুং সহদেবনা খোংঙি।
সোঘোষ কৌবা মোইবুং নকুল না খোংঙি।
মোইবুং,পুং-গী মখোলদা পৃথিবী নিকখ্রে।

**শ্রীরাগগী বাহন-ঝুমরি ছন্দঃ-**

কহে শুক মুনি রাজা।
ইন্দ্র পাছেতে না পাই পুজা।।
কোপিলা গোপক প্রতি।
গর্জ্জে অতি সুর পতি।।
ক্রোধে ঝঙ্কারন্ত মাথে।
কৃষ্ণক পাইলেক নাথ।।
নন্দ আদি গোপ গণ।
নাই মোক গণা গণ।।

**ঝুমরি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

মুনিনা হায় নিংথৌদা।
ইন্দ্র পুজা ফংদ্রবদা।।
শাওরে গোপ গোপীদা।
ঙংলকই আকাশদা।।
খা,চিক্কুনা লাওরক্লে।
কৃষ্ণ ফংবদা ৱাংখক্লে।।
নন্দ গোপ নখোয়না।
ঐবু থওইদরেনা।।

**শ্রীরাগ-রাগিণী সুভাগী সখীঃ-**

"রঙ্গাক্ষী ছন্দ"

জয় জয় শচী সুত চৈতন্য গোসাঞি।
গদাধর প্রাণনাথ পণ্ডিত নিমাঞি।।
হাহা প্রভু দয়াকর মো প্রতি পামর।
অধম জানিয়া দেহ চরণ তুমার।।

**রঙ্গাক্ষী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হন্না হন্না খুরম্মি হে চৈতন্য গোসাঞি।
. গদাধরগী মবুংঙো হৈ শিংবা নিমাঞি।।
তোল্লবা ননাইনি খন্দুনা চানবিয়ু।
ননাক্তা তোল্লবনি খনবিদুনা থম্বিয়ু।।

**সুভগা রাগিণী। বাহন বল্লবী ছন্দ।।**

জয় জয় নবদ্বীপ গৌরসুখ ধাম।
সভে তুমি স্বর্ণময় চিদানন্দ ধাম।।
তাহা নবদ্বীপ মাঝে ভক্তির উৎপত্তি।
বাল্যলীলা ছলে কৈল নিগুঢ় প্রকতি।।
ছল করি কৈল নানা ভাবের প্রকাশ।।

**বল্লবী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

প্রভু পোক্লফম নবদ্বীপপু খুরম্মিদা।
স্নাগী লৈপাক্কি ভক্ত থম্মোয় ইংফম্নিদা।।
নবদ্বীপসে ভক্তিগী হৌরকফম্মক্কি।
অঙাং শাদুনা অথুপ্পা রস পুথোক্পনি।।
মরৈ তৌনা তৌনা ব্রজ প্রেম পুথোক্লিদা।।

মসিদা অহুমশুবা মতাং অদু লোইজরে।

# মরিসুবা মতাং

**অথ বসন্তঃ-**

চূতাঙ্কুরেণৈব কৃতাবতংসো
বিঘূর্ণমানারুণনেত্র পদ্মঃ।
পীতাম্বরঃ কাঞ্চন চারু দেহো
বসন্তরাগো যুবতি প্রিয়শ্চ।।

**মূর্ত্তিদিঃ**-নাকোঙদা হৈনৌ মপান চিনবা,থম্বাল লৈকা মানবা,ঙাংতকতৌবা মিৎনা ঙাইহাক লৈতনা লৈদুনা য়েংবা,সনা অহিংবা কুচু ঙমজবা,নিঙথিবা হকচাংদা সনা ফীগে শেৎপা,নুপীগী জাতিনা পাম্নবা ওইবা অসিবু 'বসন্ত 'রাগ হায়না কৌই।।

**বসন্ত রাগ পুরুষ ছন্দ।।৪ ।।**

বাজায়ে মুহন বংশি কৃষ্ণ 'মত' করি।
তাক শুনি আনন্দের কৃষ্ণ প্রেম ভরি।
ধারা বহে দুনযানে প্রেম পিচ কারি।
সখীগণ হৃদয়ে আনন্দ প্রেম ভরি।।

**বসন্ত রাগ মৈতৈরোনঃ-**

শ্রীগোবিন্দনা হরাওনা বাঁশিবু খোংখ্রে।
তাবদা রাধানা কৃষ্ণ প্রেম্নবু থনখ্রে।।
মীত্তগী পি, অদুনা পিঁচকারিগুমখ্রে।
সখীসিংগী থম্মোয় কৃষ্ণ প্রেম্না থনখ্রে।।

**অথ তুড়ীঃ-**

সুনৃত্যমানাতি সুশীলযুক্তা
মুক্তালতা কল্পিত হায়যষ্টিঃ
চূতাঙ্কুরং পাণিযুগে বহন্তী
যবারুনাঙ্গী কথিতা তুড়ীয়ং।।

**মূর্ত্তিদিঃ**-জগোই শাবদা হৈশিংবী,মুক্তাপরেংশিবী,মখুৎ অনিনা হৈনৌ মপাল পায়বী,লমচৎ নিঙথিবী,কুচুতঙাং-তঙাংবী অদুবু ‘তুড়ী’ হায়না কৌই।।

**বসন্ত রাগপ্রিয়া ‘তুড়ী ’ছন্দ।।১।শুবাঃ-**

শুশীতল বন মাঝে কোকিলা কুহরে।
ময়ুরা-ময়ুরি গণে নাচে ধিরে-ধিরে।।
মধুলভে অলিগণ গুণ গুণবোলি।
ডালে বসি শুক-শারী জয় কৃষ্ণ বলি।।
বৃক্ষদালে বসি কোকিল কুহু কুহু স্বরে।
মলয় সমীর বহে গন্ধ মনোহরে।
মতহয়া অলিগণ গুণ গুণ স্বরে।।

**তুড়ি ছন্দ।।মৈতৈরোনঃ-**

ইংলবা শ্রী বৃন্দাবন্দুদা খোংঙি কোকিল্লা।
ৱাহোং লাবা অমোম্না জগোই শারি ইংনা।।
লৈহি পাম্বা খোইমুনা গুণ-গুণ ঙংঙি।
উফৈদা চোংঙা তেনৱানা জয় কৃষ্ণ খোংঙি।।
কুঞ্জগী ময়াইদা ৱাধা কৃষ্ণনা ঙাল্লি।
কোকিলশিং জয় ৱাধে জয় কৃষ্ণ শোল্লি।।
হৈনম লৈনম পুরবা নুংশিৎনা শিৎলি।
খোইমুনা গুণ গুণ অনি হৱাওনা ঙংলি।।

**অথ পঞ্চমীঃ-**

সঙ্গীতঃ-গৌষ্টীষু গরিষ্ঠ ভারং(ভাবং)
সমাশ্রিতা গায়ন্-মম্প্রদায়ৈঃ।
খর্ব্বা ধ্ব নন্নুপুর পাদযুগ্মা
সা পঞ্চমী পঞ্চমবেদবিদ্যা।।

পুং-ঈশৈ,জগোই,হৈবশিংগা লোয়ননা সঙ্গীত-সভাদা অথোইবা শরুক য়ারিবী,মরেপ নেমতক তৌবী,খোঙ অনিমক্তা নোপুর মখোল থোকহলবী,পঞ্চমবেদ হৈবী,সঙ্গীত শাস্ত্র খঙবী অদুবু 'পঞ্চবী' হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

সংগীতাবিদ্যা সুবিশারদা চ বিহার ভাবা বরকামিনীয়ং। প্রদীপ্তভাবা সুরসা সুবেশা শ্রী পঞ্চমী পঞ্চম বেদবিদ্য।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

সংগীত বিদ্যা চঙখোন্না হৈবী,মথোৎ কারকপী,শৃঙ্গারগী শান্নবদা হৈশিংবী,রসকী মশক ওইবী,অরু বা ৱাখল খলহৈবী,ফিজেৎ লৈতং নিঙখিবী,পঞ্চমবেদ খঙবী অদুবু 'শ্রী পঞ্চমী' হায়না কৌই॥

**বসন্ত প্রিয়া পঞ্চমী ছন্দ॥২॥শুবাঃ-**

চারিদিগে তরু শ্রেণী, কোকিলের নাদ ধ্বর্নি,
কুহু কুহু পঞ্চম স্বরেধ্বনি।
ময়ুরা-ময়ুরীগণে, নাচিতেন ধিরে-ধিরে,
প্রফুল্ল পুষ্প বনে অলিগণ উড়ে॥

**পঞ্চমী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

মাইগৈ মরি উপান্না, খোংঙি নুংশিনা কোকিন্না,
কুহু কুহু হায়বা স্বরনা ।
ৱাহোঙ লাবা অমোম্নবু, জগোই শারি তপ্নবু,
লৈ-শাৎলি পাইরি খোইমুনা॥

**অথ ললিতাঃ-**

উষসি কেশস্য(সু)সংযমমত্মানো
বিদধতী শায়নোত্থিতবত্যসৌ।
বিলুলিতালক বল্লিবৃতাননা
সুললিতা ললিতা কথিতা বুধৈঃ।।

**ললিতাঃ-** অয়ুক্ অঙনবদা হৌগৎলগা মশম মনা শেমজিল্লিবী,চোইথরপা শন্নাংনা মায়থোং কুপলিবী, তনৌ-তহেনবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'ললিতা' হায়না কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

উষসি কেশমুখ সংযমঞ্চ
করোতি লীলা রতিভাব ধীরা।
চন্দ্রানন লোহিত নেত্রপদ্ম
সংপুজিতা তু ললিতা বরস্ত্রী।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

অয়ুক অঙনবদা হৌগৎলগা মমায় অমদি মশম-মনা শেমজিনবী,রতি-লীলাদা ধীরা হায়বী নায়িকাগী মশক্ ওইবী, মায়থোং-থা মানবী,তঙাংবী মিৎস্নানা থম্বাল লৈকা ঙমজবী,নায়ক মখৈনা থাগৎনবী,থোইদোক হেন্দোকপী অদুবু 'ললিতা' হায়না কৌই।।

**বসন্ত রাগ প্রিয়া 'ললিতা' ছন্দ ।।৩।।শুবাঃ-**

জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ পাদ পদ্ম।
সেরঙ্গাদি চরণ মহা ভকতিত সদ্ম।।
রাধা কৃষ্ণ পাদ পদ্ম মুই সর্ব্ব স্বধনে।
দামোদর দাস মুই গতি নাহি আনে।।
হাহা স্বমিনিস্বাধিনি গতি নাহি আর।
শ্রী চরণ কৃপা বিনে নাহি গতি মোর।।

**ললিতা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

খুরুমজরি শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন্দা।
চরণ সেবানা ভক্তিগী অথুম্বনিদা।।
রাধা কৃষ্ণ গী সেবানা ঐগীদি ইরন্নি।
দামোদর দাস ঐতগী পামজবনি।।
অৱাবনি ইবুংঙো ননাই গতি লৈতে।
চরণ কৃপা নত্তনদি উপায় লৈতে।।

**অথ পঠমঞ্জরীঃ-**

সখী কলাপৈঃ পরিহাস লীলয়া
ক্বচিৎ স্বসখিভিঃপরিপুরয়ন্তী।
পত্রং মসীং সৎকলসম্বহস্তী
মঞ্জূক্তি শীলা পঠমঞ্জরীয়ং।।

**পঠমঞ্জরীঃ**-মতাশিংগা ফাগি তৌদুনা নোক্নবী,মুকনা উনামথক্তা লাইরিক ইরিবী,মীকৌ-মীরম ফজবী,লমচৎ নিঙথিবী অদুবু ''পঠমঞ্জরী'' হায়না কৌই।।

**বসন্ত রাগপ্রিয়া ''পঠমঞ্জরী''ছন্দ।।৪।।শুবাঃ-**

উপজিল প্রেমাঙ্কুর, ভাঙ্গিল যে দুঃখ পুর,
কৃষ্ণ তাহা নাহি করে পান।
বাহিরে নাগর রাজ, ভিতরে শঠের কায,
পর-নারী বধে সাবধান।।
যে মদন তনুহীন, পরদ্রোহে পরবীণ,
পাচঁ বান সন্ধে অনুক্ষণ।
অবলার শরীরে, বিন্ধি কৈল জরজরে,
দুঃখদেয় না লয় জীবন।।
অন্যের যে দুঃখ মনে, অন্য তাহা নাহিজানে,
সত্যএই শাস্ত্রের বিচারে।
অন্যজন কাঁহ লিখি, নাহিজানে প্রাণ সখী,
যাতে কহে ধৈর্য্য ধরি বারে।।

**বসন্ত রাগ প্রিয়া 'পঠমঞ্জরী' মৈতৈরোনঃ-**

হৌরকপা প্রেমগী য়েন্নিং, ৱাবনা কাইথ্রে পুক্নিং,
কৃষ্ণবু উবা ফংদবননি।
পান্দ নৌবগি নিংথৌনি, মনুংদদি লৌনম্বনি,
নুপী হাৎনবগী থৌরাংবনি।।
হে মদন নশক উদে, মীবু ৱাহল্লি নং ফত্তে,
তেন মঙানা কাংদনা থাই।
শোল্লবী ঐঙোন্দা থারে, খাঙবা ঙমদ্রে ৱারে,
ৱাবদা পিবী হাত্তে থৱাই।।
থম্মোয় নুংগী অৱাবা, কনানা ঙমদ্রে খংবা,
শাস্ত্রনা লাওরি অচুম্বনি।
অতোপ্পদি থমসিদা, ইতাসিংবু খংবীদেদা,
ঐবু তপথৌদা হায়বনি।।

**অথ গুর্জ্জরীঃ-**

কর্ণোৎপলা লম্বি মধুব্রতাণাং
সং শৃন্বতী মঞ্জুল কুজিতানি।
কান্তান্তিকংগগুমনাঃ প্রদেষে
সা গুর্জ্জরী বেশকলাঞ্চিতাঙ্গী।।

**গুর্জ্জরীঃ-**

নাপ-লৈতেং থম্বান্দা ইনবা-খোইমুনা নুংশিনা ঙংবদু তানা-তানা
য়াচঙবা মতুংদা চানবগী মনাক্তা চৎকদবা নিঙথিনা ফিজেৎ
লৈতেং তৌরিবী অদুবু 'গুর্জ্জরী' হায়না কৌই।।

**বসন্ত রাগ প্রিয়া 'গুর্জ্জরী' ছন্দ।।৫।। শুবাঃ-**

বন্দ গুরুপদে, অমুল্য সম্পদে,
যে যেই বিপদ সাসি।
শিক্ষা গুরু তাতে, মিলয়ে যাহাতে,
প্রেম চিন্তা মণি রাশি।।

**গুর্জ্জরী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

খুরম্মী গুরুদা, সম্পদি পিবিদা,
মী-শিংদো রাবা কোকই।
শিক্ষা গুরদগী, ফংগনি প্রেমগী,
চিন্তামণি খুৎনা পাই।।

**অথ বিভাষাঃ-**

অধ্যাপয়ন্তী নিজশিষ্য-বৃন্দং
সঙ্গীত-শাস্ত্রানি বিবেচনাভিঃ।
মণোহরা হারলতাভিঁরামা
সমস্তভাষা-কৃশলা বিভাষা॥

**বিভাষাঃ-**

শিষ্য মখৈবু সঙ্গীত শাস্ত্র-তম্বীরিবী, রাখল চেনবী, নিঙথিবা লীক কোন্না লৈতেংবী, শক, ফজবী অমসুং লোন পুম্নমক শুনা খঙবী অদুবু 'বিভাষা' হায়না কৌই॥

**বসন্ত রাগ প্রিয়া 'বিভাষা' ছন্দ॥৬॥ শুবাঃ-**

কৃষ্ণ যদি অকরু ন্য হইলু আমারে।
তাহাতে বা কেবা দোয দিবেক তোমারে॥
না কান্দিহ সখী তোহে করিলা নিশ্চয়ে।
কৃষ্ণ বিনু প্রাণ মোর দেহ না রহিয়ে॥
উতর কালেতে এক সহায় করিব।
নীরে নহি দারবী আনলে নহি দাহব॥
এ তোমাল গাছে বন্ধে রাখ সহচরি।
যেন এই তনু বৃন্দাবন মাঝে করি।
তোমালের স্কন্ধে মোর ভুজলতা দিয়া॥
রাখিয়া যতন অতি নিশ্চয় করিয়া।

**বিভাষা রাগা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

শ্রী কৃষ্ণনা নুংশিবিদ্রবা রাধা ঐনবু।
তোল্লবী রাধানা দোষ তৌগনি কনাবু।।
কপ্লগনু ইতাসা লেপ্লবনি হায়রসে।
কৃষ্ণনা থরাইনিনা হিংলরোই ঐসে।।
ঐনা শিরবদি উপাই তৌবিয়ুকো।
ঈশিংদা লংথবিনু মৈদশু থাবিনুকো।।
তমাল পাম্বী অশিদা পুন্দুনা রাধাবু থম্বিয়ু।
ঐসে বৃন্দাবন লান্দনা লৈহনবিয়ু।
পাম্বোম অনিনা লৈজগে (তোমান মশাদা) য়ান্দুনা।।
য়াম্না চেকশিন্না থম্বীয়ুকো নখোইনা।।

**বসন্ত রাগগী সখা- 'কুহু শীতল' ছন্দঃ-**

হাহা কৃষ্ণ কৃষ্ণ বলি কান্দে গোপীকারে।
অধরেতে বাঁশী থয়া গোপমনোহরে।।
হা গোবিন্দ প্রাণনাথ মুরলি বদনে।।
তুমালাগি মোর প্রাণ ধরিতে না পারে।।
তুমা দুঃখ লাগি এভব সংসারে।

**কুহু শীতল ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হাহা কৃষ্ণ কৌদুনা কপ্লি গোপীকাসিংনা।
চিন্বান্দা বাঁশি খোংবা পুক্নিঙ হুবনিনা।।
হাগোবিন্দ থরাইগী মবুংঙো ওইবা।
রাবনা ঐখোয় ঙম্রোইদৌরে হিংজবা।।
ইবুংঙোগী রাবা ইপাক্তা ঐখোয় তাওরে।

**বসন্ত রাগ-বাহন 'পোংভাটিয়ান' ছন্দঃ-**

নানা পুষ্প বিকশিত সুন্দর দেখিছে।
কুহু কুহু কোকিলের ফিরি গাছে গাছে।।
চম্পা নাগেশ্বর প্রফুলিত বনে করে।
মন্দ মন্দ মলয়া বহে পুষ্প সবলরে।।

**পোংভাটিয়ান ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

লৈ কয়া শাৎলিবদু ফজখ্রেদা য়েংবদা।
কুহু কুহু খোঞ্জেন্না খোংঞ্জিা উশাদুদা।।
লৈহাও নাগেশ্বরনা চিংবা লৈনা শাৎলি।
মলয়া নুংশিৎ অয়িংবনা ইংনবু শিৎলি।।
বসন্ত রাগগী রাগিণী তুরীগী সখীদি সারঙ্গিকা।

**সারঙ্গিকা ছন্দঃ-**

কিবা শোভা বৃন্দাবন অপরূপ ধাম।
সভে ভুমি স্বর্ণময় চিদানন্দ ধাম।।
রতণ মন্দির মাঝে গৌরি শ্যাম রাজে।
নবিন কিশোরী তাথে যুবরাজ রাজে।

সারঙ্গিকা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-

বৃন্দাবনগী ফজবা ওথোকপানিদা।
স্নাগী লৈবাক্লি থম্মোয়গী পেন্নফম্নিদা।
রতণগী মন্দিরদা রাধা কৃষ্ণ ঙাল্লি।
নৌবদগী নৌনা লুনা ফজনবু ঙাল্লি।।

তুড়ী রাগিণীগী বাহন দীর্ঘ ললিৎ ছন্দঃ-

রাধা আগে যাতে কৃষ্ণ বাহুঁ পশারিয়া
তাহা দেখি শ্রী রাধিকা শুস্করু দি হয়া।।
শুন প্রভু পহু ছার মুঞি পরাধিনী।
তিন অঙ্গ ভঙ্গি রহি ভুরু নাচাযনী।।
তাহা দেখি সখীগণ মুচু মুচু হাসি।।

দীর্ঘ ললিৎ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-

রাধাগী মাংদা কৃষ্ণনা খুৎ তিংথোকপদা।
রাধানা পিঃ তাদুনা হায়জরকইদা।।
তৌবিনু ইবুংঙো(লম্বী থাদোকউ)তোল্লবী ননাইনিনা
মথেক অহুম্না লেপখ্রে শ্রীগোবিন্দনা।।
মূত্তি -উবদা সখীসিং নুংঙাইজরে।

মসিদা মরিশুবা মতাং অদু লোইজরে।।

## মঙাসুবা মতাং

### অথ হিল্লোনঃ

লীলা বিলাসেন পতন্ পৃথিব্যাং
উত্থাপিতস্তৎক্ষণ মালিবৃন্দৈঃ।
উল্লাসযণ গীতবসৈর্বিদগ্ধান্
হিল্লোল রাগঃকথিতো রসজ্ঞৈঃ।

লীলা বিলাসেন পতন্ পৃথিব্যা-মুত্থাপিতস্তং প্রিযকামিনীভিঃ।
উল্লাসযা গীতরসৈর্বিদগ্ধো হিল্লোল রাগঃকথিতো রসজ্ঞৈঃ।।
(শ্লোক ২ অসি মান্নে চান্নবীশিংনা হাযবদা,মালিশিংনা হাযবগনি।)

মূর্ত্তিদিঃ শান্নমগী লৈমাই পক্তা তুরবদা; মাগী (চান্নবীশিংনা) মালিশিংনা লোনখৎপিদুনা হাউরক্লবা, ঈশাগী রস মুন্না খঙবা অদুবু 'হিল্লোল' রাগ হাযনা রস খঙবশিংনা কৌনৈ।

'নিতম্বিনী' মন্দতরঙ্গিতাষু দোলাসু খেলা-সুখ মাদধানঃ
খর্বব কপোত দ্যুতি কুর্ববর শ্রীঃ 'হিল্লোল' রাগ কথিতো মুনীন্দ্রৈঃ।।

**মূর্তিদিঃ-** মথিক-নেম্বা, কুচুনা লমখুনু, মানবা, নিঙজোন ফবী, নুপীনা তপ্না-তপ্না হাইবা, 'দোল' তোংদুনা নুংঙাইনা শান্নবা,অদুবু মুণিশিংনা ''হিল্লোল'' হায়না কৌই।।

**''হিল্লোল'' রাগ পুরুষ ছন্দঃ-**

শরদ শুধাকর, জীনিমুখ মণ্ডল,
খঞ্জন গমনী বিকাশ।
অধরে মুরুলিধর, শ্যাম মণ মুহিনী,
সেই কৃষ্ণ ব্রজেন্দ্র নন্দন।।

**হিল্লোল রাগ মৈতৈরোনঃ-**

সরৎকী থাগুম্না, ফজৈ মায়থোংনা,
খম্ব্রাংচাক্না চৎপমক্নি।
চিন্দা মুরুলিনী, কুচুনা শংবনি,
নন্দগী মচা কৃষ্ণনি।।

**অথ মায়ুরীঃ-**

ময়ুরকেকা শ্রবণোল্লসন্তী
ময়ুরিকাং বীক্ষ-মুদং বহন্তী।
ময়ুরকর্ণা ভরণং দধানা
ময়ুরিকা সা কথিতা রসজ্ঞৈঃ।।

**মায়ুরী**- ৱাহোং মখোল তাবদা পেঞ্জবী,ৱাহোংবু চুম্না য়েংজবতনসু হরাওজবী,নাপ-লৈতেংসু ৱাহোং মতুনা ওইনবী অদুবু রস খঙবশিংনা 'মায়ুরীকা' হায়না কৌনৈ।।

**হিল্লোল রাগপ্রিয়া 'মায়ুরী' ছন্দ।।১।। শুবাঃ-**

মলয় সমীরণ বায়ু বহে ধিরে ধিরে।
সুসিতল বনদেখি অতি শুসোভরে।।
বৃক্ষাডালে শুক-শারি জয় কৃষ্ণবলি।
কোকিলা পঞ্চম নাদ কুহু কুহুবলি।।

**'মায়ুরী' ছন্দ মৈতৈরোন ঃ-**

অয়িংবা মলয়া নুংশিৎনা ফজনা শিৎলি।
ফজরবা বন উবদা পুক্লিং হুহল্লি।।
উফৈদা চোংঙা-তেনৱা জয় কৃষ্ণ শোল্লি।।
কোকিল খোন্থাং মঙাদা কুহু-কুহু খোংলি।।

**অথ দীপিকাঃ-**

প্রদোষকালে গৃহ দেহলীষু
প্রদীপ হস্তারুণ গাত্রবস্ত্রা।
সীমন্ত সিন্দুর বিরাজমানা
সুরক্তমাল্যা কিল দীপিকেয়ং।।

**দীপিকাঃ-** ফিঙাঙ শেৎপী সিংগ্রেঙ-সিন্দুর চাইবী,অঙাঙবা লৈ-পরেং শিবী,থাউমৈ পায়দুনা থোঙজীন্দা লেপ্পী অদুবু 'দীপিকা' হায়না কৌই।।

**হিল্লোল রাগ প্রিয়া 'দীপিকা' ছন্দ ।।২।।শুবাঃ-**

হা কৃষ্ণ করুণা সিন্ধু ভক্তজন বন্ধু।
ভক্ত দুঃখ কালে প্রভু তুমি হৈল বন্ধু।।
তুমাবিনে গতি নাহি এঘুর সংসারে।
শ্রী চরণ কৃপা করি রাখিহ আমারে।।

**দীপিকা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হা কৃষ্ণ ইবুংঙো ভক্তগী চান্ন থোইবা।
ননাই ভক্তগী অৱাববু কনবীবা।।
ইবুংঙো নত্তনা কনা লৈতে সংসারদা।
ননাইবু থম্বিয়ু ইবুংঙোগী চরন্দা।।

**অথ দেশকারীঃ-**

সার্দ্ধং সখীভির্বিজনে বসন্তী(ল)
বিচিত্রবক্ষা নখরক্ষতাঙ্গী।
নিরীক্ষমানা মণিদর্পণেষু
সা দেশকারী কথিতা মুনীন্দ্রৈঃ।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

সার্দ্ধং সখীভির্বিজনে বহন্তী
বিচিত্রবক্ষোজ নখ ক্ষতানি
নিরীক্ষমাণা মলদর্পণেষু
সা দেশকারী কথিতা গুণজ্ঞৈঃ।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

অচিকপদা মতাশিংগা লৈমিন্নবী,নিঙথিবী মথবাক্ত লৈবা খুজীন মফম্বু মণিগী মিংশেন্দা য়েংবী অদুবু মগুণ লৈবশিংনা 'দেশকারী' হায়না কৌই।।

**শ্লোকঃ**-অনি অসি র্অথ চপমান্নৈ,অহানবগীদনা মণিগী মিংশেল্ হায়বদা, অকোনবদনা মক্রুবা মিংশেল হায়বতনি।।

**হিল্লোল রাগ প্রিয়া 'দেশকারী' ছন্দ।।৩।।শুবাঃ-**

হা প্রণাভাই লক্ষ্মণ, কেনে হৈল অদ্রর্শনে,
আইস ভাই দেখি চাঁন্দমুখ।
তুমা অদর্শন বিনে, কেমনে ধরাই প্রাণে,
ধিক-ধিক জীবন আমারে।।
কাহা করু কাহা যাঙ, কে উপাই তোমাপাঙ,
ধিক ধিক কিনা হৈলেমোরে।।

**দেশকারী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

ইনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণ, উররোইদ্রা ইয়াম্বনা,
লাকখো যেংখিগে মাইথোংবু।
নহাকপু উদ্রবদি, হিংলরোই ইযাম্বদি,
তোনখ্রেদা কান্নদ্রে হিংববু।।
করিবু তৌজরগা, করিতবু লাংজবগা,
ঐনা ইনাওবু ফংজগনি।।

**অথ পাহিড়াঃ-**

ভর্ত্তুর্দধানা চরণারবিন্দং
নিষেধয়ন্তী পরদেশযানং।
প্রকামদাম্পত্য সুখেন মুগ্ধা
সা পাহিড়া স কথিতা কবীন্দ্রৈঃ।।

**পাহিড়াঃ-** লংফৈ চৎকে তৌবা, মপুরোয়ববু মখোঙ পায়না খামজবী, অনিগী হকপান্নবগী নুংঙাইবদা পঙথবী অদুবু 'পাহিড়া' হায়না কৌই।।

**হিল্লোল রাগ প্রিয়া 'পাহিড়া' ছন্দ ।।৪।। শুবাঃ-**

নয়ন পুতলি রাধা মোর।
মনমাঝে রাধিকা উর্জ্জর।।
আগে পাছে রাধিকা রঙ্গিণী।
পাছে রাধা মণ বি মুহিণী।।

**পাইড়া ছন্দ মৈতৈরোনঃ**

মিৎ নহানি ঐগীদি রাধানা
থম্মোয়দা ঙাল্লি ইবেম্মনা।।
ঐহাকপু হরাও হনবিনী।
কৃষ্ণ ঐবু শুমহৎলবিনী।।

**অথ বরাড়ীঃ-**

কর্ণেদধানা সুর পুষ্পযুগ্মং
সুবৃত্তবক্ষোজ মনোহরাঙ্গী।।
স্মেরাননা চারু বিলোলনেত্রা
গৌরাঙ্গ-যষ্টিঃকথিতা বরাড়ী

**বরাড়ীঃ**-মশক মতৌ ফজবী,থিক-থা ফবী,নাকোঙদা পারিজাৎ লৈ চিনবী,মোমোন নোকপী,মীৎয়েং তথকপী,কুচু পানবী শাবান তেঞ্জেগুম,চুম্বী-মসিবু 'বরাড়ী' কৌই।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

বিচ্ছেদ মনো শ্রুকুলা মদাক্ষী
সা নীলচীরা ধরনীং লুণ্ঠন্তী।
প্রিয়ানুরাগং সততং স্মরন্তী
কৃশাঙ্গ যষ্টিঃকথিতা বরাড়ী।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

ফীশং শেৎপী ; কায়না মৈনা চাকপী,অশাউবা মিৎয়েংদা,পিশিন্থবী,লৈমায়দা ওন্না থোইন্যা খাঙবী,মপুরোয়ববু ক্রাউবা লৈতনা নিঙশিংবী,ময়াঙ কংথরবী অদুবু 'বরাড়ী' হায়না কৌই।।

**মূর্ত্তিস্তুঃ-**

বিনোদয়ন্তী দয়িতংচগৌরী সুকঙ্কনা চামর চালনেন। কর্ণেদধানা সুরপূস্পগুচ্ছং বরাঙ্গনেয়ং কথিতা বরাড়ী।

**মূর্ত্তিদিঃ**-কুচু পানবী,নিঙথিবা খুজি শিবী,নাকোঙদা পারিজাৎ চরোং চিনবী,চামর হুমদুনা মপুরোয়ববু পেলহল্লিবী,নুপীলক্তগী থোইদোকপী অসিবু 'বরাড়ী' কৌই।।

**হিল্লোল রাগ প্রিয়া 'বরাড়ী' ছন্দ।।৫।।শুবাঃ-**

শ্রী গুরু চরণ পদ্ম, কেবলে ভকতি সদ্ম
বন্দ মুই সাবধান মণে।
যাহার প্রসাদ পাই, এভব তরিয়া যাই,
কৃষ্ণ প্রাপ্তিহয়ে যাহা হণে।।
গুরু মুখ পদ্ম ব্যাক্য, হৃদি করি মহা সক্য
আর না করিহ মনে আসা।।

**বরাড়ী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

*শ্রী, গুরু চরণ থম্বান্না, ভক্তি থুপ্পা ওইবনা,*
তোল্লবা ঐনা খুরুমজরি।
গুরুপ্রসাদি ফংবদা, সংসার মায়া লাল্লিদা,
মদুতদা কৃষ্ণবু ফংজরি॥
গুরুনা তাকপিবনা, থম্মোয় লন ওইনা,
কাওদনবু থমজনিংঙি।

**অথ মারহাটীঃ-**

উৎপন্নমাত্রে প্রথমাপরাধে
মানং রহঃ কর্ত্তুমনাশ্চিরেণ।
ঋজু-স্বভাবা নিয়তং বদন্তী
সা ''মারহাটী'' হঠকেলিজুষ্টা (ঘু)

**মারহাটীঃ**-মশাগী অহানবা মরালমক্তদা ৱারৌখ্রবা মপুরোয়ববু অচুম্বা অশেংবা ৱাহৈনা হন্না হন্না ঙাকপিনবা হায়জদুনা খুদক্তা শান্নমিন্ননবা থেমজরিবী অদুবু 'মারহাটী' হায়না কৌই॥

**হিল্লোল রাগ প্রিয়া 'মারহাটী'ছন্দ॥৬॥শুবাঃ-**

উঠ উঠ প্রাণ নাথ মোর সারি গেল।
স্বর্ণ পালঙ্কের ছুটি রণে মুর্চ্ছা গেল॥
কান্দে চন্দ্রকলা নারী ইন্দ্রের কুমারী।
ইবোলিয়া চন্দ্রকলা ভূমিতলে পড়ি॥
আৱল ঝাৱল কেশ ভূমিতে পড়িল।
দিগ্বিদিক নাহি জানে অন্ধার হইল॥

**মারহাটী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হৌগৎলো প্রাণনাথ থাবিনু ননাইবু।
স্নাগী কাংথোনগুম্না চেপ্লি কদায়দবু॥
কপ্লি চন্দ্রকলানা মবুংঙোগী নাক্তুদা।
হায়রম্নগা ৱাহৃখ্রে লৈবাক মথক্তুদা॥
শম অদু ফাখ্রেদা উফুন্নবু লৈতেংখ্রে।
মাইগৈ মশক খংখিদ্রে জ্ঞ্যানবু মাংখ্রে॥

**হিল্লোল রাগ সখা রঙ্গদা ছন্দঃ-**

নিজসম মখা সঙ্গে, গোগণ চারণ রঙ্গে,
বৃন্দাবন স্বসঙ্গ বিহারে।
যারবেনু ধ্বনিশুনি, স্থাবর জঙ্গম প্রাণি,
পুলক কম্পা শ্রুবহে ধারে॥
মুক্তা হারবক পাঁতি, ইন্দ্র ধনুপিতথি,
পিতাম্বর বিজুরি সঞ্চার॥

**হিল্লোল রাগ সখা রঙ্গদা মৈতৈরোনঃ-**

ব্রজগী রাখালশিংগা, ষণসিং লোইনরগা,
শান্নে নুংঙাইনা বৃন্দাবন্দা।
বাঁশি খোঞ্জেন তাবদা, অচৎ-চত্তা জীবশিংদা,
তুবু চুংঙি পি,তাই মীৎলুদা॥
মুক্তা পরেংনা উরোক্কি, চুরানা চুমথাংনি,
স্না ফিগে অদনা নোংথাংগু ম্মি॥

**হিল্লোল রাগ বাহন পদ ছন্দঃ**

কৃষ্ণদেব এত দুঃখ হারি কালমায়া দিল অধিকারী,
কৃষ্ণসে জানিব সমস্ত জগত সার।
তুমিসে চৈতন্যা সনাতেন, রাম রাম রাম রাম
মায়া সয্যা মাঝে আসন্ত ঘুমতি যার।

**হিল্লোল রাগ বাহন পদ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

মায়া পূম্বা কোকপা কৃষ্ণনি,সংসার পুরিবদি মায়ানি,
কৃষ্ণতনা সংসারগী শেংলবা মচিনি।
ইবুংঙ্গো নংদি সনাতননি, রাম রাম হায়না কৌবনি,
মায়াগী শয্যাদা নুংঙাইনা চেপ্লিবনি।।

**হিল্লোলগী রাগিনী মউরীগী সখী স্বাধিন ছন্দঃ-**

রতি রণ অবসানে বৈঠল দুহুজনে।
দুহু বেশ ভুষা ভুষন করি সাজেন।।
সেবা পরা সখী দুহু জনের সেবয়ে।
কোন কোন সখী বৃন্দে চামর ঢুলায়ে।।

**স্বাধিন ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

রতি লীলা লোইদুনা লেংথলে অনিনা।
ফিজেৎ লৈতেং লৈতেংলে লূনা ফজনা।।
সেবা হৈবী সখীসিং সেধাবু তৌজখরে।
কনানা চামোব থৌগলবু ফংজখরে।।

**মউরী বাহন-জলকেলী ছন্দঃ-**

রাই জয় জয় বোলে, নানা পুস্প বৃষ্টিকরে,
পরম আনন্দ গায়মণে।।
বতু আর কুন্দলতা ৎ সুবসতি কারে তথা,
তিরে রহে অন্য কুন স্থানে।।
পুস্প বৃষ্টিসদা করে কৃষ্ণ জয় জয় বলে,
চিত্ত অতি হরসিত করি।
কভুজল মগ্নকরি, কভু বাহু৺ পর ধরি,
হেম পদ্ম যেন করি করে।।
সুবাহু মৃনালদিয়া, ধ্বনি আনন্দিত হিয়া,
কৃষ্ণ কন্ঠে যতনে ধরয়।
মুখ পদ্ম৺ ঝাপেকেশে রাধিকা পদ্মিনী ভাসে
হরি করে ধরিয়া উঠায়।।

**জলকেলি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

রাধানা জয় ওইরে, সখীনা লৈ চাইথরে,
নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লখরে।
মধুমঙ্গোল কুন্দলতা, নুংঙাইনা যেংজরিদা,
সখী কয়াশু হরাওজরে।।
লৈ, কয়া চাইনা কংচৈ, কৃষ্ণ জয়নি লাওজৈ,
থম্মোয যাম্না নুংঙাইজরে।
অমুক লুপ্পি ঈশিংদা, পাম্বোম পাম্বোম পাইনৈদা,
শামুনা থম্বাল পায়গুম্রে।।

থম্বৌ পাম্বোমদুদা, রাধা পুক্লিং নুংঙাইনা,
কোনখ্রেদা কৃষ্ণগী ঙক্কুদা।
মায়নে শম্নে তাওরে, রাধা থম্বাল ওইরে,
শ্রীগোবিন্দনা কোনখৎলেদা।।

মসিদা মঙাসুবা মতাং অদু লোইজরে

## তরু কসুবা মতা

### অথ কর্ণাটঃ-

কৃপীণপাণিস্তুরগাধিরূঢ়ো
ময়ূরকন্ঠোপম কন্ঠকান্তিঃ।
সুবেষ্টিতোষ্ণীষধর ঃপ্রয়াতি
''কর্ণাটরাগো'' হরিণং বিহস্তুং॥

**মূর্ত্তিদিঃ**-থাঙশাংপায়,শগোল তোংই,খৌরিদা রাহোং মঙক মচু মাল্লি,কোক্তা লুহূপ্ উপ্নী মৃগয়াদা শজিবু কোয়না তাল্লি মসিবু 'কর্ণাট' হায়না কৌই॥

**মূর্ত্তিস্তুঃ**- কৃপাণপাণির্গজদন্ত খণ্ডমেকং বহন্ দক্ষিণ কর্ণপূরং।
সংস্তুয়মানঃ সুর চারণৌঘৈঃ কর্ণাট রাগঃশিখিকণ্ঠনীলঃ॥

**মূর্ত্তিদিঃ**-খুত্তা থাঙশাংপায়,য়েৎকী নাকোঙদা শামু ময়া মচেৎ অমা লৈতেং ওইনৈ ; লাইগী চরশিংনা মতুং ইন্দুনা মাগী মশক তাকই কুচুনা রাহোংগুম শংই॥

**কর্ণাট রাগ পুরুষ ছন্দ।।৬।। শুবাঃ-**

জয় জয় বৃন্দাবন কৃষ্ণ সুখ ধাম।
সবে ভুমি স্বর্ন্নময় চিদানন্দ ধাম।।
যাহা গোচারণ রঙ্গে সঙ্গে সখাগণে।
রত্ন সিংহাসন মাঝে গৌরি শ্যামসনে।।

**কর্ণাট রাগ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

কৃষ্ণনা পেল্লবা বৃন্দাবন খুরুমজৈ।
নিংবা পিনরবা বোন্নি সনা-তনা ফজৈ।।
গোবিন্দনা ষণ শেল্লি সখা শিং,লোইননা।
রত্ন সিংহাসন্দুদা ঙাল্লি শ্রী রাধা শ্যামনা।।

**অথ নাটিকাঃ-**

চিরং নটন্তী শুভরঙ্গমধ্যে
(১)বিচিত্ররত্ন ভরণা সুমধ্যা।
সঙ্গীত(সুগীত)তালেষু কৃতাবধানা
নাটী সুশাটি-পরিধান শীলা।

**নাটিকাঃ**-খ্বাঙজেংবী,নিঙথিবা মণি-মুক্তানা লৈতেংনবী,ফীজোন ফজবা শেৎপী,জগোই শঙদা,মতম কুইনা,জগোই শারল্লবী,তাল-লয়, নিঙথিনা খঙবী অদুবু 'নাটিকা' হায়না কৌই।।

কর্ণাট রাগ প্রিয়া 'নাটিকা' ছন্দ ।।১।। শুবাঃ-

মৃত্ত্যুকালে না দেখিল শ্রী কৃষ্ণ মাতুল বাপ
পিতা কৃষ্ণ পাছে আমি জীবন মবিব।।
সঙ্কোটি পাইলু আমি কিঁ করি উপায়।
ইবোলিয়া অভিমন্যু রণে মূর্চ্ছা পায।।
অতপরে কুরু সৈন্য সিংহনাদ করে।
রণ বার্ত্তা শুনিসৈন্য কোল হল করে।।

নাটিকা ছন্দ মৈতৈরোনঃ-

শিরমদাইদা ইপাগা মামগা উদরে।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন গুরু উদনা শিবতারে।।
করিতৌনি চিংনবগী ঈপাক্তা তাওখ্রে।।
হায়রম্নগা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা তুখ্রে।।
অদুগী তুংদা কৌরবনা সিংহনাদ তৌরে।
অভিমন্যু শিরে তেঙ্গোল পুম্বা নিন্নরে।।

অথ ভূপালিকাঃ-

স্বনায়কং পুষ্পলতাধিরূঢ়ং
সমুন্মুখী তং সমুদী ক্ষমানা।
প্রয়াচ মানা কুসুমানি শশ্বৎ
ভূপালিকা সা কথিতা সুধীভিঃ।।

**ভূপালিকাঃ**-লৈগী উরীদা কাখৎখ্রগা,চান্নববু মমায় হংগৎনা য়েংদুনা,মখুৎ তিংথোক্লা লৈ,নিজরিবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'ভূপালী' হায়না কৌনৈ।।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

স নায়কা পুস্পগণং সৃজন্তী
সুবেশমানা বরকামিনীয়ং।
উল্লাসিতা প্রেমাকুলামদাক্ষী
ভূপালিকা সা কথিতা রসজ্ঞৈঃ।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

চান্নবগা লোয়ননা লৈগী লৈতেং শেমজরিবী,ফিজেৎ নিঙথিবী,নুপী লক্তুগী অথোইবী ময়াই কারবী,হরাওজবী,নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংজবী অদুবু রস খঙবশিংনা 'ভূপালি' হায়না কৌই।।

**কর্ণাট রাগ প্রিয়া ভূপালি ছন্দ ।।২।।শুবাঃ-**

শ্রী রূপ সনাতন ভট্ট রঘু নাথ।
শ্রী জীব গোপাল ভট্ট দাসরঘুনাথ।।
এইছয় গুরুর করে চরণ বন্দন।
যাহা হৈতেবিঘ্ন নাশ অভীষ্ট পুরণ।।
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ বৃন্দাবন জয়।
জয় গোপ জয় গোপী ব্রজবাগী জয়।।

**ভুপালি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

শ্রী রূপ সনাতন ভট্ট রুনাথ।
শ্রী জীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ।।
অশুম্বা গুরু তরুকপু হন্না হন্না খুরুমজৈ
কৃপাদগী য়েখাই থিঙ্গাইবু ঙমজে।।
রাধা গোবিন্দ বৃন্দাবনবু খুরুমজৈ।
গোপ গোপী ব্রজবাসীবুসু খুরুমজৈ।।

**অথ রামকেলীঃ-**

অধ্যাপয়ন্তী শুকসার শারীঃ(ং?)
শ্রী রাম রামেতি সুবেশ লক্ষ্মীঃ।
বামস্তনার্দ্ধ স্খলিতাং শুক-শ্রীঃ
শ্রী রামকেলিঃ কথিতা বিদগ্ধৈঃ

**মূর্ত্তিদিঃ-**

চোঙা-তেনৱা মচাশিংদা শ্রীরাম রাম হায়না শোনবা থোক্লবা তম্বীরিবী, ফিজেৎ নিঙথিবী, লন-চেনবী, ওইগী থবাক্তগী ফি নাম্বরিবী শকহেনবী অদুবু পণ্ডিতশিংনা শ্রী 'রামকেলী' হায়না কৌই।

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ**

শ্রী রাম রামেত্যনিশংজপন্তী
পূজারতা পুষ্পচতয়ৈঃসুবাসা।
সানন্দরুপা করুণার্দ্রদেহা
শ্রীরামকেলিঃকথিতা বিদগ্ধৈঃ।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

অতৎপা লৈতনা শ্রীরামগী নাম শোঞ্জবী লৈগী মপৈনা পূজা কচ্চবী; ফিজেৎ নিঙথিবী, নুংঙাইথোকপা হৈবী, থৌজাল হৈবী অদুবু অখঙবাশিংনা 'শ্রীরামকেলী' হায়না কৌই।।

**কর্ণাট রাগ প্রিয়া 'রামকেলী' ছন্দ।।৩।।শুবাঃ-**

প্রাণ প্রিয়ে! শুনমোর এসত্য বচন।
তুমা-সবার স্মরণে, ঝুরো মুই রাত্রিদিনে,
মোর দুঃখ না জানে কোনজন।।
ব্রজবাসী যতজনে, মাতা পিতা সখাগণে,
সবে হয় মোর প্রাণ-সম।
যাদবের বিপক্ষ্য, দুষ্ট যত কংশ দৈত্য,
তাহা মারি আইলা বৃন্দাবনে।।
পুন আসি বৃন্দাবনে, ব্রজবধু তুমা সনে,
বিলাসিব বাত্রির দিমসে।।

**রাম কেলী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

থৱাইগী চান্নরবী রাধে নংবু তারো।
মখোয়বু নিংশিংবদা, কপই অহিং নুংথিন্দা,
ঐগী ৱাবা কনানা খংবিনী॥
ব্রজ মণ্ডলদা লৈরিবা, ইমা ইপা চান্নরবা,
পুম্নমক ঐগী থৱায়নী।
যাদবকী য়েক্লরবা, কংস মনাই হিংচাবা,
হাৎলগা লাক্কনি বৃন্দাবন্দা॥
ঐনা ব্রজদা লাক্লগা, গোপীগা লোইনরগা,
শান্নগনিয়ে অহিং নুংথিন্দা॥

**অথ গড়াঃ-**

বিশেষ বিদগ্ধবতী সমস্তা(স্তাৎ?)
কলাবিলাসেন বিমোহয়ন্তী।
বৃহল্লিতম্বা পরিপুষ্টদেহা
গড় প্রলম্বস্তনভার ভব্যা॥

**গড়াঃ**-কামগী লীলাদা চঙখোন্না হৈবা, মশাগী মতৌদা মথন্তা ঙকচবী, নিঙজোন ফনবী, মশা নোয়বী, থবাক হীকথরবী অদুবু 'গড়া' হায়না কৌই॥

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

বিশেষ বিদগ্ধবতী সমন্তাৎ
কলাবিলাসেন বিমোহয়ন্তী।
বৃহন্নিতম্বা কৃশমধ্য ভাগা
পীনস্তনী সৈব গড়া প্রদিষ্টা।।

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

মথক্কী পরেং অনিদি অমত্তনি,মখাগী অর্থদি খ্বাঙজেংবী থবাক মতোন তুম্বী অসিবু 'গড়া' হায়না কৌই।।

**কর্ণাট রাগ প্রিয়া গড়া ছন্দ।।৪।।শুবাঃ-**

করন্ত অক্রুর তিতি গদগদ স্বরে।
হ কৃষ্ণ হে কৃষ্ণ মুই প্রনাম তোমারে।।
জানিযা জগত হরি তুমি নারাযণে।
কুঞ্জ আছে কুণ্ডতীরে নাম সংকীর্তনে।।

**গড়া ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

অক্রুরনা মিত্তা পি,তা অহিকপা স্বরনা।
হে কৃষ্ণ হন্না হন্না খুরম্মি ননাইনা।।
খংজরে ঐহাক্না সংসারগী মবুংঙোনি।
কুঞ্জ অদুদা নাম শোনবা পাম্বা ঐনি।।

**অথ কামোদীঃ-**

**নারদ সংহিতায়াঞ্চঃ-**

ভার্ত্তা সমং চাম্ভসিঁ সঞ্চরন্তী
পয়ো বিহারেণ সরোরুহানি।
বিচিন্বতী সৌরভ মোদমানা
কামোদরাগিন্যুদিতা মুনীন্দ্রৈঃ

**নারদ সংহিতাদদিঃ-**

**মূর্ত্তিদিঃ-**
সনা অহিংবা কুচুনা তিনবী,মপুরোয়বগা লোয়ননা ঈশিংদা
শান্ন-শান্ননা থম্বালবু থিবী, থম্বালগী মনম ফংজবদা পেঞ্জবী
মসিনা 'কামোদ' রাগিণীগী মশক্তি হায়না (পণ্ডিতশিংনা)
মুনিশিংনা হায়নৈ॥

**মূর্ত্তিস্তঃ-** অক্ষমালং করেধৃত্বা রসালস্তাবরী (বসানং রৌরবীং) ত্বচং।
জপন্ জহ্নুসুতাতীরে কামোদঃপরিকীর্ত্তিতঃ॥

**মূর্ত্তিদিঃ-**খুত্তা শুক্রিক পরেং পায়বা, শজি মউন শেৎপা, গঙ্গা মপান্দা
কন্না প্রণব জপ তৌবা অদুবু 'কামোদ রাগ' কৌই॥

**কর্ণাট রাগ প্রিয়া 'কামোদ ছন্দ' ।।৫ ।।শুবাঃ-**

নমো নন্দ শুত, তনু মেঘ শ্যাম,
সভে অতি পিটবাস।
কক্ষে সিঙ্গা বেত্র, বাঁশি বেঢ়াদিত,
হাতত ভাতর গ্রাস।।
কর্ন্নে গুঞ্জামণি, মাথে ময়ুরা পক্ষি,
প্রফুল্লমুখ কমল
বক্ষে পুষ্প মালা, গলে দোলে যার,
কটিতে কিঙ্কিনী মাঝে।।

**কামোদ ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

কৃষ্ণবু খুরম্মি, নোংগী মচুগুম্মি,
ফজৈ সনা ফিগে দুনা।
নাক্তা সিঙ্গা চৈনা, চিন্দনা বাঁশিনা,
খুত্তু না চাক্কী চখোম্না।।
নাদা গুঞ্জামণি, কোকতা চুড়ানি,
মুখনা থম্বাল গুম্মি।
থবাক্তা লৈ-পরেং, ঙাল্লি তগুপুরেং
খ্বাঙদা কিঙ্কিনী থাম্মি।।

**অথ কল্যানীঃ-**

ব্যাধুতা নটন পরিশ্রমেণ বালা
লীলাভিঃ সদসিকৃতাদরা নটেন।
কল্যানী কয়লতি হস্ত হাবহেলং
প্রস্থানোন্মূখরিত কিঙ্কিনী কলাপং।।

**কল্যানীঃ-** হাইনা হুম্না অমদি কে-না ৱানা জগোই শাবদা মীযাম্না পেন্নবী,ঈশৈ শক্না-শক্না মখুৎনা অভিনয তৌবী, লেঙবা-ওৎপদা খ্বাঙ্গোয মখোল নিঙথিনা থোকহনবী অদুবু 'কল্যানী' হাযনা কৌই।।

**কর্ণাট রাগ প্রিয়া কল্যানী ছন্দ।।৬।।শুবাঃ-**

শুক নিগদতি শুনিযোক পরিক্ষিত।
বোহিনী নক্ষত্র যেবে ভৈল উপস্তিত।।
পরম শোভন কাল ভৈলা সিবেলাত।
সুরভি শীতল সুমঙ্গল বহে বাত ।।
দশ-দিশ প্রসন্ন নির্ম্মল তাবাগন।।
মধূকবে গুঞ্জবে পুষ্পিত দেখিবন।।
পৃথিবীত সুমঙ্গল মিলিল অপাব।
নদ-নদী প্রসন্ন পঙ্কজ ঝাতিস্কাব।।
ভৈল মহা স্বচ্ছ অতি সজ্জনর মণ।
আকাশতে স্তুতি কবে সিদ্ধা মুনিগণ।।
অসংখ্যাত দুন্দুভি স্বর্গক ছানি বাৱে।
অপসরা নাচে বিদ্যাধবে গাৱে।।

**কল্যানী ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

শুক মুনিনা হায তাও হে পবিক্ষিত।
থৱান মিচাক রোহিনী ঙাল্লে আকাশদ।।
যাম্না ফজবা মতম্না ফজনা ঙাল্লরে।
হৈ-লৈ মনম পুদুনা নুংশিৎনা শিৎলরে।।
মাইগৈ তরাদা থৱান মীচাক্না ঙাল্লে।
খোইমু গুণ-গুণ লৈগী বন্দা ঙংলে।।

পৃথিবীদা অফবা মঙ্গলশিংনা তিল্লে।
তুরেল পুম্নমক হৌরে থম্বাল শাৎলে।।
সাধূ বৈষ্ণব নুংঙাইনরদুনা।
অকাশদা হায়জৈ মুনি ঋষি কয়ানা।।
মশিং য়াম্নবা পুং-য়ৈ গন্ধর্ব্ব কীনরনা।
জগোই শাবিনা জগোই শাই ফজনা।।

**কর্ণাট রাগ সখা 'কুহু' অরৈবী ছন্দঃ-**

শুন্য হৈলা তনুপ্রাণ কিবা গৃহ কাজে।।
বিষ খায়া মরিজাই জীবন কি কাজে।।
বৃন্দাবনে শুন্য হৈলা গোপ সখা গণে।
তোমার তেজীয়া গৃহে শ্রী মধূসুদনে।।

**কুহু অরৈবী মৈতৈরোনঃ-**

অহাংবনি থব্রায় হক্চাং য়ুমদা কৈদৌগবা।
হু-চাদুনা শিরগে হিংলগা কৈদৌনগবা।।
বৃন্দাবন্দা গোপসখা পুম্বা অহাংবা ওইরে।
মধূসুদন নংনা মায়াগী য়ুমদা হুন্দোকপিরে।।

**কর্ণাট রাগ বাহন খোনথিন ছন্দঃ-**

শু নহে প্রাণের বন্ধ বচন আমার।
তুমা নাদেখিলে মুঞি ঝুরি ঝুরি মোর।।
কেমনে সহিব আমি কুঞ্জের ভিতরে।
হা হা মরি মরিজাই ধিক ধিক মোরে।

**খোনখিন ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

তাবিয়ু থব্রায়গী চান্নবা ঐগী ৱাফমশি।
নং-উদ্রগা চাকথেক্নুনা শিগদৌরি ঐশি।।
করম্না খাংলশিবা ঐ কুঞ্জগী মনুংদা।
অৱাবনি শিজরগে ঐহাকসে তোল্লেদা।।

**কর্ণাট রাগিণী কামোদকী সখীদি রুপোক ছন্দঃ**

সখী হে কৃষ্ণ মুখদ্বিজরাজ রাজ।
কৃষ্ণবপু সিংহাসন বসি রাজ্য শাসন।।
করে সঙ্গে চন্দ্রের সমাজ।
দুই গণ্ড সুচিকন জীনি মণি সুদর্পন,।
সেই দুই পূর্নচন্দ্রজানি।।

**রুপকছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

হে সখী কৃষ্ণ মাইথোং থানা নিংথৌনি।
হকচাং সিংহাসন্দা, ফমদুনা ৱায়েল্লিদা,
থা, কয়ানা পৈরবা প্রজানি।।
চাইরুংনা ফজরিবা,মণি মিংশেন হেল্লিবা,
পুর্ণিমা গুম্নাবু ফজরিদা।।

## ''কামোদ রাগিনী বাহন''
## ''বিজয় ছন্দ''

সুন্দরী শুন দেখহ পুনর্নিজ জীবন নাথং ।।
বান্ধব গণ নীলবঁসন সুন্দরবতু শ্যাথং ।।
বারিদ মদ হারিসুখদ কান্তি মধূর ধামং ।।

**কামোদ বাহন বিজয় ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

য়েংঙু হে সুন্দরী নংগী জীব হিংনবা গোবিন্দনা ।
অশংবা সেৎপা সখাসিং মধুমঙ্গল লোইননা।।
অনৌবা নোংবু ঙমজবা অথুম্বা খিবিক্লা তিল্লি।।

**দ্বীপক ছন্দঃ-**

কালার সহিতে, যেকরে পিরিতি,
সেকালা সর্প দংসে।
কানার বচনে, যেকরে শ্রবনে,
সেকালা বিষম জালা।।
এমতি হইলু চিতে।

**দ্বীপক ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

অমুবা কৃষ্ণদা ; নুংশিরু বদুদা,
লিন ওইনা চিক্লরে ।
কৃষ্ণগী রাঙাংবু, পাম্না তারুববু,
লাং ওইনা ফাবিখরে।।
থম্মোয় লেঙবা য়াখিদ্রে।।

**দুলরি ছন্দঃ-**

অনন্তরে আসি, নারদ বোলন্ত,
সুনরে অবোধ কংস।
বসুদেব আদি, করিয়া যতেক,
দেখস যাদব বংশ।।
নন্দ আদি করি, যতেক গোৱাল,
আছে মনুষ্যের রূপে।
ইটো সবদেব, জানিব নিশ্চয়,
কহিল তোত স্বরুপ।।

**দুলরি ছন্দ মৈতৈরোনঃ-**

নারদ লাক্লুনা, হাই কংস যেংনা,
তাও হে অপংবা কংস।
বসুনা চিংলবা, অয়াম্বা লৈরিবা,
য়েংঙু যাদবগী বংশ।।
নন্দনা চিংলবা, গোপসিং য়াম্লবা,
মী ওইনা লৈরিবসে।
অপুম্বা লাইনি, নং খংগদবনি,
তাক্লবনি মশকসে।।

মল্লার রাগ প্রিয়া ''মাধবী'' ছন্দ।৪।শুবাঃ-

কেমনে মিলাযে দিব সে চাঁন্দ বয়াণি।
আক্ষিতে পিরিতি হবে জুরাবে পরাণি।।
নখ গেল দণ্ডগণি আ ৺খি গেল তারা দোনি।
হাই প্রিয় সজনী বাচিবা কেমনে।।
রাত্রি হুইল অবসানে ইহ আমি কি করিব।
জমুনা জলের মাঝে তেজহ সকল।।
এত বলি মালা ছিরি চন্দন কটোরা ফেরি।
তাম্বুল বেটিকা সব সকল উঝারে।।

করম্না তিনবীরগবা মাইথোং থানা।।
মিৎকী পেল্লনী ইঙলগনী থরাইনা।।
খুজিন তুম্লে মতম পাবদা কপ্পদা মীৎ উদ্রে।
অরাবনী ইতা করম তৌনা হিংগনী।
নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লে ঐনা করি তৌগনী।
যমুনাদা পোৎ পুম্নমকসি হুন্দোকখো ।।
অসি হাযদুনা লৈ পরেং চন্দন লংথোকখ্রে।
পান খুদপ পুম্নমক চাইথাইখরে।।

৬শুবা মতাং লোইজরে।

## ক্ষমা প্রার্থনা

মাঙ্গী গুরু জনশিংনা থম্বীরম্বা লাইরিক থীবগী ছন্দশিং অসিবু স্বরলিপি পান্দুনা পুথোকচরক্লিবা অসি চুম্নদা দিগদর্শণ তৌজবনি। তৌবতবু লাইরীক অসি পারগত খঙবদি ওইথোক্তে, মরু ওইনা তম্বা অমদি হোৎনবা চংঙি। অশোয়-অঙাম ঙাকপিনবা নোল্লুকচরি।

লেখক

# রাগ মঞ্জরী দর্শন

অনিশুবা শরুক

## মঙ্গলাচরণম্

শ্রীগোবিন্দং ব্রজানন্দ সন্দোহানন্দ মন্দিরং।
বন্দে বৃন্দাবনানন্দং শ্রীরাধা সঙ্গনন্দিতং॥
যোহজ্ঞানমত্তং ভুবনং কৃপালূরুল্লার ঘয়ন্নপ্যকরোৎ প্রমত্তং।
স্বপ্রেম সম্পৎ সুধয়াদ্ভুতেহহং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যমমুং প্রপদ্যে॥

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব (ততো) জয়মুদীরয়েৎ॥

পঙ্গুর্ভ্রমতি ব্রহ্মাণ্ডং মূর্খো বেদার্থবিদ্ভবেৎ।
যৎ কৃপা লেশমাত্রেণ,বন্দে তং গুরুমীশ্বরম্॥

স - - স স স স স -, স স স স স স স স স স - - -,
শ্রী ০ ০, গো বি ন্দং ব্র জা ০, ন ন্দ স ন্দো হা ন ন্দ ম ন্দি রং ০ ০ ০,

নি নি - - ধ -, নি নি -, স স - -, নি -,
ব ন্দে ০ ০ ০ ০, বৃ ন্দা ০, ব না ০ ০, ন ০,

ধ - - প -, প -, প প প প প প প - - -,
ন্দং ০ ০ ০ ০, শ্রী ০, রা ধা স ঙ্গ ন ন্দি তং ০ ০ ০,

**পরিংগী মরম হায়বা-**

১। পরিং মপী লাইতাল (লাইথা)হায়নসু খংলৈ (শান্ত রস)

ওঁজয় নমো মাধব যাদব জনার্দ্দন।
জয় ঋষীকেশ সদাশিব সনাতন॥
প্রণত-তারণ নারায়ন নিরাকার।
কৃষ্ণের চরণ কোটি কোটি নমস্কার॥
নমো নমো ভগবন্ত ভগতেরনিধি।
কৃষ্ণক স্মরণে আরম্ভর হৌক সিদ্ধি॥

২। **ভেকনাদ পরিং:-**

জয় জয় যদুকুল জলানিধি চাঁদ।
ব্রজকুল গোকুল আনন্দ কন্দ॥
উজ্জ্বল জনধর শ্যামল অঙ্গবর।
হেলন কল্পতরু ললিত ত্রিভঙ্গের॥
শ্যামল সুন্দর বর পীতাম্বর রাজে।
অধরে মুরলি ধর সুমধুর বাজে॥

৩। **সিংহাবলোক পরিং(বীর রস)ঃ-**

একবান সন্ধিলেন হৈলা খণ্ড খণ্ড।
বানে বানে কাটা কাটি কৈলা লণ্ড ভণ্ড ॥
আকাশ মণ্ডল করে বান বরিষন।
সৈন্যের উপরে করে অন্ধকার বান॥
স্বরগেতে স্বরমনি মর্ত্তেতে ফাল্গুনী।

৪।গঙ্গা স্রোতা পরিং(রস পুম্নমত্ত্বা যাই)ঃ-

হেথা কালদন্ত রাজা আসিবার তার।
হস্তী ঘোড়া রথ রথী মিলিন সত্ত্বরে।।
চলিল যে সেনা তার অতি চমৎকার।
রাক্ষ্যস দুর্ম্মখ চলে চতুরঙ্গ সাজে।।
দেবতা সমাজে যেন চলে দেবরাজে।

৫। চতুষপদী পরিং(করুনানন্দ রস)ঃ-

গলিত কনক নিন্দবরণ,
দলিতাঞ্জন রুচি চিক্কন,
জনু নবঘন ঘেরি ঘেরি,
নব তমাল বিটপী বেড়ি,
নটবর কর দেত্র তালী,
কবহু গায়ত গান শালী
তাহে উলসিত বরজ নারী,
ভাব-ভক্তি চিত্তহারী,
নৃত্যকরত নটিনীগণ,
নটবর করি মাজে।
চমকে চপলা বেড়ি বেড়ি,
কনক লতিকা সাজে।।
বদনেবোলতভালি ভালি,
রঙ্গিনীগণ সাঁথে।
নটন করত রস বিথারি,
নিরখত নিজ নাথে।।

৬। তরু কুম্ভমূলে পরিং(বিবচ্ছ রস)ঃ-

এত শুনি রাধিকা কম্পিত কনেবর।
ভাবিছেন মনে মনে বড়ই কাতর।।
একি আমি ভাবিতে ছিলাম যে লাগিয়া।
ঘটাইল দুষ্ট বিধি তাহাই আনিয়া।।
অর্পিয়াছি যেই দেহ কৃষ্ণের পায়।

৭। **মেঘ(ষ)সন্নিহিত পরিং(ভয়ানক রস)ঃ-**

একদন্ত কতজন দিতে নাহি সীমা।
আসিল সুদাম রথ করি নামা রঙ্গ।।
অকাল সমুদ্র যেন উঠিল তরঙ্গ।
পার্ববতীয় রাজা আইসে যার যে বাহনে।।
হরিদ্রার র্বন রথ সাজে ততক্ষণে।

৮। **র্স্বন মৃগযুদ্ধ পরিং(হাস্য রস)ঃ-**

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌর ভক্ত বৃন্দ।।
জয় রুপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রী জীব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ ।
এই ছয় গুরর করি চরণ বন্দন।
যাহা হৈতে বিঘ্ননাশ অভীষ্ট পূরণ।।

৯। **পর্ববত সন্নি পাত পরিং(বীর রস)ঃ-**

আর্কণ পূরিয়া গুণ টঙ্কারিন ধনু।
এক শত বানে বিন্ধে হনুমান তনু।।
দশবানে অঙ্গদ কম্পিত থরে থরে।
সপ্তবান খায়ে কোপে স্বর্শম্মা বানর।।
শ্রীরাম মাতুল আর লক্ষ্মণ মাতুল।
কুড়ি বানে দুই বীর হইল ব্যাকুল।।

১০। **শার্দুল বিক্রীড়িত পরিং (অদ্ভুত রস)**

অদ্বৈত কহে সত্য কহি না করহ কোপ।
লগুড় ফিরাইতে পার তবে জানি গোপ॥
তবে লগুড় লৈয়া প্রভু ফিরাইতে লাগিলা
বার বার আকাশে ফেলি লুফিয়া ধরিলা॥
তাহা দেখি ভক্তগন ধন্য ধন্য বোলে।

১১। **কামোদ পরিং (শান্ত রস)ঃ-**

নমো নন্দসুত তনু মেঘশ্যাম, শোভে অতি পীতবাস,
কক্ষে শিক্ষা বেত্র বাঁশি বেঢ়াদিত।
হাতত ভাতর গ্রাস॥
কর্নে গুঞ্জামণি, মাথে ময়ুর পক্ষী,
প্রফুল মুখ কমল ।
বন্যে পুষ্পমালা, বৈজয়ন্ত মালা,
কটিতে কিঙ্কনী বাজে॥

১২। **পঠমঞ্জুরী পরিং-(লাচারী পরিং হায়নসু) খংনৈ।**
**(করুন রস)ঃ-**

উপজিল প্রেমঙ্কুর, ভঙ্গিলা যে দুখ পুর,
কৃষ্ণ তাহা নাহি করে পান।
বাহিরে নাগর রাজ, ভিতরে সঠের কাজ,
পর নারি বধে সাবধান॥
যে মদন তনুহীন, পরদ্রোহে পরবীন,
পাঁচ বানে সন্ধে অনুক্ষন।

১৩। **বিলাপ পরিং(করুন রস)ঃ-**

প্রভু কহে কোন বিদ্যা বিদ্যা মধ্যে সার।
রায় কহে ভক্তি বিনা বিদ্যা নাহি আর।।
কীর্ত্তি গণ মধ্যে জীবের কোন বড় কীর্ত্তি।
কৃষ্ণ প্রেম ভক্ত বলি যার হয় খ্যাতি।।
সম্পতি মধ্যে কোন সম্পতি হয গনি।

মথক্তা পল্লিবা পরিং ১৩ অসি লাইবিক থীবশিংগী থাদোকপা য়াদ্রবনি। (১) পরিং থৌবা (২) পরিং খাইবা (৩) পবিং ঙাকপা (৪) পরিং থাবা (৫) পরিং থাদরকপা অসিনচিংবা মখল কযাসু শিজিন্নৈ।

**হৌজিক লাইরিক থীবা-হায়বগী শিজিন্নরিবা লাইরিকশিং খরদং মথাদা ইজরিঃ-**

লাইরিক থীবা হাযবদা শিজিন্নবা লাইরিকশিং, বৈষ্ণব গ্রন্থ অযাম্বা চৎনৈ, তোযনা শীজিন্নবা, নৈমিত্তকতদা শীজিন্নবা নাইখিবতনি। লাইগুরু শিংনা লৌখৎপিরম্বা তোযনদি শীজিন্নদবা পয়ার লাইরিকশিং খরদি - নৃসিংহ পুরান, পদ্ম পুরান, বিষ্ণু পুরান, গরুড় পুরান, ব্রহ্ম বৈর্বত্ত পুরান, কুর্ম্ম পুরান, মনু সংহিতা, ব্রহ্ম সংহিতা, গর্গ সংহিতা, কৃষ্ণ কর্নামৃত, ভাগবতামৃত, ভক্তি রসামৃত, লঘু ভাগবতামৃত, ভাগবত সর্ন্দভ, সটসর্ন্দভ, কৃষ্ণসর্ন্দভ, সিদ্ধান্ত সাগর, হরিভক্তি বিলাস, উজ্জ্বল নীলমনি, দান কেলি কৌমুদি, যমুনা চার্য্য স্রোত্র, পদ্যাবলি, চৈতন্য চন্দ্রোদয় নাটক, গৌরাঙ্গ স্তব কল্প তরু, স্তবাবলি, খিলহরি বংশ, হৌজিক হৌজিক শিজিন্নবা লাইরিকশিং, বলদেব তীর্থ যাত্রা, অশ্বমেধ পর্বব, মহাভারত, রামায়ন, লক্ষ্মণ দিগ্বিজয, শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত, শ্রীচৈতন্য ভাগবত, চৈতন্যচরিতামৃত, প্রেম বিলাস, প্রেম ভক্তি চন্দ্রিকা, বংশি শিক্ষা, গীতগোবিন্দ, ভক্তি রত্নাকর, বৃন্দবন লীলামৃত, শ্রীমদ্ভাগবত গীতা, ক্ষনদা, প্রভাস খণ্ড, শনি পঞ্চালি, নারান পঞ্চালি, ত্রিনাথ পঞ্চালি, গৌর পূজা, লক্ষ্মী চরিত, কপিলা মঙ্গল, গোপাল চম্পু, বায়ু পুরান, মুক্তা লতাবলি, রাধা কৃষ্ণ বিলাস, গৌর লীলামৃত।।

**মথক্তা পল্লিবা লাইরিকশিং অসিগী ছন্দ অমদি শৈরেংগী মওঙদি:-**

পয়ার- ললিত চতুষপদি লাচারি, ত্রিপদী, দুলড়ি ছন্দ, লঘত্রিপদী, ললিত ছন্দ, একাবলী ছন্দ, মাল্লঝাপ ছন্দ, ষোড়শাক্ষরী কাঞ্চীযমক ছন্দ। তোটক ছন্দ, গীতিকা বিশেষ, ছন্দ, পজটিকা ছন্দ, ঝুমরি ছন্দ অসিনচিংবা ছন্দশিং অসিদা কবিশিংনা লেংথোকপিরম্মী। মথোয় অসিগী মশক তাক্লবা মখাদা উৎচরি।

১। **পয়ার ছন্দঃ-**

ময়েক ১৪ না লেংগনি। অতোপ্পা মমিং অমনা পদ ছন্দ হায়নসু কৌই। ময়েক ১৪ গী অরোইবা ময়েক অদুনা ''য়া'' হায়বা-ময়েক অসিনা লোইরবদি মদুগা থংনবা মখাগী পদ অদুসু ''য়া'' হায়বা ময়েক্লা লোমগনি। পদ অনি অসি অরোইবা ময়েক তিন্নদবা য়াদে। অহানবগী ময়েক ১৪ গী অরোইবদা চৈখৈ অমা চিংগনি অদুগা অরোইবা পদ অদুগী মতুংদনা চৈখৈ অনি।। চিংগনি মসিগী উদাহরনদিঃ-

তবে সনাতন প্রভুর পদ ধরিয়া।
দৈন্য বিনতি করেন দন্তে তৃন লৈয়া।।
নীচ জাতি নীচ সঙ্গী পতিত অধম।
কুবিষয় কূপে পড়ি গোঙাই জনম।।

পয়ার ছন্দদা উৎলিবা খুদম অসিগুম্না মমৈতাবা ময়েক মান্নবা অদুগা অহানবা পদদা চৈখৈ অমা,অনিশুবা পদ-দনা চৈখৈ অনি চিংবা মতৌ অসি কায়ফদে।

২।**লাচারি ছন্দঃ-**

মসিগী মখল অসিদি মথক্কী পদনা ময়েক ১৬ না শারগা,মখাগী পরেংনা ময়েক ১০ না শাগনি। মওঙদি ৮ শুবা ময়েকতা যতি থমগনি,মখাদা ৮ লৈগনি। মথক্কী ৮ শুবা ময়েক অদুনা ''ন'' না লোম্লবদি মখাগী ৮শুবা ময়েক অদুসু ''ন'' না লোমগনি।

অদুগা ১০ শুবা ময়েক অদুদা ''র'' ময়েক্লা লোম্লগা মাগা থংনবা মথংগী ময়েক ১০ না লেংবা অদুসু ''র'' ময়েক্লা লোমগনি। মথক্কী পরেংদা চৈখৈ অমা,মখাগী পরেংদনা চৈখৈ অনি চিংগনি।

মসিগী খুদমদ্দি:-

যে দেখিবে কৃষ্ণাননা, তার করে দ্বিনয়ন,
বিধি হৈয়া হেন অবিচার।
মোর যদি বল ধরে, কোটি আঁখি তারকরে,
তবে জানি যোগ্য সৃষ্টিতার।।

অসিগুম্বা লাচারি ছন্দ অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা দীর্ঘ ত্রিপদী নত্রগা ছবীছন্দ হায়না কৌই।

৩।**একাবলী ছন্দ ঃ-**

মসি ময়েক ১১ না পদ অমা শাগনি। মমৈগী ময়েক অদু ''ন'' না লোম্লগা মখাগী থংনবা পদ অদুসু ''ন'' না লোমগদবনি। মসিগী খুদমদি-

প্রিয় সহচরি এইত দিন।
নাহি হইয়াছে এখনো ক্ষীন।।
এদিবস গেলে রজনি হবে।
সেই পোহাইবে না জানি কবে।।

লেংলিবা শৈরেং অসিগী মমৈ মমৈগী অরোইবদা ময়েক মান্নবা- ''ন'' গা ''ন''গা ওইরবসু 'ক' গা 'ক' গা ওইরবসু অসিগুম্বা অসিবুনা যুগ্ম তাবা হায়না কৌই। যুগ্ম কায়রবদি ছন্দ কায় হায়দুনা লাইরিক চৎনদে। পদ অমতা লেংবা ৩ না লেংবা ৫ না লেংবা অসুম্না যুগ্ম কায়না লেংবা য়াদে। অদুনা চৈখৈ অমনা ত ংখায়নি, চৈখৈ অনি শুরগনা মপুং ফারে,অসুম্না পুম্নমক্তা লেংগনি। অসিগুম্বা ''একাবলী ছন্দ'' অসিবু কবি অমনদি মমিং পজটিকা ছন্দ হায়নসু কৌনৈ।

৪।মল্লঝাঁপ ছন্দঃ -

মথক্কী পদদা ময়েক ৮, মখাগী পদনা ময়েক ৬ অসুম্না লেংলবদি মল্লঝাঁপ ছন্দ কৌই। ময়েক ৪ শুবদা যতি অমা থমগনি,মথংদা অমুক ময়েক ৪ লৈগনি। মথক্কী ৪ শুবা ময়েকতা 'প' না লোম্নবদি মখাগী ৪ শুবা অদুসু 'প' না লোমগনি। অদুগা মথংগী ,ময়েক ৬ না পদ অমা শারিবা অদুগী অরোইবা ময়েক্না 'ন' না লোমগনি। অসিগুম্বা মতৌবু 'যুগ্ম' কায়দবা কৌই।

মসিগী খুদমদি -

অপরূপ,কৃষ্ণরূপ,না হয় বর্নন।
হরে মন, যেই জন,করয়ে দর্শন।।
নবঘন,সুচিক্কন,অঞ্জন নয়ান।
অঙ্গশোভা,মনলোভা,হরয়ে নয়ান।।

৫। ললিত চতুষপদিঃ-

ময়েক ২৩ না মসিগী পদ অমা শাই। ৬ শুবা ময়েক্তা যতি অমা,মথংগী অমুক ৬ শুবদা যতি অমা,অদুগা অমুক মথংগী ৬ শুবা ময়েক্তা যতি অমা অসুম্না ময়েক মশিং মান্নবা যতি অহুম অসিগী মতুংদা লাক্কদবা ৪ শুবা যতি অদুদি ময়েক ৫ তনা শাগনি। মসিবু ললিত চতুষপদী ছন্দ হায়না কৌই। অসুম্না ৬।৬ শুবা ময়েকশিং অদ (যতি লৈফমশিং অদু ) ময়েক মান্নগদবনি, ওন্নবা যাদে অদুগা যুগ্ম তাদবসু য়াদে।

মসিগী খুদমদিঃ-

সখি দিয়া মন করহ শ্রবন।
নন্দের নন্দন গোকুলে রহে।।
কৃষ্ণ তার নাম অতি অভিরাম
যার কোটিকাম সমান নহে।।

নব ঘন ঘন দলিত অঞ্জন
জীনিয়া চিকন তনুর কাঁতি।।
কলঙ্ক রহিত কলাতে পূরিত
বিধু উপনিত মুখের ভাতি।।

৬। **দুলড়ি ছন্দঃ-**

মসি,ময়েক ১২ না মথক্কী পদদা। লেংলগা মথাগী পদনা ময়েক ৮ না লেংলবদি মদুবুনা ''দুলড়ি ছন্দ'' হায়না কৌই। ৬ শুবা ময়েক্তা যতি অমা,মথাগী ৬ শুবদা অমা। মথক্কী যতি লৈফমদা 'ল' লৈরবদি মথংগী অরোইবা ৬ শুবা ময়েক অদুসু 'ল' লেংগনি। মথংগী ৮ শুবা ময়েক অদুনা ''য়া'' না লোম্লগা মথাগী ময়েক ৮ না শাবা পদ অদুগী অরোইবা ময়েক অদুসু ''য়া'' না লোমগনি,মসিবু যুগ্মক (তুমা) কায়দবা কৌই।
মসিগী খূদমদিঃ-

তবে সখীকুল,কর্পূর তাম্বুল,
লবঙ্গ এলাচি দিয়া।
অতি চমৎকার,তাম্বুল অধার,
লইলেন সাজাইয়া।।

অসিগুম্বা দুলড়ি ছন্দ অসিবু কবি অমনা ললিতা ছন্দ হায়না কৌনবসু য়াওই।

৭। **ষোড়শাক্ষরী কাঞ্চী যমকঃ-**

ময়েক ১৬ না মসিগী পদ অমা শাই ময়েক ৮ দা যতি অমা থমগনি। মথক্কী পদগা মথাগী পদগা অরোইবা ময়েক মান্নহনবা যমক কায়দনা লেংবা অসিগুম্বা শৈরেংবু ''ষোড়শাক্ষরী কাঞ্চী যমক।। হায়না খঙ্গনৈ।

মসিগী খূদমদি-

তবে শুনি বৃন্দা বানী যোগ্যকাল দেখি আর।
আরম্ভিলা সবে বেশ করিবারে রাধিকার।।
কার শক্তি আছে তাহা কহিবারে সবিষেশ।
শেষে সম্ভাসনা নাহি হয় আর কালি কেশে।।

৮। **তোটক ছন্দঃ-**

ময়েক ১২ না পদ অমা শারবদি 'তোটক' ছন্দ কৌই। মসিসু মমৈ মমৈ তাবা ময়েক্তি মান্নগদবনি যুগ্মক ওইদবা য়াদে।
মসিগী খূদমদিঃ-

চনিলা বৃষভানু সুতা গহনে।
ব্রজ ভূপতি নন্দন ভাবি মনে।।
অভিসার সুর্খানিব মগ্নমনা।
মদ মত্ত গজেন্দ্র বধু গমনা।।

৯। **গীতিকা বিশেষ ছন্দঃ-**

মসি ময়েক ১৭ না পদ শাই। ৫ শুবা ময়েক্তা যতি মথংগী ৫ শুবদসু যতি লৈরগা মথংগী ময়েক অদুগা মথংগী পদ অদুগী মমৈগী ময়েক্কা মান্নহনগদবনি। অহানবদা চৈখৈঅমা চিংগনি,অনিশুবদা চৈখৈ অনি চিংগনি গীতিকা বিশেষ ছন্দগী মওঙদি অসিনি।
খূদমদি-

সুন্দরী গুণ দেখহপুন,নিজ জীবন নাথং।
বান্ধব গণ নীলবসন,সুন্দর বটু সাথং।।
বারিদ মদ হারি সুখদ কান্তি মধুর ধামং।
শরদ শশি,রাশি বিকাশি, তুণ্ডবিজীত কামং।।

১০। **পজ্ঝটিকা ছন্দ ঃ-**

ময়েক ১৩ না পদ অমা শাই, পদ অমগা অমগা ময়েক মান্নহনগনি। যুগ্মক কায়হল্লোই। খূদমদি-

শশধর মুখী দেখহ ভালং।
শীতব বদনাম্বুজ দর্শন তৃষ্ণং।।
শ্রমা জন কনিকা শোভিত ভালং।
শিরে চূড়া বেষ্টিত গুঞ্জামণি মালং।।

১১। **ঝুমরী ছন্দঃ-**

মসি ময়েক ৮ না পদ শাগনি,মমৈগী ময়েক মান্নহনগনি,যুগ্মক কায়হল্লোই মসিবু ঝুমরী কৌই। মসিগী খূদমদি-

কহে শুক মুনি রাজা।
ইন্দ্র পাছে না পাই পূজা।।
কোপিলা গোপক অতি।
গর্জ্জে অতি স্বরপতি।।

অসিগুম্বা ঝুমরীগী শৈরেং ছন্দ কয়াদা ঈশ্বরগী কৃপা লৈরবা ভক্ত কবিশিংনা শ্রীরাধা গোবিন্দজীগী লীলা গুণ শ্রী গৌরাঙ্গ নিত্যানন্দ প্রভুগী লীলা গুণ নচিংবা লাইরিক কয়া থোক্লা লেংবিরমদুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রবণ কীর্ত্তণ তৌনরি। লাইরিক থীবা-হায়বা অনি ফম্বীনা নাম শোনবগী কান্নবা ফল - শ্রীলক্ষ্মণ দিগ্বিজয় কৌবা লাইরিক অসি সংকল্প তৌদুনা তাজরগা মান-মানা নীংজবা অদুগী মতুংইন্দুনা মচা ধারা নিবনা, ধারা ফংনৈ,লন, নিবনা লন, ফংনৈ,লায়খুং,কোকনৈ,সিদ্ধি ফংনৈ। মখল অমনা অমুক - গ্রহগীদশা মতুংইন্না মীওইবনা শনি গ্রহগী দশাদা বন

কোয়বা,মচা-মশু কায়নবা,মমা মপা,মাগী রমনী নূপী অঙাংনচিংবা কায়নবা,মশামক শিব য়াবা দশা, লাক্লবদা মহাভারত পুরানগী মনুংদা য়াওবা 'শ্রীবৎস চিন্তা'গী লাইরিক মতাং অদু থীবা-হায়বা তৌদুনা সংকল্প তৌদুনা তানৈ,অরা অনা কোকনৈ।

অমুক মখল অমনা-নূপী ওইবীশিংনা প্রাক-জন্মদা লঙশিল্লকপা কর্ম্মগী ফলনা বিধবা-লুখ্রা যুগ তারবা মপুরোইবা কায়নৌ হায়বা লৈরবদা মহাভারতকী 'সাবিত্রী' সত্যবান অসিগী লাইরিক মতাং অসি থীবা-হায়বা তৌদুনা সংকল্প লোয়না তাজরবদি নূপী মচা অদুগী লুখ্রা যুগ অদু কোক্লুনা চারোন শুরোন তানা মপুরোইবগী সেবা ফংগনি হায়বা অসি ওঝা গুরু পুম্বনা য়াম্না অচেৎপা ওইনা থম্নরি।

মখা অসিদা - মী-মী অদুগী পোকপা নুমিৎ অমসুং রাগ,স্বর,র্বন, ঋতু , পোকফম্নচিংবা ইজরক্কে।

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
|---|---|---|---|---|---|
| বার ৭, | স্বর ৭, | রাগ ৭, | র্বন ৭, | ঋতু৭, | পোকফম ৭, |
| নোংমাইজিং | - ষড়জ | - ভরব রাগ | - রক্তর্বন | - হমেশ | - ব্রহ্মনাভি |
| নিংথৌকাবা | - ঋর্ষভ | - কর্নাটরাগ | - পীতর্বন | - বসন্ত | - হৃদয় |
| লৈপাকপোকপা | - গন্ধার | - হিন্দোল | - র্স্বন র্বন | - গ্রীষ্ম | - ব্রহ্মস্থল |
| য়ুমশকৈশা | - মধ্যম | - দীপক রাগ | - শ্বেত র্বন | - র্বষা | - কণ্ঠ |
| শগোলশেন | - পঞ্চম | - মেঘ রাগ | - শ্যাম র্বন | - শরদ | - মুখ |
| ইরাই | - ধৈবত | - শ্রীরাগ | - শুক্ল র্বন | - হেমন্ত | - তালূ |
| থাংজ | - নিষাদ | - ভৈরবী | - চিত্রর্বন | - শিশির | - নাসিকা |

অসুম্না মী পুম্নমক্কীসু মাগী মাগী পোকইবা (বারগী)মতুংইন্না স্বর,রাগ,র্বন,অমসুং ঋতু খংনগনি।

সঙ্গীত কারশিংনা ঋতু ৬কী মনুংদা হমেশ হায়বা ঋতু অমা পুথোকই(শিশির বসন্ত অনিগী মরক্তা অপিকপা হমেশা কৌবা ঋতু লৈ খংনরি। প্রমাণ্দি অভিজীত নক্ষত্র গুম্বনি। নক্ষত্র ২৭ হায়রগা পকচদুনা লৈবা অভিজীত থারগা ২৮ শুবগুম্না ঋতু তরেৎ শুরে খংনৈ।

ঋতু তরুকনা অহিং নুংখিল পুং ২৪ দা পুং ৪।৪ থোক্লা পুবগী মরম হায়রিঃ-

১। বসন্ত ঋতুনাঃ-অয়ুক পুং ৩ দগী পুং ১১ ফাওবতা পুরি । কফ,পিত্ত ওইনা ঋর্ষভ ষড়জ স্বর অনিনা ওই।

২।গ্রীষ্ম ঋতুনাঃ-অয়ুক পুং ১১দগী নুংখিল পুং৩ ফাওবা,পিত্ত অবস্থা ওইনা নিশাদ স্বরনা পুরি।

৩। বর্ষা ঋতুনাঃ-দিন পুং৩ দগী দিন পুং ৭ ফাওবা বাতগী মশক ওইনা নিষাদ স্বরনা পুরি।

৪। শরদ ঋতুনাঃ- নুংখিল পুং ৭তগী সন্ধ্যা মতুং পুং ১১ রাত্রি ফাওবা, বাত,পিত্ত অবস্থা ওইনা গন্ধার ধৈবত স্বর ২না পুরি।

৫। হেমন্ত ঋতুনাঃ- অহিং পুং ১১ দগী অহিং পুং ৩ তাবা ফাওবা কফ,পিত্ত, অবস্থা ওইনা পঞ্চম স্বরনা পুরি।

৬। শিশির ঋতুনাঃ-অহিং নোংয়াই মতুং পুং ৩ তাবদগী অয়ুক পুং ৭ ফাওবা কফ,বাত মশক ওইনা মধ্যম স্বর,ঋর্ষভ,অমসুং ধৈবত স্বর অহুম অসিনা পুরি।

মরম অসিনা মখোঞ্জেল অফবা মীসু পুং ২৪ চুপনা মখোন ফত্তে,পুংফম মতুং ইন্না,মরম অসিনা পুংফমগী ঋতু মশক খংনা খুরু মজরবদি খোঞ্জেল থোকপা য়াগনি খংনরি ।

**বার ৭ স্বর ৭ রস ৬ অমসুং গুণ অসিগী মখল হায়রি)**

১।রবিবারঃ- ''ষড়জ''স্বর,সত্ব গুণ,অফকপা রস ওই। অদ্ভুত রস,বীর রস,অমসুং রৌদ্র রস ৩ অসিনা ওই।

২। সোমাবারদিঃ- ''ঋর্ষভ''স্বরনি,সত্ত্ব গুণনি,অয়াকপা রসনি,অদ্ভুত রস,বীর রস,অমসুং রৌদ্র রস,অহুম অসিনা ওই।

৩। মঙ্গলবার ঃ- ''গন্ধার'' স্বরনি,তম গুণনি,অখাবা রসনি। করুণা ওইবা রসদা ওইগনি।

৪। বুধবারদিঃ- ''মধ্যম'' স্বরনি,রজগুণনি,অফকপা অমসুং অথুব্বা রসগা যান্নগনি। হাস্য, শৃঙ্গার রসনি।

৫। বৃহস্পতি বার ঃ- ''পঞ্চম''স্বর সত্ব গুণনি,অথুব্বা রসনি। হাস্যশৃঙ্গার রসদা ওইগনি।

৬। শুক্র বারদি ঃ- ''ধৈবত''স্বরনি,রজ গু ণ অমসুং অশিনবা রসনি। বীভৎস অমসুং ভয়ানক রস ওইগনি।

৭। শানিবারদিঃ- ''নিষাদ''স্বর, তম গুণ অখাবা রসনি। করু ণ রস ওইগনি।

## নুমিৎ নুমিৎকী পুবা রাগশিংঃ-

| | | |
|---|---|---|
| ১। মালব রাগঃ- | রবিবার | -নোংমাইজিংদা পুগনি। |
| ২। মল্লার রাগঃ- | সোমবার | -নিংথৌকাবদা পুগনি। |
| ৩। শ্রীরাগঃ- | মঙ্গলবার | -লৈপাকপোকপাদা পুগনি। |
| ৪। বসন্ত ঃ- | বুধবার | -য়ুমশকৈশদা পুগনি। |
| ৫। হিল্লোলঃ- | বৃহস্পতি | - শগোলশেন্দা পুগনি। |
| ৬। কর্ন্নাটকঃ- | শুক্রবার | - ইরাইদা পুগনি। |
| ৭। শনিবার ঃ- | থাংজদা | -পুর্ব্বী রাগিণী ওই। |

মসি সঙ্গীত সাগর,সঙ্গীত পারিজাত,সঙ্গীত রত্নাকর অমসুং রাগ দর্শন অসিনচিংবগী মত নত্তে,কেচিৎকী মত থোকলে। মরম,পুর্বী রাগিণী হায়বসিদি রাগ পুরুষ ৬ কী মমৌনি। মকুগী মরক্তা মমৌ লৈবা হায়বসি কেচিৎ মত ওইরে। রাগিণী খৈবিক্কী মকোক ওইবী ভৈরবীনা শনিবার(থাংজদা)দা পুঁবনা মতিক চাই পুগদবনি হায়বা প্রমান পিরি।

**রাগ পুরুষ ৬ না পুগদবা মতমঃ-**

| | |
|---|---|
| ১। মালব রাগ ঃ- | অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ তাবা ফাওবা। |
| ২। মল্লার রাগঃ- | অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং১২ তাবা ফাওবা। |
| ৩। শ্রীরাগ ঃ- | অয়ুক পুং১২ দগী নুংথিন পুং৪ তাবা ফাওবা। |
| ৪।বসন্ত রাগঃ- | নুংথিল পুং ৪দগী নুংথিন পুং ৮ তাবা ফাওবা। |
| ৫। হিল্লোল রাগঃ- | অহিং পুং ৮ দগী অহিং পুং ১২ তাবা ফাওবা। |
| ৬। কর্ণাটক রাগঃ- | অহিং পুং ১২দগী অয়ুক পুং৪ তাবা ফাওবা। |

অসুম্না রাগ ৬ কী পুংফম নাইনা হৌদুনা শক শোনগদবনি। অহানবদা মালব রাগনা হৌরগা শকপা লোইখ্রগা । মী অমনা শক-শোল্লকপদা মথাগী রাগ হৌদুনা শোনগনি। মসিগী মথাদা মশা মশাগী রাগিণী শিং মথং-মনাও নাইনা শক-শোনগনি। মশাগী নত্তবা অতোপ্পা রাগ-রাগিণী লামশিন্দুনা শক-শোল্লবদি অমাঙবা ওই।

মরম অমদি মতম চাদনা রাগ হৌবা য়াদবা পুংফম কায়বা য়াদবা রাগনি। রাগ হৌবদা মৈ হৌদুনা চাকপা, নোংতাবা,নুংশিৎ শিৎপা ইমুংগী অমদি কর্ম্মধারিগী অরাবা নংবা,শক-শোল্লীবা মশামক শিবা অসিগুম্বা ওইবদগী রাগ-রাগিণী কায়দনা পুংফম চানা হৌরগা শক-শোল্লবদি অফবা-লন ফংবা,নুংঙাইবা জীবগী লান্নবা ওই। অসুম্না মহর্ষিশিংগী বাক্য লৈবদগী রাগ পুরুষ হৌরবদি মতুংদা, মতুংইনবী রাগিণী অমসুং মশাগী ওইবা সখা-সখী-বাহন্নচিংবা চথগনি। অসুম্না সঙ্গীত শাস্ত্রনা হায়রি।

## (থা১২ রাগ পুরুষ ৬কী মশিং ঋতু মাস।)

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। মালবঃ- | শরদ ঋতু | - আশ্বিন | - কার্ত্তিক | - লাংবন - | মেরা |
| ২। মল্লারঃ- | শিশির ঋতু | - মাঘ | - ফালগুণ | - ৱাকচিং - | ফাইরেন |
| ৩।শ্রীরাগঃ- | বসন্ত ঋতু | - চৈত্র | - বৈশাখ | - লমতা - | শজিবু |
| ৪।বসন্তঃ- | গ্রীষ্ম ঋতু | - জৈষ্ঠ | - আষাঢ় | - কালেন - | ইঙা |
| ৫।হিল্লোলঃ- | হেমন্ত ঋতু | - আঘ্রায়ন - | পৌষ | - হিয়াঙ্গৈ - | পোইনু |
| ৬।কর্নটিকঃ- | বর্ষা ঋতু | - শ্রাবন - | ভাদ্র | - ইঙেন - | থৱান |

## মত অমদা লৈবা রাগ পুরুষ ৬ না থা ১২ দা পুবগী মরম হায়রি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। মালব রাগ ঃ- | শজিবু | - কালেন | - নোংহৌথা |
| ২। মল্লার রাগঃ- | ইঙা | - ইঙেন | - নোংজু-থা |
| ৩। শ্রীরাগঃ- | থৱান | - লাংবন | - ওলাং-থা |
| ৪। বসন্তঃ- | মেরা | - হিয়াঙ্গৈ | - নিংথম-থা |
| ৫। হিল্লোলঃ- | পোইনু | - ৱাকচিং | - নাকেন-থা |
| ৬। কর্নাটকঃ- | ফাইরেন | - লমতা | - য়েন্নিং-থা |

রাগ পুরুষ ৬ না থা ২।২ পুনবা অসিগী মনুংদা বসন্ত রাগদিঃ- ফাইরেন-লমতা য়েন্নিংথা ২ দা পুবনা য়াম্না চূনৈ হায়বা অসুম্না মহর্ষিশিংগী বাক্য লৈবদগী বসন্ত রাগ অসি ফাইরেন-লমতা থা ২ অসিদা পুগনি হায়না সঙ্গীতকারশিংনা হায়রি।

## রাগ পুরুষ ৬কী মমিং ঋতু,মাস খংনবা হায়রী ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। মালব রাগ | - শরদ | আশ্বিন - কার্ত্তিক | অক্টোবর-নবেম্বর |
| ২। মল্লার রাগ | - শিশির | মাঘ - ফালগুন | ফেব্রুয়ারী-মার্চ্চ |
| ৩। শ্রীরাগ | - বসন্ত | চৈত্র - বৈশাখা | এপ্রিল-মে |
| ৪। বসন্ত | - গ্রীষ্ম | জৈষ্ঠ -আষাঢ় | জুন- জুলাই |
| ৫। হিল্লোল | - হেমন্ত | আঘ্রায়ন-পৌষ | ডিসেম্বর-জানুয়ারী |
| ৬। কর্নট | - বর্ষা | শ্রাবন -ভাদ্র | আগষ্ট- সেপ্তেম্বর |

১। মালব রাগ - শরদ - আশ্বিন - কার্ত্তিক - লাংবন,মেরা,থা ২পুই
২।মল্লার রাগ - শিশির - মাঘ -ফালগুন -ৱাকচিং,ফাইরেন থা ২ পুই
৩।শ্রীরাগ - বসন্ত - চৈত্র -বৈশাখা -লমতা, শজিবু থা ২ পুই
৪।বসন্ত রাগ - গ্রীস্ম - জৈষ্ঠ - আষাঢ় -কালেন,ইঙা থা ২ পুই
৫।হিল্লোল রাগ- হেমন্ত - আঘ্রায়ন-পৌষ - হিয়াঙ্গৈ,পোইনু থা ২ পুই
৬।কর্ন্নাট রাগ- বর্ষা - শ্রাবন - ভাদ্র -ইঙেন,থৱান থা ২ পুই।।

রাগ পুরুষ ৬ না পূবা পুংক্ময়ঃ-

১। মালব রাগনা :- অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ তাবা ফাওবা পুরি।
২। মল্লার রাগনা:- অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং১২ তাবা ফাওবা পুরি।
৩। শ্রীরাগ :- দিন পুং ১২ দগী নুংথিল পুং ৪ তাবা ফাওবা য়াই।
৪। বসন্ত রাগ:- নুংথিল পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ তাবা ফাওবা য়াই।
৫। হিল্লোল রাগ:- অহিং পুং ৮দগী রাত্রি পুং ১২ য়াই।
৬। কর্ন্নাট রাগ :-অহিং পুং ১২দগী অয়ুক পুং ৪ ফাওবা য়াই।

(শ্রীরাগদি নুংথিল পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা য়াই হায়নসু সঙ্গীত বিচারনসু হায়রি)।

**রাগ পুরুষ ৬ না পুবা মওংসি অসুম্না পুনবা মতসু লৈ। মদুদিঃ-**

ফাইরেন লমতা থা অনি অসিদি বসন্ত রাগনা পুবনা য়াম্না চুনৈ,মরম অসি লৈবনা মহর্ষিশিংনা থা ২ অসি বসন্ত রাগনা পুগনি হায়বা লৈ। বসন্ত রাগ অসি শ্রীপঞ্চমীদগী কৃষ্ণ জন্ম ফাওবদা শক্কনি হায়নসু রাগ রত্নাকরনচিংবনা হায়-হায়না পণ্ডিতশিংনা লৌখৎনৈ।

**রাগ-রাগিণী শিংনা পুগদবা মতমশিং অমসুং পুংশিং সুগাইনা হায়রিঃ-**
**মালব রাগ-রাগিণীশিংঃ-**

**ক। নোংমাইজিং নুমিৎতা পুগদবা রাগদি মালব রাগনি মশাগী রাগিণীগম্ম পুগনি।**

১। ধানসী রাগিণী:-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা পুগনি।
২।মানসী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা পুগনি।
৩। রামকেলী রাগিণী:-দিন পুং ১২ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাওবা পুগনি।
৪। সিন্ধুড়া রাগিণী:-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা পুগনি।
৫। আশাবরী রাগিণী:-অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ ফাওবা পুগনি।
৬। ভৈরবী রাগিণী:-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং৪ ফাওবা পুগনি ।

**খ।নিংথৌকাবা নুমিৎতা পুগদবা মল্লার রাগ অমসুং মশাগী রাগিণীশিংঃ-**

১। বেলাবলী রাগিণী:- অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ তাবা ফাওবা পুরি।
২। পূরবী(প্রবরা)রাগিণী:- অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ তাবা ফাওবা।
৩।কানড়া রাগিণী :- দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ তাবা ফাওবা পুরি।
৪।মাধবী রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ তাবা ফাওবা পুরি।
৫।কোড়া রাগিণী :- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ তাবা ফাওবা পুরি।
৬।কেদারিকা রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ তাবা ফাওবা।

**গ। লৈপাকপোকপা নুমিৎতা পুগদবা শ্রীরাগ অমসুং মশাগী রাগিণীশিংঃ-**

১।গন্ধারী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ তাবা ফাওবা পুরি।
২। সুভগা রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ তাবা ফাওবা পুরি।
৩।গৌরি রাগিণী :-দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ তাবা ফাওবা পুরি।
৪।কৌমারী রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ তাবা ফাওবা পুরি।
৫। বেলোয়ারী রাগিণী:- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ তাবা ফাওবা ।
৬। বৈরাগী রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ তাবা ফাওবা পুরি।

**ঘ। যুমশকৈশা নুমিৎতা পুগদবা বসন্ত রাগ অমসুং মশাগী রাগিণীঃ-**

১।তুড়ী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা পুগনি।
২। পঞ্চমী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা পুগনি।
৩।ললিতা রাগিণী :-দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ ফাওবা পুগনি।
৪। পঠমঞ্জরী রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা পুগনি।
৫। গুর্জ্জরী রাগিণী:- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ ফাওবা পুগনি।
৬। বিভাষা রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ ফাওবা পুগনি।

**ঙ।শগোলশেন নুমিৎতা পুগদবা হিল্লোল রাগ অমসুং মশাগী রাগিণীঃ-**

১।মায়ুরী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা।
২। দীপিকা রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা।
৩।দেশকারী রাগিণী :-দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ ফাওবা।
৪। পাহিড়া রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা।
৫। বরাড়ি রাগিণী:- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ ফাওবা।
৬। মারহাটী রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ ফাওবা।

**চ। ইরাই নুমিৎতা পুগদবা কর্নাট রাগ অমসুং মশাগী রাগিণীঃ-**

১।নাটিকা রাগিণী :-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা
২। ভুপালিকা রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা
৩।রামকেলী রাগিণী :-দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ ফাওবা
৪। গড়া রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা
৫। কামোদ রাগিণী:- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ ফাওবা
৬। কল্যানী রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ ফাওবা

## ছ। থাংজ নুমিত্তা পুগদবা

থাংজ নুমিত্তা :-পুগদবা রাগশিংদি মালব রাগগী রাগিণী অহন ''ভৈরবী''না পুগনি হায়বসি মত অমদা রাগিণী ৩৬ কী অহন্দি ধানসীনা ওইবনিনা থাংজদা ধানসীনা পুবনা মতিক চায় হায়না গুরু জনশিংনা হায়নবসু লৈ।

থাংজ নুমিৎতা ঃ-ভৈরবীনা পুবা,ভৈরবীদি রাগিণী ওইবনা মালব রাগগী রাগিণীশিংগা লেইননা পুগনি।

মদুদিঃ-

১।ধানসী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৪ দগী অয়ুক পুং ৮ ফাওবা।
২। মানসী রাগিণী :-অয়ুক পুং ৮ দগী অয়ুক পুং ১২ ফাওবা।
৩।রামকেলী রাগিণী :-দিনপুং ১২ দগী নুংথিন পুং ৪ ফাওবা।
৪।সিন্ধুড়া রাগিণী :-নুংথিন পুং ৪ দগী রাত্রি পুং ৮ ফাওবা।
৫। আশাবরী রাগিণী:- অহিং পুং ৮ দগী রাত্রি পুং ১২ ফাওবা।
৬। ভৈরবী রাগিণী :-অহিং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ৪ ফাওবা।

মতৌ অসুম্না নুমিৎ ৭নিগী পুফম থোকপা মওঙ ইজরি।মালব রাগদি রাগ পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইবনা নুমিৎ ৭নিদা পুবতা নত্তনা মতম পুম্নমক্তা অমসুং অহৌবা খুদিংগী মালব রাগনা লৈগনি অমসুং হৌগনি। মসি লাইরিক থীবা হায়বা সংকীর্ত্তনগী চৎনবীনি। মসি থক্কী গুরু জনশিংনা চৎনরম্মী।

### রাগ-রাগিনীশিংগী শক্কদবা মতমশিং:-

**দামুদরনা হায়ঃ-**

ললিত,পঠমঞ্জরী,বিভাষা,ভৈরবী,কামোদ,মখোই অসি অয়ুক্তা শক্কনি। কর্নাট,মালব,নুমিদাংবাইরমদা শক্কনি। নটনাচিংবা লেমহৌরিবাশিংদি মতম খুদিংদা শকপা য়াই। হিল্লোল,বসন্ত,অনিনা বসন্ত মতমদা য়াম্না চুনৈ। নাট,গৌরী,বরাড়ী,গুজ্জরীদি অয়ুক্তা শক্কনি। ভৈরবী,ললিলত ২দি নুমিদাংবাইরমদা শকপা য়াদে।

**পঞ্চম সার সংহিতাদদিঃ-**

বিভাষা, ললিত, কামোদ, পঠমঞ্জরী, রামকেরী, রামকেলী, বেলোয়রী, গুজ্জরী, গড়া, দেশকারী, সুভগা, পঞ্চমী, তুড়ী, ভৈরবী, কৌমারী, শিংশি অয়ুক্তা শক্কনি। অদুগা-ময়ুরী, কোড়া, বৈরাগী, ধানসী, বেলাবনী, মারহাটীদি নুমিৎয়ুংবদা শকপা য়াই হায়না ভরতনা হায়রম্মী। গান্ধারী, দীপিকা, কল্যানী, পুরবী, আশাবরী, কানাড়া, গৌড়ি, কেদার, পাহিড়া, মাধবী, মানসী, নাটা, ভুপালী, সিন্ধুরা মথোয় অসি নুমিৎ তাখ্রগা শক্কনি। মেঘ-মন্নারদি-নোংজুথাদা শক্কনি। ভৈরবীদি নুমিৎ মঙান্দগী পোকপনিনা অয়ুক্তা শকপা মী অদুদি নুংঙাই-য়াইফবা ফংই। নট্ট, কর্নাটি, রামকেরী, মথোইশিদি থাদগী পোকপনি মথোইশিং অসি অহিংদা শক্লবদি লন-থুম মরাং কায়না ফংই।

গীত গোবিন্দদা হায়বদি-গুজ্জরী অয়ুক্তা শক্কনি। কর্নাটি, নাট ২নি অসি নুমিৎ য়ুংবদা ভৈরব শক্কনি।

সঙ্গীত কৌমুদিদা হায়বদি:- বসন্ত হেক লোইদ্রিবা ফাওবদি বরাড়ী, কর্নাটি, নাট, য়াচঙবদা শক্কনি। শ্রীরাগ, মালব, ২ নি অসিদি শকনিংবা মতমদা শকপা য়াই। ইন্দ্র পূজাদগীনা, দেবী-পূজা মতম ফাওবদা মালব অমসুং শ্রী রাগ অনি অসি শকপা য়াই। অদুম ওইনমক অয়াম্বা গুরুশিংনা (ঈশৈ) শক-শোনবা মতম তাকপদা হায় মদুদি -লৈবাক-লৈবাক্কী মাগী-মাগী শক-শোনবা ওঝাশিংনা তৌনরকপা চৎননবী অদু অদুম্মক ঙাক্ল গদবনি নিংথৌগী অয়াবা য়াথংবু ফংলবদি ঈশৈ শকপা-শোনবা রাগ-রাগিনী পুম্নমক অসিগী মতম কায়বা-কায়দবগী দোষ লৈতে হায়না সঙ্গীত দামুদোর, রাগ-রত্না করনাচিংদা ময়েক লানা ইদুনা থম্বিরম্মী।

**শকপা-শোনবদা কায়খি-লানখিবা য়াওদ্রবদিঃ-**

সুরসা রাগ-অমদি গুজ্জরী অনিগী মরক্তা অমা হৌরবদি দোষ কোকই। মরম অমনা শ্রীহরিদা নত্রগা মহাদেবদা খুরুমজগনি। অহৌবা-অরোইবদা লানখিবা অমসুং তারিবা অনিমক্কী দোষ কোকই হায়না রত্না মালা কৌবা লাইরিক্তা হায়রি।

**পত্র কৌমুদি অমদি,সঙ্গীত দামোদর লাইরিকশিংদা হায়রিঃ-**

মদুদি:- শক-শোনবদা ময়েক ৱাৎপা অমদি হেন্না,অনেম-অৱাং কায়না শোল্লগা ৱাহৈ খুদিংগী ঈশ্বরবু চৈবনি প্রাথনা নত্তে,মাঙনবা মশক্কী। ময়েক ৱাৎনা অমদি হেন্না শোল্লগা মীদু ক্বাক ওইনা পোকই। রাগ কায়রগা অঙ্গ হীন ওই,মমিত্তা,মখোঙদা,মখুত্তা সৈনাইবা ওইদুনা পোকই। রস কায়না শক শোল্লগা উঠকৌবা শা অদু ওল্লি(অতোনবা) ওইনা পোকই। হ্রস্ব স্বরদা কায়রগা,মচাদা অশোয়-অঙাম পী। দীর্ঘ স্বরদা কায়রগা মসুদা সৈনাই,প্লুতদা কায়রগা মশামক পুন্সিদে অবমৃত্তু চৎলি। মরম অসিনা লাই-গুরু শিংনা য়াম্না কিনা-লুনা ঙাক্লুরম্মী।

**দুখ দশা নিবারণ(চুকশা রাগ)গী মরমশিং হায়রি ঃ-**

দুখ দশা নিবারণ (চুকশা রাগ) ''ধানসী''রাগিণীবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা শ্রীহরি খুরুমজরগা শক শোঞ্জরবদি মী অদুগী খুদোং থীবা কয়া মরু মদগী কোক্তুনা নুংঙাই য়াইফবা,পুন্সি নুংশাংবা ওই হায়না গুরু জনশিংনা য়াম্না লুনা তাকপিরম্মী।মখাদা:- শ্রী রাগ,নট্ট,পঠমঞ্জরী ৩ অসিসু দুখ দশা নিবারনগী মনুং চন্না লৈবনি হায়না থম্বীরম্মী।

রাগ-রাগিণীশিং অসি সখী ৮ দা অমুক পুনবগী অমসুং ওইরকপগী মরম হায়রীঃ-

১। মালব রাগনা - ললিতা সখী।
২।মল্লার রাগনা - বিশাখা সখী।
৩। শ্রী রাগনা - চিত্রা সখী।
৪।বসন্ত রাগনা - ইন্দুরেখ সখী।
৫। হিল্লোল রাগনা - চম্পক লতদা সখী।
৬। কর্নাট রাগনা - রঙ্গদেবী সখী।
৭। ধানসী রাগনা - তুঙ্গ বিদ্যা সখী।
৮। পরবী রাগনা - সুদেবী সখী সখী।

| সখীরনাম | র্বণ | বস্ত্র | সেবা | ভাব | কুঞ্জ | বয়স |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ললিতা | গোরোচনা | ময়ুর পুচ্ছ | তাম্বুল | খণ্ডিতা | বিদ্যুৎ র্বণ | ৪।২।১৪ |
| বিশাখা | বিদ্যুৎ | তারাবলী | র্কপুবাদি | স্বাধীন ভর্ত্তিকা | মেঘ র্বণ | ৪।২।১৫ |
| চিত্রা | কাশ্মীর | কামপ্রভা | বস্ত্রালঙ্কার | দিবা ভিসারিকা | কিঞ্জল্ক-র্বণ | ১৪।২।১৬ |
| ইন্দুরেখা | হরিতাল | দাড়িম্ব কুসুম | নৃত্য | প্রোষিত ভর্ত্তিকা | স্বর্ণ র্বণ | ১৪।২।১৯ |
| চম্পকলতা | চম্পক | চাষ পক্ষী র্বণ | চামর | বাসক সজ্জিকা | তপ্ত স্বর্ণ র্বণ | ১৪।২।১২ |
| রঙ্গদেবী | পদ্মারঞ্জকা | জবা কুসুম র্বণ | অলক্ত | উৎকণ্ঠিতা | শ্যাম র্বণ | ১৪।৩।২০ |
| তুঙ্গ বিদ্যা | চন্দ্র কুসুম | পাণ্ডু র্বণ | গীত বাদ্য | বিপ্রলব্ধা | অরুণ র্বণ | ১৪।২।১৩ |
| সুদেবী | স্বুন র্বণ | প্রবাল র্বণ | জল সেবা | কলহন্তরিতা | হরির্দ্বণ | ১৪।২।১৮ |

শ্রী কৃষ্ণগী কিশ্বরঃ-বয়ম ১৫।৯।৬ নি।
শ্রীরাধাগী নীত কিশ্বরঃ- বিয়ম ১৪।২।১৭ নি।

সহস্র দলের উপদলের ষোলিজন

| | অষ্ট সখী | কোন দিকে | অষ্ট মঞ্জরী | প্রিয় নর্ম্ম সখী |
|---|---|---|---|---|
| ১ | ললিতা | উত্তরে | অনঙ্গ মঞ্জরী | লবঙ্গ মঞ্জরী, রূপ মঞ্জরী। |
| ২ | বিশাখা | ঈশানে | মধুমতী মঞ্জরী | রস মঞ্জরী, গুণ মঞ্জরী । |
| ৩ | চিত্রা | পূর্ব্বে | বিমলা মঞ্জরী | রতি মঞ্জরী, ভদ্র মঞ্জরী। |
| ৪ | ইন্দুরেখা | অগ্নিকোনে | শ্যামলা মঞ্জরী | লীলামঞ্জরী, বিলাস মঞ্জরী। |
| ৫ | চম্পকলতা | দক্ষিনে | পলিকা মঞ্জরী | বিলাস মঞ্জরী, কেলী মঞ্জরী। |
| ৬ | রঙ্গদেবী | নৈঋতে | মঙ্গলা মঞ্জরী | কুন্দ মঞ্জরী, মদন মঞ্জরী। |
| ৭ | তুঙ্গবিদ্যা | পশ্চিমে | ধন্যা মঞ্জরী | অশোক মঞ্জরী, মঞ্জুলাল মঞ্জরী। |
| ৮ | সুদেবী | বায়ুকোনে | তারকা মঞ্জরী | সুধা(সুরা)মুখী মঞ্জরী, পদ্ম-মঞ্জরী। |

অসুম্না রাগ-রাগিণীশিং অসি শ্রী রাধা-গোবিন্দ, কুঞ্জ সেবাদা সখী মঞ্জরীগী মশক ওইনা অমসুং সখীগী মশক লৌজরগা (চঙজরগা) শ্রীগুরু প্রনালিকা লৌজদুনা তত্ত্বনা ২ গী সেবা ফংজগনি।

শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু ব্রজেন্দ নন্দন স্বীকৃত রাধা ভাব কান্তি তদনুগত। শ্রীলোকনাথ ঠাকুর, তদনুগত শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয় তদনুগত। শ্রীগুরু প্রনালিকা মতুংইন্না মনিপুর সনা লৈবাক শীনবা থুংনা তত্তনা ঙসি ফাওবা চৎনরি। শ্রীগুরু চরণ কৃপানা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী কুঞ্জসেবা ফংজগনি।

নোংমা (পুং ২৪-দণ্ড ৬০)চুপ্পা শান্নরিবা শ্রীগৌরাঙ্গগী শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অষ্টকাল লীলাবু দণ্ডাত্মিকা পুং ৬০ দগী, ষ্টৈণ্ডডিগী পুং ২৪ দা ওহোক্লগা চাওরাক্লা মতমগা চান্নবা নিংশিংজনবগী অমসুং সেবাগীদমক্তা মঞ্জরী নির্নয় লোইননা শ্রী গুরু প্রনালিকাভজন খরদং মখাদা ইজবনি, মসিদা অরান অহুই ঙাকপীউ, তোল্লবনা খুরু মজরি।

**শ্রীগুরু প্রনালিকা স্মরণঃ-**

**মঙ্গলা চরণ**

বন্দেহং শ্রীগুরোঃশ্রীযুত পদ কমলং শ্রীগুরূণ বৈষ্ণবাংশ্চ,
শ্রীরূপং সাগ্রজাতং সহগণরঘুনাথন্বিতং তং সজীবং।।
সাদ্বৈতং সাবধুতং পরিজন সহিতং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেবং,
শ্রীরাধা কৃষ্ণ পদান সহগণ ললিতা শ্রীবিশাখান্বিতাংশ্চ।।

**অর্থঃ-**

ঐনা খুরুমজরি শ্রীগুরুচরণ থম্বানবু,শ্রীগুরুখিবিকপু বৈষ্ণবশিংবুসু।
ময়াম্বা লোইনবা শ্রীরূপপু,কাংলুপসু পুল্লবা অদুগুম্বা জীববুসু।।
অদ্বৈত অবধুত লোইনবা মাগী ওইবশিংসু লোইনবা চৈতন্যবু।
মাগীশিংনা তিল্লবা শ্রীললিতা বিশাখানা তিল্লবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ চরণবু।।

শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভো শ্চরণ য়োর্যা কেশ শেষাদিভিঃ
সেবা গম্যতয়া সভক্ত বিহিতাসান্যৈর্যয়া লভতে।।
তাং তম্মানসিকীং স্মৃতিং প্রথয়িতুং ভাব্যাসদা সত্তমৈ।
নৌমি প্রত্যহিকং তদীয় চরিতং শ্রীমন্নবদ্বীপজং।।

**অর্থঃ-**

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী চরণ অদুগুম্বা ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবশিংনা।
ফংঙমদ্রবা সেবাবু তত্তনা থৌগনজবা মনাই ভক্তশিংদা চংজরবা।।
মী অদুমক্তনা ফংজগদবা অদুগুম্বা পুক্নিংগী সেবাবু শন্দোকপীরবা।
সাধুশিংমক্তনা তত্তনা থৌগল্লবা শ্রীগৌরাঙ্গগী লমচৎপু খুরুমজরি।।

## শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল(লীলা)সেবা

রাত্র্যান্তে শয়নোত্থিতং সুরসরিৎ স্নাতোবভৌ যং প্রগে।
পূর্ব্বাহ্নে স্বগনৈর্ল সত্ত্ব পবনে তৈর্ভাতি মধ্যাহ্নকে॥
যং পুর্য্যামপরা হ্নকে নিজ-গৃহে সায়ং গৃহ্নে থাঙ্গনে।
শ্রীবাসস্য নিশামুখে নিশিবসন গৌর স নো রক্ষতু॥

**অর্থঃ-**

নোংগ্রাল্লমদাই তুম্ব নোংঙাল্লকপদা য়াকাইরল্লগা মহাক্না গঙ্গদা চাইথবা। অয়ুক্তা মাগীশিংগা শান্নবা নুমিৎ য়ুংবদা মাধবী বন্দা মাগীশিংগা ঙাম্মিন্নবা॥ মানা নুংখিলদা য়ুম-খিবিক্ত য়াচংবদা মন্দিরদা সেবা তৌবা শ্রীবাসগী মাঙ্গোন্দা।নুমিদাংসু, অহিংসু লেপ্না লৈররবা পাংলবা গৌরাঙ্গনা ঐখোইবু ঙাকপীসনু

## শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল সেবা

পুং ৩-৩৬ নিশান্ত (নোংঙাল্লমদাই)দা শ্রীবাসগী লৈকোন্দা মঙ্গলারতি সেবা।
পুং৮-২৪ প্রাত (নোংঙানবা)দা মন্দিরদা লুক-কৎপা আরতি সেবা।
পুং ১০-৪৮ পুর্ব্বাহ্ন (অয়ুক্ত)শ্রীবাসগী লৈকোন্দা ভক্তশিংগা লেংবা।
পুং ১২- মধ্যাহ্ন(নুমিৎয়ুংবা)দা শ্রীবাসগী লৈকোন ষড়ঋতুবন্দা বন্য ভোজন আরতি সেবা।
পুং ৬-অপরাহ্ন(নুমিদাংৱাই)দা মন্দিরদা ভক্তশিংগা লেংলকপা।
পুং৮-২৪ সাযাহ্ন (য়াচংবা)দা লুক-কৎপা আরতি সেবা।
পুং১০-৪৮ প্রদোষ(নুমিদাং)দা শ্রীবাসগী লৈকোন ষড়ঋতুবন্দা লেংবা।
পুং ১২- নক্ত(অহিং নোংয়াই)দা শ্রীবাসগী লৈকোন্দা সংকীর্ত্তন বন্যভোজন আরতি সেবা। অসুম্না নিতি নুমিৎ খুদিং শ্রীগৌরাঙ্গবু নিংশিংজগনি।

## বন্দনা

শ্রীরাধা প্রাণ বন্ধোশ্চরণ কমলয়োঃকেশ শেষাদ্যগম্য।
য সাধ্যা প্রেমসেবা ব্রজচরিত পরৈগার্ঢ় লৌল্যৈ লভ্য।।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা যয়াতাং প্রথয়িতু মধুনা মানসীমস্য সেবাং।
ভাব্যাং রাগান্ধ পন্থে র্ব্রজ মনুচারিতং নৈতিকং তস্য নৌমি।।

অর্থঃ-

ব্রহ্মা মহাদেবনচিংবনা ফংঙমদ্রবা শ্রীরাধা প্রাণবন্ধু শ্রীচরণথম্বানগী,অদুগুম্বা প্রেম সেবা সাধ্যাবু ব্রজনলমচত্তা চেৎনা পামজবতনা লেপ্পা ফংজরিবা,ব্রজবাসীদা চংজরগা রাগ পথদা চৎলবা য়াইফবনা লেপ্পা থৌগঞ্জগদবা,অসিগুম্বা পুক্নিংগী সেবা অসিবু হৌজিক শন্দোকইবা মাগী চরণদা খুরু মজরি।

## শ্রীরাধাকৃষ্ণ অষ্টকাল লীলা

কুঞ্জাদ্যোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরু তে দোহনায়াশানদ্যাং।
প্রাতঃসায়াঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃসঙ্গবে চারয়ণ গাঃ
মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধায়াদ্ধপরাহ্নে।
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃস কৃষ্ণোহবতান্ন।।

অর্থঃ-

কুঞ্জদগী মন্দিরদা লেংসনবা নোংঙাল্লমদাইদা,শঙ্গোম শুম্বা লুকহাবা,নোংঙানবগা য়াচংবদা,মতাওশিংগা ষণ সেন্দুনা শান্নমিন্নবা,অয়ুক্তা,নুমিৎয়ুংবদাঅহিংদসু রাধাগা বন্দা শান্নমিন্নবা নুংখিন্দা ষনগারকপা,নুমিদাংদা চান্নবশিংগা নুংঙাইমিন্নবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোইবু ঙাকপীসনু।

## শ্রীরাধা কৃষ্ণ অষ্টকাল সেবা ঃ-

পুং ৩-৩৬ নিশান্ত (নোংঙাল্লমদাই)দা নিভৃত নিকুঞ্জ মন্দিরা মঙ্গলারতি সেবা।
পুংচ-২৪ প্রাত (নোংঙানবা)দা লুঁক-কৎপা সঙ্কেত কুঞ্জদা আরতি সেবা।
পুং ১০-৪৮ পুর্ব্বাহ্ন (অয়ুক)দা সখাশিংগা বন্দা ষণ সেনবা লেংবা।
পুং ১২- মধ্যাহ্ন(নুমিৎযুংবা)দা শ্রীরাধা কুণ্ডদা বন্য ভোজন আরতি সেবা।
পুং ৬-অপরাহ্ন(নুমিদাংবাই)দা ষণগারকপা আতালিকা দর্শন।
পুংচ-২৪ সায়াহ্ন (য়াচংবা)দা লুক-কৎপা সঙ্কেত কুঞ্জআরতি সেবা।
পুং১০-৪৮ প্রদোষ(নুমিদাং)দা অভিসার নিকুঞ্জ মন্দিরদা লেংবা।
পুং ১২- নক্ত(অহিং নোংয়াই)দা রাস বন্যভোজন কুঞ্জ আরতি সেবা।

অসুম্না নিতি নুমিৎ খুদিং শ্রীরাধাকৃষ্ণবু নিংশিংজগনি।

## মঞ্জরী নির্ণয়ঃ-

### ক।শ্রীরূপ মঞ্জরী

১। অরাং শ্রীরূপ মঞ্জরী রূপোলাস কুঞ্জ,মচু গোরচন,হকচাং থাবন় মচুনি,ফিজেৎ কুরাও মপান মচুনি,চরণ সেবানি,চহি ১৩ থা ৫,নুমিৎ ৭ নি,বাংব মীওই খুদোন ৮৯ নি,লৈফম যাবট,মনম পারিজাৎ মনম্নি,মপা রত্নভানু,মমা সুনাবতি,মনেম কুলঙ্গিনী,মপুরোইবা সুর্বদ্ধন,বাখল উৎকন্ঠা শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরী জ্যেষ্ঠা। তুংইনজবী নিপানগী চহি ১২,থা ৯, নুমিৎ ৫ নি,বাংবা মীওই খুদোন ৮৯,শ্রীগুনমঞ্জরী ১,শ্রীরাগমঞ্জরী ২,শ্রীরঙ্গমঞ্জরী ৩,শ্রীরসমঞ্জরী ৪,শ্রীলীলামঞ্জরী ৫,শ্রীবিলাস মঞ্জরী ৬, শ্রীউম্মাদ মঞ্জরী ৭,শ্রীহেম ৮ ।

## খ।শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী

২। চীংখৈ-শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী লবঙ্গ সুখদকুঞ্জ,মচু নোংথাং,কুচুনা লৈঙাং মচুনি,ফিজেৎ জবাপুষ্প মচুনি,সেবা হস্তসেবানি,চহি ১৩,থা ৩,নুমিৎ ১৭ নি,মপা রত্নভানু মমা যমুনা,মনেমসুশিলা,মপুরোইবা গুনিভদ্র,মনম লৈহাও, তুংইঞ্জবী নিপান চহি ১২ থা ৬ নুমিৎ ৮ তনি,রাংবা মীওই খুদোন৮০,হস্তসেবা,লৈফমযাবট,রাখল(ভাব) উৎকন্ঠা,শ্রীকুন্তরীমঞ্জরী ১,শ্রীকেলিমঞ্জরী ২,শ্রীমধুমঞ্জরী ৩, শ্রীভৃঙ্গ মঞ্জরী ৪,শ্রীভানুমঞ্জরী ৫, শ্রীকর্ন্দপ মঞ্জরী ৬,শ্রীহরি মঞ্জরী ৭,শ্রীপঘমঞ্জরী ৮।

## গ। শ্রী অনঙ্গ মঞ্জরী

৩। নোংপোক শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরী অনঙ্গ সুখদকুঞ্জ,লৈহাও মচুনি, হকচাং সনা মচুনি,ফিজেৎ অশংবনি,মপা কেতকি,মমা সুচরিতা মনেম তারাবলি,মপুরোইবা গোভট্ট,লৈফম সঙ্কেত,গ্রাম,চহি ১৩,থা ৪,নুমিৎ ২৪ নি,রাংবা মীওই খুদোন ৮১ নি,বেশ সেবা পুষ্পসেবা,রাখল(ভাব) উৎকন্ঠনি,মনম লৈহাওনি,তুংইঞ্জরী নিপদানগী চহি ১২,থা ৫,নুমিৎ ৯ নি,শ্রীআনন্দ মঞ্জবরী ৪,শ্রীগন্ধ মঞ্জরী ২,শ্রীরঙ্গিনী মঞ্জরী ৩,শ্রী রত্ন মঞ্জরী ৪,শ্রীতুলসী মঞ্জরী ৫,শ্রীগুলাপ মঞ্জরী ৬,শ্রীকমলা মঞ্জরী ৭,শ্রী সৌরভ মঞ্জরী ৮।

## ঘ। শ্রীরতি মঞ্জরী

৪। মৈরম শ্রী রতি মঞ্জরী রতিসুখদকুঞ্জ য়াইঙংমচুনি,হকচাং কুঙ্কুম মচুনি,অচা-অথক সেবা,মপা রত্নভানু,মমা সুনাবতী,মনেম কিলীম্বা,মপুরোইবা বানশঙ্কা,চহি১৩,থা ৩,নুমিৎ ১৫নি,লৈফম যাবট,মনম বকুল,রাখল বামা,রাংবা মীওই খুদোল ৮০,তুংইঞ্জবী নিপানগী চহি ১১,থা ৫,নুমিৎ ৯ নি শ্রী ভ্রমর মঞ্জরী ১ শ্রী অরুন মঞ্জরী ২,শ্রীকেশর মঞ্জরী ৩ শ্রী গুঞ্জামঞ্জরী ৪,শ্রী পলাস মঞ্জরী ৫,শ্রী আনন্দ মঞ্জরী ৬ শ্রীগোপাস মঞ্জরী ৭,শ্রী অরূপা মঞ্জরী ৮।

## ঙ। শ্রী বিলাস মঞ্জরী

৫। মখা শ্রীবিলাস মঞ্জরী বিলাস সুখদা কুঞ্জ,নুমিৎ মচুনি,কুচু নুমিৎলৈ মচুনি,ফিজেৎ সনা মচুনি,মপা ভানুচন্দ্র মমা যমুনা,মনেম লব্দিতা,মপুরোইবা বালিকা,লৈফম নন্দিশ্বর,ৱাখল বর্মা,মনম জাতি পুষ্প,পুষ্প সেবা,চহি ১৩,থা ৪,নুমিৎ ১২ নি,ৱাংবা মীওই খুদোল ৮১,তুংইঞ্জবী নিপালগী চহি ১১,থা ৫,নুমিৎ ৪নি,শ্রীস্বরূপ মঞ্জরী ১, শ্রীকরুণা মঞ্জরী ২ শ্রীচোটক মঞ্জরী ৩,শ্রীকস্তুরী মঞ্জরী ৪,শ্রীরুপা মঞ্জরী ৫,শ্রী কাঞ্চন মঞ্জরী ৬ ,শ্রী নবানু মঞ্জরী ৭,শ্রী যমুনা মঞ্জরী ৮।

## চ। শ্রীরস মঞ্জরী

৬। মোইরাং লাইজি শ্রীরস মঞ্জরী রসোল্লাস কুঞ্জ,কঙ্কুম মচুনি,কুচুসু,ফিজেৎ অৱাংবা, মপা-কাত্তিক,মমা মেধা,মনেম তিলকা মপুরোইবা লবঙ্গ,লৈফম সঙ্কেত গ্রাম ঈশিং সেবা,চহি ১৩,থা ৩,নুমিৎ ৩ নি,ৱাংবা মীওই খুদোন ৮০। তুংইঞ্জবী নিপালগী চহি ১২,থা ৫,নুমিৎ ৪ নি মনম মাধবী মনম্নি,শ্রীঅনি মঞ্জরী ১ শ্রী কৃষ্ণ মঞ্জরী ২,শ্রী মাধুর্য্য মঞ্জরী ৩,শ্রী চপালা মঞ্জরী ৪ শ্রী বিদ্যুৎ মঞ্জরী ৫,শ্রী সুরঙ্গ মঞ্জরী ৬,শ্রীসৌভাগ্য মঞ্জরী ৭ শ্রীকেশর মঞ্জরী ৮।

## ছ। শ্রীপ্রেম মঞ্জরী

৭। নোংচুপ শ্রীপ্রেম মঞ্জরী প্রেমোল্লাস কুঞ্জ,সনামচুনি কুচুনা লৈহাও মচুনি,ফিজেৎ থৱানমিচাক থোকপনি,মনম মালিকা,মনম্নি,মপা সুভানুসুর,মমা সুসমা,মনেম রম্ভা,মপুরোইবা বিঙ্ক লৈফম নন্দিশ্বর,পুকচেল হৈশিংবী,চহি ১৩,থা ১৩,নুমিৎ ২৯ নি,ৱাংবা মীওই খুদোল ৮০,ফিজোন সেবা,তুংইঞ্জবী নিপানগী চহি ১২,থা ৮,নুমিৎ ৪ নি,শ্রীনবিন মঞ্জরী ১ শ্রীসুনর্ম্ম মঞ্জরী ২ শ্রী সুরঙ্গ মঞ্জরী ৩ শ্রী কালা মঞ্জরী ৪ শ্রী রম্যা মঞ্জরী ৫ শ্রীচন্দ্রা মঞ্জরী ৬ শ্রীসুবন মঞ্জরী ৭ শ্রী ললিত মঞ্জরী ৮।

## জ। শ্রী কাম মঞ্জরী

৮। কৌব্রু শ্রীকাম মঞ্জরী কামসুখদ কুঞ্জ,মচু খোইমু মচুনি,কুচু সনানি,মনম নাগেশ্বর,ফিজেৎ অরাংবা,মপা ভদ্র,মমা মেনকা,মনেমনা সুবঙ্কা,মঁপুরোইবা বিতঙ্ক,লৈফম সঁঙ্কেত,পুকচেল বামা মধ্যা,চহিং ১৩ থা ২,নুমিৎ ২১ নি,তাম্বুল সেবা,রাংবা মীওই খুদোন ৮০,তুংইঞ্জবী নিপানগী চহি ১১,থা ৬,নুমিৎ ৮ নি,শ্রীমঞ্জলালি মঞ্জরী ১ শ্রীকান্তি মঞ্জরী ২ শ্রীবসন মঞ্জরী ৩ শ্রী শ্যাম মঞ্জরী ৪ শ্রীগৌর মঞ্জরী ৫ শ্রী কলা মঞ্জরী ৬ শ্রীকুন্দম দমঞ্জরী ৭ শ্রী স্নিগ্ধ মঞ্জরী ৮।

মসিদা মঞ্জরী নির্নয় খরদং ইজবা লোইজরে ।

**মখাদা হরিদাসগী মরমদা খরদং ইজরি -**

**হরিদাসগী নাম লক্ষা অহুম শোলবগি মরমঃ-**

শ্রীহরিদাস ঠাকুরনা,পুম্নমকপু জয় তৌদুনা -মহা-মন্ত্র অসিবু বিশ্বজগৎ অসিদা-মশেক,মঙান চাউবা,নুমিৎকুম,ঙালহলখি।

**(হরিদাসকী শন্নপ্না বিবরণ খরা)ঃ-**

হরিদাস ঠাকুরনা,নোংমদা নাম-লক্ষা অহুম ''যোপ''তৌই। নাম লক্ষা অহুম অসি শোনবা লোইদ্রিমখৈ-মহা প্রসাদনুচিংবা করিগুম্বা অমত্তা লৌদে। ঠাকুরনা-নাম-সংখ্যা,যোপ,তৌরিবগী পদ্ধতিদি অসিনিঃ-
হরি নাম মহা-মন্ত্র অমা মপুং হেক ফাবদা -মলা,-লিক মরু ,অমা চৎলি। অসুম্না,লিক মরু অমমম্ চৎলকপনা,লিক মরু ১০৮ শুবদা ''মালিকা'' অমা ফাই। মালিকা অসিবু ফের অমা ,সাক্ষি অমা হায়নসু খংনৈ। অসুম্না

মালিকা মরী লৌরগা গ্রন্থি অমা শাই। গ্রন্থি তরা-তরুক শুরগা লক্ষা-নাম অমা কৌই। ''লক্ষা নাম'' অমগী মনুংদা শোল্লিবা হরিনাম মহা -মন্ত্রগী মশিং অসি-নাম লাক্ষা ১। লিশিং ৩৩। চহুম কুন্থ্রা হুমদোই শোল্লি। নাম লাক্ষা অহুমক্কী অপুনবা মশিংদি নাম লাক্ষা ৩। লিশিং ৯৯। চা-৯৯৯ অসি হরিদাস ঠাকুরনা নোংমদা শোল্লি। অসুম্না হরিদাস ঠাকুরনা-নোংমদা নাম লাক্ষা অহুম শোন্দুনা শান্তিপুরগী ''ফুলিয়া গ্রামদা'' গঙ্গা তোর্ব্বানগী গুফা মনুংদা নাম ঘর ওইদুনা লৈ। হরিদাস ঠাকুরনা ''হরি-নাম মহা মন্ত্র''সি শোঞ্জবতনা-শান্ত,দাস্য,সখ্য,বাসল্য,কান্তা(মধুর রস) ফাউবা ফংজখিদুনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী শ্রীচরন্দা সিদ্ধি প্রাপ্তি ওইজখি।

**তথাহি-শ্রীভাগবতে-(১২।৩।৫২)**

''কৃতে যদখ্যায়তো বিষ্ণুংত্রেতায়ং যজতো মখৈঃ। দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ''॥

**অর্থঃ-**

সত্য যুগতা ধ্যান,ত্রেতা-যুগতা যজ্ঞ,১সুং দ্বাপর যুগতনা পূজা তৌরগা,ফংনরম্বা মহৈ ফল পুম্নমক অদু,কলি-যুগতদি হরি নাম কীর্ত্তন তৌরগা পুম্নমক ফংঙি।

**তথাহি- পদ্যা বলাং ২২ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবস্য শ্লোকঃ-**

''চেতোর্দপন মার্জ্জনং,ভবমহা-দাবাগ্নি নির্ব্বাপনং,শ্রেয় কৈরব চন্দ্রিকা বিতরণং,বিদ্যাবধু জীবনম। আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং,প্রতি পদং,পুর্নামৃত স্বাদনং,সর্ব্বাত্ম স্নপনং,পরং বিজয়তে,শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তনম॥''

**অর্থঃ-**

শ্রীকৃষ্ণ-সংকীর্ত্তন্না জীবশিংগী,মন্নম্বা থম্মোইবু ওানহন্বীদুনা,পোৎ পুম্নমক্কী,মমি তারবা,নুংশেনগুম্না শেংদোকপীরী। মায়া-সংসারগী,অরা-

মৈচাক-মৈরি-অকম্বা,কয়াবু মুৎথৎপিরি। ইরোন্নুংদা,পোমদুনা লৈরম্বা থরোনা,থাবলগী মঙাল ফংবদা-ইপাল্লাংদা ফুগাইনা শাৎচবগুম মঙান নাইরবী বিদ্যাগী,শকলোন পুরবী মৌগুম্না নুংঙাইবগী পুন্সি ইপাক্তা তাউহল্লি। ৱাখল-বুধি নুংঙাইবগী ইথক হৌহন্দুনা,পদ-পদ খুদিংগী অমৃত পীথক্লুনা,পুম্নমক্কী আত্মাবু শেংদোকপীদুনা,শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তন্না জয় ওইঁরি।

## প্রাথনা

করিসু খংজদ্রবা তোল্লবনা ''রাগ মঞ্জরী দর্শন'' হায়না মীংথোনবা লাইরিক মচা অসি ইজরুবশিগী মরম খরদং পঞ্জরবদা,মনিপুরী লাইরিক-থীবা হায়বা ''কলা-সংকীর্ত্তন'' অসি থক্কী গুরু জনশিংনা থম্বিরম্বা রাগ-রাগিণী পরিং পথাপ অসি মাংখিগদ্রা অমসুং তুংকোইনা লৈহৌনবগী, খজিক্তং ওইরবসু মতেং ওইগদ্রা খঞ্জরুবদগী(ওঝা) গুরু জনশিংনা তাকপিরম্বা খরদং মীয়ামগী মাংদা ইথোকচবনিংবদগী পঙলবা,হৈজদ্রবা ঐহাক্না ইজরু বনি।

লাইরিক অসিগী মরিদা শোইখি-লানখিবা কয়া-কয়া য়াওরমগনি,মদু পুম্নমক পাবিরিবশিংগী চানবি হৈবা পুকচেলনা ঙাকপীয়ু হায়না তোল্লবনা খুরুমজরি । ইতি

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।
নিরন্তরে সর্বব শ্রুতা, বোল শ্রীরাধা গোবিন্দ
শ্রীগৌর নিত্যাই।

লোইরবা






শ্রীশ্রীনবদ্বীপ-যোগপীঠ




শ্রীশ্রীমদ্ ধ্যানচন্দ্র গোস্বামিপাদের পদ্ধতি-অনুসারে
শ্রীশ্রীমৎ কৃপাসিন্ধু দাস বাবাজী
মহারাজ-কর্তৃক অঙ্কিত

শ্রীশ্রীগৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান—
প্রথম খণ্ড—৬৩৩ পৃষ্ঠা




শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভুর শ্রীকরাচিহ্ন

(1454)




শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভুর শ্রীচরণচিহ্ন

(1453-54)





শ্রীশ্রীনিত্যানন্দপ্রভুর শ্রীকরচিহ্ন

(1454–55)








শ্রীশ্রীনিত্যানন্দপ্রভুর শ্রীচরণচিহ্ন

(1454)



শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রের শ্রীকরচিহ্ন
(1456)



শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্রের শ্রীচরণচিহ্ন
(1455-56)





## শ্রী পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহগী শন্নপ্পা পুন্সি ৱারি

শ্রী পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ ইং ১৯৩৭ তা লাইবেঙ্গম অৱাং লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং তোম্বাবৈ সিংহ, অপোকপীনা পীশক দেবী কৌই। অঙাং ওইবিগৈদগী যাত্রাৱালি, নট সংকীর্ত্তন, স্কুলগী লাইরিক তম্না তম্না তম্লকখি। মথংদা লাইবিক থীবা কলা অসিদা পুন্সিগী ওইনা মায ওন্সিল্লকখি। লাইওইখ্রবা ওঝা গুরুশিংদগী লাইবিক থীবগী চপচাবা নিয়ম কয়া তম্লকখি। অপাম্বা কয়া থাদোক্লুনা লাইবিক থীবা কলাকাব অমা ওইনা মীযামগী সেবাদা থবাই হকচাং কৎথোকচবব৷ মীশকনি। ই ১৯৭৫ দা মণিপুব ষ্টেট লাইবিক থীবা হায়বা অপুন্বা সভা (মণিসভা) গী রেজিষ্টাব তৌজদুনা বিদ্যালয অসিদা ভূতপূৰ্ব্ব কোষাধ্যক্ষনচিংবগী থবক পুজদুনা কলাসি চাউখৎনবা হোৎনজরকখি। ইং ১৯৭৬ তা শ্রীগোবিন্দজী ভক্তি শাস্ত্রীয সমাজগী জেনবেল সেক্রেটবি ওইনা বেজিষ্টাব তৌদুনা লাইরিক থীবা-হায়বগী বিদ্যালয অসি মণিপুরদা অহানবা ওইনা লীংখৎপদা শরুক য়াবকখি। শ্রীগন্ধসিংহগী হোৎনজমনগী মহৈ ওইনা ইকাই খুম্নবিবকপা খবদং ঃ

১। স্বব, বস, রাগ বাগীনি শিরোমণি — শ্রীগোবিন্দগী ভক্তি শাস্ত্রীয সমাজ, ১৯৭৩
২। এ আই আর এপ্রুভ আর্টিষ্ট — ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফাল, ১৯৭৪
৩। সার্টিফিকেট ওফ ওনব — কোসমো পোলিটাল আর্টিষ্ট ইউনিয়ন, ১৯৭৪
৪। ফেলোসিপ — মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৮১
৫। গোলড মেডল — শ্রীগোবিন্দজী ভক্তি গ্রন্থ কেন্দ্র বিদ্যালয, ১৯৮১
৬। শকখঙ চে — অপুনবা মৈতৈলোল ঈশৈ সভা, ইম্ফাল, ১৯৮৩
৭। গোলড মেডল — মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৯৪
৮। আশির্ব্বাদ পত্র — হিয়াংথাং লাইরেব্বী দেভলপমেন্ট কমিটি, ১৯৯৪
৯। দিঃ দিঃ কেঃ এপ্রুভ আর্টিষ্ট — দিঃ দিঃ কেঃ ইম্ফাল, ১৯৯৭
১০। আর্টিষ্ট পেনসন — মিনিষ্ট্রি ওফ কলচর, হ্যুমেন রিছোর্স দেভলপমেন্ট, ১৯৯৯
. । কলা ভূষণ — মণিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ২০০৩
১২। শকতাক খুদোলচে — কোবস, বিপবটবী থিএটব, ইম্ফাল, ২০০৩
১৩। একা. .এবার্ড — মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ২০০৩

শ্রীগন্ধ সিংহনা ইংশোক ১৯৭৯ দা "রাগ ছন্দঃ", হায়বা লাইরিক ফোংদুনা অৰ্মদি ইং ১৯৮৩ দা "রাগ ছন্দঃ স্বরলিপি", ইং ২০০৬ তা "রাগ মঞ্জরী দর্শন" কৌবা লাইবিক থীবা-হায়বা কলা অসিগী লমজিং লাইরিক অনি অসি ইবিদুনা কলা অসিবু চাউখৎনবা হোৎনবীরী।

মহা বিদ্যালয় অসিগী প্রধান গুরু ওইবিরিবা শ্রীগন্ধ সিংহনা কলা অসিদা মতম শাংনা মীয়ামগী সেবা ফংহনবীনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

*মণি সভা, মহাবিদ্যালয়*
লাইবেঙ্গম মেকোলা, ইম্ফাল।